লাইশ্রমচা [illegible]

# খোঙথাং



অফোঙবা :-

এন: বিরেন

অকোঙবা

এন, বি[illegible] সিংহ
অমসুং [illegible]




+ অহানবা থোঙবা ইং, ২০০০

+ কপী মশিং ১০০০

+ মমল: লুপা ১০০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

+ ছপ অইবগী

+ ফংফম: রাজেস বুক ষ্টোর, গোভর্নর রোড ইম্ফাল

## ৱাহৈ খরদং

খোঙথাং অহুমশুবা শরুকী মপুঙ ওইবা ৱাখল্লোন ইরমদমসিগী কাচিন-কোয়া থুংনা ইরৈচাশিংনা থম্ম ঙাঙনরিবা ঙাক্লি। মসিমক লৈবাক ৱা ওইনা থম্ম নৈনমিহবা ঙম্লবদি ঙসি মীয়াম্না হাকথেংনরিবা অৱা অনং কয়া কোকহৎখদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ঙম্বা য়াই পঞ্জতুনা ৱাখল্লোন খরদং খোমজিঞ্জরগা অমগা অমগা হোদোক্লবদা মতেং খরদং ওইবা ঙমগদ্র নিঙতুনা লাইরিক চা ওইনা পুথোক্লবা হোৎনজক্কবনি। খঙজিন থিজিনবা ৱাৎপনা রম ওইতুনা অৱাম অহুই কয়া য়াওরমগনি। মতুংশিংদু ইবৈচা মখঙ অহৈশিংনা তাকপীরক্লুন চুমথোক্চনবগী থুদোংচাবা পীবিগ ন নিঙৈজে।

ইবমদমসিগী শোৎথবিব ইরৈচা লৌমীশিংগী অচৌবা পাঙ্গল শম্রগৎপদা লাই রিক মচা খোঙখাংগী মথং মনাওশিংসিনা থজিক্কং তেংবাংব ঙম্লবদি হোৎনজক্লবগী মহৈ য়াল্লে মুংঙাইজগনি। লাইরিকশিং অসিবু নৈনবীরিবা পূম্নমকপু অইবা অমদি অকোঙবা অনিনা নোল্লক্লা তৌবীমল থঙবা উৎচরি।

—অইবা

# হিরম লমায়


| হিরম | লমায় |
| --- | --- |
| ১। কংলৈ লুপাশিং মৈরা পায়বী | ১ |
| ২। থবক কংলবগী রাথোক অরেম্বদা চাদিং | ১০ |
| ৩। কংলৈপাক ( মনিপুর ) চীংশাং পরেং | ১৮ |
| ৪। চরক চহিংনরিবা খুন্নাই | ২৪ |
| ৫। লৌমী শিমমী লৌউ শিংউকম | ৩৮ |
| ৬। চীংগী লৌউ শিংউ মায়োকনরিবশিং | ৪৭ |
| ৭। ঐথোয় করি তৌশিগে | ৪৯ |
| ৮। খুন্নাইদা য়াওল | ৫৪ |
| ৯। শেল থুমগী ফিবম ফগংহনবা | ৭৩ |
| ১০। লৌউ শিংউ য়াওল | ৭৬ |

# কংলৈ নুপীশিং মৈরা পায়বী

"— ঐখোয়, থুম্নাই অসিগী নুপীশিংনা
তোঙান তোঙানবা মৈরা
পায়নরবস্থ মৈরাগী মচুদি অমত্তনি,

— মৈরা পায়বী

কংলৈ থুম্নাইগী পুন্নারীগী লমায়দা ময়াঙ্গীক'বা পোৎ কাংছেম্না চা-থক্কনা লমচৎ-শাজৎ মতম অমম্ভুং শেল-থুম মাঙহবগী চৎনবী পংথোং থেংনদে। লাইচিংনা লম্বীগা মরী লৈনবা থোরম পাঙথোকপা, খোদোক রাথোক রাতেমশিন্নবা অসিনচিংবা মতমদ মমিংত ওইনা রারেপ্পবা ওইনা শিজিন্নরকই। কুনস্তুবা চহি চানা তংখায় চল্লকপা মতম ফাওবদি ময়াই ক'বা পোৎ, মরুওইনা মতম অদুদা স্বস্তনবা য়ু, গঞ্জা অমম্ভুং কানি যোম্বা অমম্ভুং শিজিননবা য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা থমরকই। অদুবু ঙসিদি মালেমগী চাউখৎলবা-চাউখৎত্রিবা মীওই থুম্নাই কয়াগী হৈন-চৎনবী কয়া লমদম অসিদা রায়থুংলবগীদি তৌরমদবা, চৎমরমদবা, হৈনরমদবা, ঊরমদবা অসিনচিংবা কয়া মনিঙ তম্না লমদম অসিদা শাননররে। থুনমাই অসিগী চৎনরকপা ইকাই হঙ্গোইবগী ক্কিজঙ মতমগী চৎমবীনা থরা থরা চিংথোকখিহুনা হাইদোক্লকপগা লোয়ননা অমৌ অনৌবা হিদাক-লাংথক ময়াইক্যবা কয়া অমম্ভ মনিঙ তম্না খোঙদারক্কনা থুননাই অসি সুংঙাইথোকপগী ঊপাক্কা ঊরাক্কবা

হৌরক্লে। ফিজেৎ ফিরোল্দা ইকাই ইকি লৈরক্ত্রে। নত্ত নত্তবা শাজৎ লৌচং কয়ানা ইরথংলকপা শাবী শামৌশিংগী পুন্সি মাইহৌং কাহল্লক্লে।

কংলৈপাক ( মণিপুর ) না অপুম্বা ভারতকী মচুঙ চনবা মপুঙ ফাবা ষ্টেট অমা ওইরকপগা ইরোইনবা ময়াইকাবা পোৎশিং শিজিন-নবগ্ল পাক-শল্লা মজিঙ তম্লক্লে। মসিগী হৈনবী লৈরবা মীওই কয়াগী ইমুঙগী মথা মপা; লোয়নবী অমম্লুং মচা মস্তশিংগী থম্মোই শোকপা থৌদোক রাথোক ত্তংতনা পাক শল্লা থোক্লরে। চংনলোন বাংমা লানবা থৌদোক-রাথোক কয়া মাথোক্লরক্লে ময়াইকাবা হিদাক কয়ানা লাখ্রেংবা ডমদবা লায়না কয়াগী হৌরকফম ওইচ্চুনা নৌরিবশিংগী পুন্সি মাঙহল্লক্লে।

মোংমত্তা কাংদনা থোকচিল্লকপা থৌদোক র'থোক, উক্ক ত'রুম্নপা খুমাই অসিগী মমা ওইবীশিংগী থম্মোয়দা খাঙমদবগী মৈরীনা চুখা হৌরক্লে। তুংগী মুম্বীরেল ওইরকদোরিবা মচা মশুশিং মাঙশ'ল্লকপা নাকল অমদা মখোয়বু মতীকচাবা মী অমা ওইনবা শেম্বী শাবীবগী অচৌবা থৌদাং লোগদৌরিবী মমাশিংন্ন ময়াইকাবনা লাখেচুরবা মুপা-শিংমা ওংগী নৈবীবদা নত্তনা ইমুঙগী শেন থুমগী ফিভম শোকচিন হলক্লুমা হিংনবগী লম্বী মমি শামলকপা অসিনা মমা ওইবীশিং লৈতাকম থঙলক্লে। মুপীনি হায়চ্চুনা তুমিন্না খাঙদ্রুনা লৈবা ভারবদি খুমাই অসি অমম্বা ঈরোল্লংদা লুপখ্রুগনি হায়বগী চিংনবা ফাওনরক্লে। লৈখা তাশিল্লক্লিবা খুমাই অসিবু তত্তায়ফদনা কলহৌনবগী রাখল্লোন অমগী মমি লাক্লে।

মসিনা লমদম অসিগী নুপী খুমাইদা অপুনবা ঈচৌ অমা পুরক্লবগী অচৌবা মচাক অমা পীরমে। লমদম অসিগী খুজং-লৈকাই থুদিংগী 'নিখাবন্দ'গী লুপ শেমজুনা ময়াইকাবা পোং চা থকপা, পুখোক পুশিন তৌবা অমম্লুং মোনবা থিংনবগী থবক থৌরম পায়খৎলরক্লে।

লোয়মনা অয়ান অহই তৌবা নত্তবা, নংত্তবা শাজং লৌচং অমদি হয়ান চিংহি থবক থোক্কনবা হোংলরক্লে। থবক থৌরম কয়াসিনা চাওতম অনিমক্কী হুপীশিংনা অপুনবগী লিংজেল অমা পীনবগী মচাক পীরে। হুপীশিংনা লৌরক্লিবা থোঙখাং অসিনা পুমথিংবক থিংবা ওমজ্রবস্থ ময়াইকাবনা লায়চুরবশিং কয়াগা চংনরম্বা শাজং লৌচংশিংনা পীরম্বা থৈথাই থিঙ্গাইবগী চাংদি শক্ক য়ায়া হন্দ্রহল্লে। হুপীশিংবু লাইকদিবীগুম থম্মরম্বা রাথল্লোন্দা অহোংবা পীরমে। রাথোক লাহোক শিং লেপ্পনা মায়োক্নরকপনা হুপীশিংদা হেন্না থৌনা অমদি লিংজেল হাপকংলকপগী তাঞ্জা ওইহল্লে। হুপীশিংগী মপুঙ ফাবা হক তায়বগী লিংজেল পীরমে। নাকল অমরোমদা, মশাগী ওইজবনা মাঙথাবা লৈশেম্লোই কয়ানা অমস্তং নংত্তবা পোং চৈ লল্লেনবা, মশাগীতা য়েংবা মীওইশিংনা অসিগুম্বা হুপী হুপাশিংদা অয়েং অপন অমস্তং থৈথাই থিঙ্গাই কয়া থোকহন্নবা তৌখিদবস্তু নংতে। অহুবু হুপীশিংগী ঈংহৌগী পান্দমদি হেন্না হেননা কনখংলকই।

নিঙতম ঈকৌনা লমদম অসিদা মপাঙ্গল কনখংলকপগা লোয়ননা তুমহুনা লৈরম্বা 'আর্ম ফোর্সেস স্পেসিয়েল পরার এক্ট ১৯৫৮' মিকপ থঙথোক থোক্লকপগুম, মতৌক ময়াই কয়াগা লোয়ননা তম্পাকী কাচিন কোয়া থুংনা য়েংশিনবা হৌরক্লে। চংদী কয়া লমদম অসিগী চাওগী লমদা কোয়চং চত্তুনা মশিঙথা ফুদোক্তুনা ৫৫ নৈরুবগী চোংকথবা লৈত্রবা এক্ট অসিবু চেংনা কোন্দুনা লাক্লিবা ভারতকী ওাক শেলা লানমীশিং, লঙ্গা চুদা, লোনলি, শাজং লিচংমচিংবা কয়াদা লমদম অসিগীগা ইমান মানননবা মতৌক্লু উবদা লমদম অসিগী মীওইশিংনা মরিং ময়াংনা উনবগুম তৌই। মতুমক্কী মখোয়না উংথোক্লকপা শাজং লৌচং, ভারতকী অচৌ অচৌবা ষ্টেট কয়াদগী লাকপলি হায়বগী

মশুংদা য়ায়া উশিং থওইদবা মতৌ অমদি তৌবা ওন্মী, থুংলায় পায়বনি হায়বগী মতাংগুম কয়েম কথাইনবা রাঙাং শঙাং কয়ামা উংথোকপগুম ঙৌই— মথোয়নসু লমদম অসিগী মীওইশিং ভারতকী মী নত্তবগুম মরিং মরাংমা উবগুমই। মথোয়মা উন্নি থন্নিবা রাখল্লোন অচুমক্কনি লমদম অসিগী মীওইশিংবু স্নুপী অঙাং অমস্নুং মরাল লৈবা লৈতবা থিদনা মরাল হেক্তা শীজিন্নগা ওং নৈবা অমস্নুং হাংপা তুপ্পা ওস্লিবসী নিঙতম লালহৌ নমথনবগীদমক মথুন্তা চেংনা পাংহুনা লাক্লবা এক্ত অসিগী মতেংনা থুদোংচাবা লৌহুনা য়ৈথাই ঙিঙ্গাই পীখংগা লোয়ননা স্নুপাশিংবু তমথীনা ওং নৈবা হাংপা তুপা অমস্নুং মকম থওদনা মাঙহনবগী থবক মশীঙ থঙদনা চংথরক্লে। ইরোইননা চাং তম শীনথুংনা স্নুপী কয়গী ইকায়খুম্নবা মাঙহনবীবত নত্তনা পুন্সী শীথন্নহনবা থৌদোক কয়া থোক্লরে। লালহৌবা থিবগী মিংদা মথোয়না অপাম্বা থবক তৌহুনা অমগ অন্তা কয়া থোকহল্লি। থৌদোক রাথোক কয়াসিনা করম ওইহুনা মীয়ামগী পুন্সি, লম থুম অমদি নিঙতম্ববু ঙাকপী শেনবীগদৌরিবা ঙাকশেল কাঙবুগা মীয়ামগা স্নুংশিনদবা অমস্নুং অফী তুজুংবনা মরী ওইনরে।

এক্ত অসিগী মথাদা মথোয়না তৌনীঙবতা তৌরকপা অসীনা কংলৈ স্নুপীশিংগী কোকথক্তা অচৌবা পোংলুম অমা অমুক থোংগংকরে বিরেন্দ্রারে, খাওবা ওমজে হায়দুনা চেনবা য়াবস্ন নত্তবনিনা থোক্লবা পুম্না মায়োক্লবা ঙাই। মসিনা কংলৈ স্নুপীশিংদা অনৌবা থোনা অমা হাপকংলকপগুম থোকখ্রে। তঙাইফদনা মপুরোইবা অমদি মচা মশুশিংগী পুন্সি অমস্নুং মশা মশাগী ইকাইথুম্নবা কন্নবগীদমক স্নুপীশিংগী অপুনবা থৌনা লিংজেল পুথোক্কবা য়ারক্লে। থম্মোয় শোকপা থৌদোক কয়ানা কংলৈ স্নুপীশিংগী লাচিং হেননা মরা চেংশীন্নবগী মচাক.

ওইহল্লরে। নাসা শিবা থুম্লাই অমা ওইরকপা য়াবগী অবিবা অহু মায়োক্লহুনা কবগী তঙাই করক্কবনা 'নিশা বন্দ' গী লুপশিং য়ুমথেংশিংনা, সুপীশিং থুংত কৈবা পায়হুনা খ্বাংজেং মচি লাংনরক্লে। অহিং সুংথিল খায়দম্না মথুক্ল মৈরা পায়হুনা থুম্লাই অসিবু কহুমবা অবম্বা ফিরেপ লৌরে। লমদম অসিগী করিগুম্বা মকম অমদা থেকপা ঙাকশেল কাঙবুগী মীওং-মীনৈ জাবথোক্লবা হোৎনবা মৈরা পায়বী পুম্নমক্কী অপুনবা থৌদাং ওইরে।

ইরমদম থুম্লাই, চারোন-শুরোন অমস্তুং সুপীশিংগী ইবাই থুম্নবা কম্নবগী পান্দম লৌহুনা খোঙথাং কয়াগী ফিরেপ লৌনরক্লে। সুপীশিংগী তোঙানবা লুপশিং 'মৈরা পায়বী' হায়না পাক শম্না থঙনরকপগা লোয়ননা, লৈপাক মীয়ামগী ওইবা থৌদোক রথোক কযা মায়োক্লবদা অচৌবা থৌদাং য়াংরক্লে। মফম কয়াদা অশীকপা অচৌবা মীতিনশিং পাঙথোক্লুনা লমদম অসিগী সুপী থুম্লাই, চীঙংতম খায়দনা চিংজেল মাম্নবা থোক্লকপা রাথোক লংস্নোবশিং পুম্না মায়োক য়ামিহুব ঙম্নবগী খোঙথাং লৌখৎনরক্লে। ইমুঙ মনুঙগী বুপোম, চাবথুমগী অর্বাৎপা মেনবা অমস্তুং মচা মশু শেম্নজবন মীওইবা থুম্লাইদা সুপীগী থৌদাং থঙবদা মায়োক্লরম্মী সুপীশিং মশাগী থৌদাং থঙমিহনরকপদা অনৌবা থৌনা হাপ্লরে। ঙাকশেল কাঙবুনা ফা-পুনবা মরাল লৈজদবা মীওই-শিং মখোয়গী মথুঙগী মুম্নবগী থৌনা লাক্লে। কমচৎ লুদবা সিফাই কয়া চৈরাক পীনবা রা ভানহুনা মখোয়বু চৎন-লোনচৎ হম্বীনবা হবক চৎথরক্লে। তোঙান তোঙানব মৈরাশিংগী মৈরাগী মচু অমত্তা ওইবগুম তোঙান তোঙানবা মমিং খোনবা সুপী লুপশিংগী অমত্তা ঙাক্লবা মমিং 'মৈরা পায়বীনা থুম্লাই অসিগীদমক লোগখোরিবা থৌদাং অমস্তুং মায়োক্লগদোরিবা থৌদোক রাথোক কয়াদদি লিংজেল মাম্না অমস্তুং থৌনা লৈনা, অমৎত ওইনা শরুক য়ামিম্নবগী তঙাইফদবা অহু

পাক শন্না খঙমীন্নবা অরেপপা লৈতনা হোৎলমক্লি ।

অনাবা কনাদা মশাগী অনাহল্লু ফরগা মতম শাংনা হিংবগী থাজবা রাখলগ। লোয়ননা শিজিন্নরিবা হিদাক-লাংথক, কনামদি ওাইহাকী নুংঙাইনবা চাশিন থকচিন্দুনা মশাদ লায়না পোকহল্লি । খুননাই অমদা নুপীগী থোদাং য়াম্না চাওই হায়বসি খঙনা নঙগা খঙদমা মশাগী ওইজবদা উবা কনানদি মৈরা পায়বীবু লাননা লমজিংনবা হোৎনরকপা যাওরক্কবনু নত্তে । অসিগুম্বা চয়েৎনবা ইথিন কয়ানা মৈরা পায়বীনা লৌপদবা থোদাং নাকোইনহন্দুনা অচুম্বা লম্বী খিবদা ককঙাৎনগল্লি। মীয়ামগী লৈঙাক চৎপা লম অমগী হোনবী, মীচঙ খোমবগী থবক্‌সে লমদম অসিদা চৎমবী ওইনা তৌনৈ । লমচ্ছই লৌশীংগী লুছপ উপপা লৈশেমলোই, লুচিংবা কয়ানা য়োং তাং তৌদুনা চিনবান্দা লাংবনগী থোইহী তৈবগী রাহৈ রাতা শীজিননদুনা মীয়ামদা থাজনননবগী থোরাং কয়া তৌদুনা ঙাঙ শকই । কবিন্দু নত্তবা মরম অমদন্দু লৈশেম ঈচৌ শাগৎতুনা লৈশেম্লোনগী খুদোংচাবা লৌহুনা মশাগী ওইজবা লৌনবা হোৎনৈ। তোঙান তোঙানবা মথৌগী শেম্মিবা লুপশিংদা ইথিল পীদুনা মাগী মাগী লৈশেম লুপশিগী মীচঙ ওইহননবা নাকোইনবা লাং থাকনৈ। খুদোংচাবা হেক ফংবগা মানা মানা থোকপা তৌবসি চংনবী অমা ওইনা লৌনবগুম তৌই । অসিগুম্বা লৈশেম কাঙলোম মবক্ক। মৈরা পায়বীনা মশাগী অচুম্বা ফিরেপ লৌবা তরাইবা থবক অমদি নত্তে ।

শেল-থুমগী ফিভম চাত্রবা, হিংবগী মঙ্গ'ঙ খঙত্রবা অমম্লুং তংহু লৈতাফম খঙত্রবা খুমাই অসিগী চম্না লৈজখ্রবী নুপীশিং, ইমুঙ মনুঙগী কুপমোম, লৈত লায়রগী অগোবা মেননবী হোৎনজবদা মিকুপ অমগী মতম কাইথোকপদা রানা থোক্নচৈ। অমরোমদনা, মথুঙা মৈরা পারতনা লৈবাক মীয়ামগী রাথোক-লম্থোক কয়া মায়োক্কনীবিশিংনি

অসিগুম্বলবীশিংদ তাংকী ওইজবা কয়া শীনবগী থাজবা পোকহন্দুনা লৈশেম লুপ কয়াগী মীওইশিংনা মীচম খোম্বা হোংলৈ। ইখিন কয়া শীশিন্দুনা নুপী লুপশিংগী মনুঙদা লৈশেম লুপকী মমি তারকপগী খুদোংচাবা লৌহুনা মাগী মাগী মীনা লুপশিংগী মকোক থোংবী ওইহনবগী শরৌ কয়া তৌনরকই। শরৌ থৌইনশিন্দগী লুপ কয়াগী মরক্তা অমদী লুপ অমগী মনুঙদা নাকপাক অমসুং মচেং মচেং তানরকপগী মমি তারকই। অমুম্না নাকপাক নংত্রগা মচেং তান্নরকপদগী লৈবাক মীয়ামগী ওইবা থৌদোক মথোক অমা মায়োক্নরকপদা লিংজেল মান্নদবা থোকহল্লি লোয়নবা মায়থীনবগী মচাক ওইহল্লি। অসিগুম্বগী খুদোং চাবা লৌহুনা ভাকশেল কাওবুনা খুৎ থিংজিনবা হোংনরকই। লোয়নবা মখোয়গী থবক থৌশিন্দা অপনবা লৈতমবগীদমক মৈরা পায়বীগী মপাঙ্গল শোন্থহনবা থবক থৌরাং কয়া পায়খৎলকই।

লমদম অসিগী চাদা নাউদাখকী হাকুন নত্তনা মপান্দগী লাকপা মীওইশিংগী মচা মশু কয়াগী পুন্সি বননবা কংলৈ মৈরা পায়বীশিং অচৌবা থৌদাং লৌবক্খিদবা নত্তে। কংলৈ মৈরা পায়বী, থেম্বা লৈতনা মীওইবগী হক কনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবীশিংনি। মপান্দগী লাকপা, চহি কয়া লমদম অসিদা লৈরক্লবা মীওইশিংনা কংলৈ নুপী থুননাই, মালেমগী লৈমংদা লৈরিবা নুপীশিংদগী তোপ তোপ্পা মতিক অমা লৈনা লৌনৈ। মায়োক্নরিবা য়াথোক-লান্থোক কয়াদা লৌরিবা থৌদাং ইকাইখুম্নরি। মীওইবগী হিংবগী হকীদমক অকি তুজুংবা খণ্ডনা মায়োক্নরকপদা খুদোংথীবা কয়া নংলক্লি। নীংহমনবা লৈজনা থোক্লকপা খুদিং মায়োক্নবগীদমক শেম শাহুনা ভাইরা।

খুননাই অসিগী মৈরা পায়বীনা লৌরিবা থৌদাং অসুক্কী মতীক য়ামখ্রে অমসুং চাউখ্রে মখুদি খুননাই অসিগী নুপাশিংনা

পাওথোকপদা বানা থোক্লবা কয়া মায়োক্লরি ! মশা মশাগী ওইজবগী খুদোংচাবা লৌমবর্গ দমক হোৎনরকপদা মৈরা পায়বী লুপপু মচেৎ মচেৎ তাহনবা হায়বসী খুননাই অসিবু মচেৎ তানা থুগায়হনা লৈখা তাহনবগা পা খক্লি, চুরাম্বাবনা মচা চাংশগী থোদোক তাগনি । মীয়াম্না হৈমা ইবেল হায়না মিংথোননরবী কংথোক্লবী মৈরা পায়বী ইমা ইবেলশিংনা কংলৈ লুপী খুননাই অমদি খুননাই অসিবু লৈখা তাহননবগীদমক খুৎ থিংজিনফম অহোবা অমত্তা লৈতনবা চেকশিংলিবা অমম্লুং খুননাই অসিগী অপুনবা থোনা লিংজেল ওংকুবা হোৎনরিবা ঈরমদম অসিগী চাউথোকচনিংতাইনি । অমম্বা ঈপাক্তা ঈরাক্লবগী ফিভম য়োৗশিন্নক্লবা খুননাই অসি মৈরাশিংগী অমত্তা ওইরিবা মৈরাশিংগী অপুনবা মঙালনা অচুম্বা লম্বী উহন্দুনা মালেমগী চাওখৎলবা মীওই খুননাই মরক্তা চৌঙ লেপ্পা হিংমিননবা শোয়দনা ঙমহনপনি ।

মালেম শিননা শীঙথানরবা, শক্লাইরবা অখঙ অকৈশিংগী রাখল্লেনগী মতুংইননা মচাগী অফ ফত্তা হায়বসি মমাগী মখা পোল্লি । মপাগী মখা পোন্দে হায়বসি অচুম্বনি লৌনরি মবম অসিনা মীওইবা খুননাইগী অফ ফত্ত হায়বসি মমা ওইবীশিংগী মখা পোনফম থোকই । রখল্লোন অসিগী মতুংইননা খুননাই অসিদা মমা ওইবী অমম্লুং ওইরবদোবীশিংগী থোদং কয়া চাউফখৎলে কপগে হায়বসিদি নৈনরিব মথৈ লোইবা নাইররোই । লনদম অসিগী ইমুঙশংদা ইচম চম্বী লুপী অমা ওইনা ইমুঙগী থোদাং লৌরবম্ম লৈবাক মীয়ামগী ওইবা থবক থোরম অমা শরুক য়াবকপদদি কংলৈ লুপীশিংগী অপুম্বা মমিং 'মৈরা পায়বী' হায়না থোদাং য়ারি । মৈরা পায়বী' কংলৈ লুপী খুননাইগী অপুনবা মমিং ওইবি । মরম অসিমা ইমুঙ মনুঙগী অমদি খুননাই অসিগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহনবা খুননাই

অসিগী য়াথল্লোন ফগৎহনব, লৈঙাক লৈশেম্লোন চুম্নখোকপা, চারোন ওয়রোনগী মহৈ মশিংগী থাক য়াংখৎহনবা 'হীরম খুদিংমক্তা' মৈরা পায়বীগী থৌদাং অম্রুককী মতিক চাউফম থোকই, মতুংদি মৈরা পায়বীনা মায়পুননা শরুক য়াব্রিবমথৈ পুন্নমকসি খবক ওস্থোকপদা মায় পাকপা য়ানা থোককনি, মরমদি খুবাক নামতা খুবা মথোল থোক্কে।

কংলৈ সুপীশিংনা মাগী মাগী ইমুঙদা করি থৌদাং শরুক য়াবগে হায়বসি মীপুম তিনা খঙনরবা য়াকয়ি। হিংবদা মোংমগী ইমুঙ অমদা চঙদবা য়াদবা পোৎচাককীদমক ইমুঙ অমনা মোংমদা তৌরিবা চাথিং থেংনরিবা লৈঙ লায়রগী চৈথেং মচা মশু নাওরোইবা অসিনচিংবা, ওঙাইফত্রবশিং অসিদা সুপা অমদা সুপী অনীগী মরক্তা কনানা হেন্না চাওনা থৌদাং লৌবগে হায়বসিমসু পুন্নরক্তা ইউ উনরবা অফোংবনি। অহল লমমগী পাউরোদা হৈ হেকপনা ফনা হেক্লুনসু হৈ থুম্বা হৈক্রবদি হৈ মাঙই, হায়বগুম ইমুঙ অমগী ফিভম ফগৎহনবা হায়বসি চুম শোপায়রিবী, অশিল অরাঙ তৌবিবী হুন্নুরেনবী অতুগী মথা পোল্লি। খুননাই অসিনা লোংমদা লুপা কোত্তি কয়া ওঙাইফদনা চাদিং তৌরিবসি চান থক্লবগী পোৎচাকশিংদান। মথংদা শেংন ইননবা ফিরোলদান খুননাই অসিনা মীপাল তাংহুনা হিংবগী নীঙঙম্বা মাঙহল্লিবাসগী মক্লওইবা মচাক অমা ওইরিবা চান থক্লবা অমসুং শেংন ইননবগী মচাকশিং লৌট শিংউবগী পোখোক অমদি মসিগা নক্লা মরী লৈনব মচাকশিংনি।

খুননাই অসিগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎহনবা ওয়্নবা অমসুং চিঙ্লাক অমদি ফিজেং ফিরোলদা কা হেননা মীপাল তাংদনবগীদমক লমদম অসিদা লৌউ শিংউবগী অনৌবা য়াওল অমা পুরকপা ওঙাই ফদে হায়বা লমসোমদা মৈরা পায়বীগী মিংয়েং অমা চঙশিল্লবা চুমই

নজ্বপা লাক্লি হায়রবসি ঐকোকপ থোকই। অমরোমদা, হয়াঙকুম্মৈ, নজ্বা চিন্নাকনা মথৌ থোইজেন্নবা ডাদবা পোংলকপীদমক অতোপ্পা চান্নিং তৌরম্লি। মহক্না শেল তুম্লিশিবগী ঐহনবা লৈহনবা হায়বা লম অকোয়বদগী লৈরম। পাম্বৈগী নৈমরোল মথৌ তাকনি।

## ২; থবক ফংদবগী মাথোক অরেম্বদ চাদিং

শীকপা চাওবা, ভারতকী ষ্টেট খুদিংদা মীও খা তম্বগী চহি য়াংখৈ শুরকপগী কুমওন থৌরম হয়াও তয়ায়া পাওথোক্লে। মণিপুর লমদম অসিগীস্থু তৌদবা য়াদবগী মওংদা থৌরম অছু শক্তি য়ারি। তৌইওম্নুং মীওতম্বগী মহাউ অছুদি ইফাও ফাওনবা উমদে লমদম অসিগী ইমুও চাদা মরিফুতরাদি লাইরবা শেম্থোক রাংপা ইমুওনি। মরমদি শেম্থোক লম্বী লৈতে। তেংহু কৈওয়াকব, মহাও য়াওদব। পুন্সি মহিং হীরম খুদিংমক্তা মীপাল তাংকবগী মতৌ, শুফম নোমফম খওদহগী অরাবা অসিমচিংবা কয়া ইরোয়নহুনা য়োংহ্নিং থাংলিবা ফদোককুম হিংননবা হিংনবা ওইবনা নীওতম্বগী মহাও খওনদবগুম তৌনৈ। সরকারগী নংত্রগা লম্নাইগী ওইবা অচৌবা ফেক্টৰি নংত্রগা ফার্ম লৈতে। মরম অসিনা শেম্থোক লম্বী থিনম্নকপদা সরকারগী লোয়শঙ থরসিদা থবক মুম্নহুনা লৈননবা হোংনবা মশানা তাবনি। মসিমক্লগু শঙ্গা থুমজাগী থবকসি থৌগংপা ওইনা থোকহন্নী। শেঙ্গা থুমজাগী চংনবীনা লেপ্পুনা চাং অমম্নুং থাক বাংথংলক্লিবা অছুকী মতিক মী অমদা চেক্লিবা মতৌক মন্নাইগী থাক অম্নম হম্মহন্নি। থঙ হৈবা কাগদে, শেলনা কুককংপা তাই। মরম অসিদগী হেন্না খঙ হৈহুনম্নু থবক অমা লৈবা ওমজদবা লায়রবা ইমুওগী মী থবক ফংবা য়ানা থোকই। চংনবী অসিনা থুম্নাই অসিদা শীয়ক্লিবা শাকুদি মহৈ মশিং হৈবগী মতিক ময়াই হম্মরকপা,

হিংবগী লম্বী খিনরকপাদা অত্ত-নত্তবা থবক কয়া শৌনরকপা, ময়াই কাযবা শিজিনবা হেক্সংলকপা, গুণীগা মশাংগী ইকাইখুম্নবা ওইকপা ওস্তন্দবা, মীগী অরক্তা থাজবা হুংশিনবা হাংলকপা অসিমচিংদা মচাক কয়ামুক্তা পুন্দুনা খুমাই অসি অমত্তা লম্বী অমদা মায় ওনশিনম্লকপগুম তৌরক্লে।

চহি খুদিংগী লেপ্তুনা হেক্সংলক্লিবা থবক খিবা মীগী মশিঙ, অমরোমদা, গুণম নোমফম মরাং কায়দবা, পুম্নমকসি য়েংলগা লৈঙাক লৈশেম্লোটশিংনা লমদম অসিগা চুনবা থবক থৌরাঙ অমফাওবা পায়ংখংলবগী মমি মীয়ামনা উনশ্তামদ্রি। হিংনবগীদমক মীয়াম্না মায়োক্নরিবা অয়াবা কয়া কোকহম্নবা লমদম অসিগা লোয়নন। মতম অসিগা চুনবা পায়খংপা য়াবা খৌশিল থৌরাঙ তৌবা সরকারগী মখোনি। অদুবু মতুংশিন্দু মীয়াম্না তান উনদ্রি। ঈথক ঈরাংনা চমন্নহৌবা পুন্সি মরেল অমদা মশুগুম্না খুমাই অসিবগুম হিংলি। লায়রবা ইমুঙগী মহৈংমশিং নীংথিনা হৈরবা মীওই কয় চহি হেন্দোকখিদুনা কাংখ থাঙ ওটনা নীঙবা কায়না ময়াই কাবা কয়া মরূপ ওইদুনা পুন্সি লেম্নবা য়াওরি।

নাকল অমমোমদনা, লোয়শঙ কয়াদা গ্রেদ ক্লোরগী থাক মাষ্টর রোল অমমুং রাঙ্ক চার্জ ওইনা থবক তৌবা মীওই কয়া লৈরি। তৌইগুম্বমুং ভলবতি পীদবা য়াদে, অদুবু মখোয়গী থবক্তি মতিক চানা পীবদি নত্তে। অমুমনা, শেঞ্জ থুমজা অমদি মীথলগীদমক য়েংদুনা থবক হাপচীন্দুনা অরেম্বদা চাদিং তৌহল্লি। চেকশিনবা, য়েংশিনবা অমমুং থিজিনবা হাংপদগী প্রোজেক অমদি স্কিম কয়া কয়িগুম্বা কাম্নবা অমত্ত পীবা ঙমদনা তা-তাদুনা লৈরক্লি। সরকারগী থবক্কীবু হায়রবদী অকবা মহৈ ইফং ফংদে হায়বসি মীপুম তিংনা খঙনরবা য়াফমনি। খুদম ওইনা—স্পাইনিং মীলস, সুগর ফেক্তরি, মীনি সীমেন্ট প্লান্ট, মণিপুর ষ্টেট রোদ ত্রান্সপোর্ট কোর্পোরেসন অসিনচিংবা 'কয়ানি'

মতৌ করম্না শিপ্নরক্রিবনো হায়বসি কনানম্ম মমুৎ জানা থিজিন্নবা লৈতবগুম তৌই। অদুবু কাংদবশীদমক্তি ছুৎইক অমম্মুং বন্দ কয়া তৌহ্নুনা মীয়ামদ অন্নাবা পী। তৌইগুম্ননুং, লৈবাক মীয়ামগী ওইবা অমাঙবশিং অসিগীদমক্তি কনানম্মু করিগুম্বা রাকং অমম্মা থমম্নদে। থবকশিং অসি কনাগুম্বশিংনা মশা মশাগী মরম্নাই ওইনা পায়থংলম-লবদি করম্বা কিজমদা লৈরমগদগে হায়বসি থম্ননিংঙাই ওই।

কনানা মেছিন মচা অমা অনৌদং থিল্লগা হোৎনজবা মম্নাইগী ওইবা শিনফম চাউথংলকপা গুম্মী। মম্নাই গারী প্যাথাকারগা ষ্টেট অসিগী মনুঙ অমদি স্টেট কয়া ফাওহ্নুনা মী অমম্মুং পেংচে পূথোক-পুশিন তৌরিবা লম্নাই এসো সথেসন কয়া নীংথিনা হিংবা গুম্মী। তৌইগুম্ননুং সরকারগী ওইরগনা শিথবক্রিবা অসিনদি মরম অমু থিজিনবদা অথুক লুফম থোক্কে। থুম্নাই অসি পেন্দবা লায়চুবা মশা মশাগী ওইজবনা মশাগী মথৌ ফাওবা থৌশাদবা, মথোদা পুকচেল তিংবা গুম্নদবা, মশাগী মপোংৎ মশানা মাঙহজবদা হলেঙবা লৈতবা অসিনচিংবা রাথম্লোন চেন্নবগী চৎমনী অমা ইফেং কোংনা চৎনবা অসিনা মকওইবা মরম্নি ত শংমমক, ইশাগী ইথৌ থৌশাদবা মম্নগা মীরাম্নবা হায়বসীমক্তী মীপল তা হ্নুনা হিংনবগী মরুৎইবা মচাক্নী থঙনা থঙনা, অস্নুম্না অম্নম মীয়ামগা লৈবাককী শেল কে কাথোং কোকথোং মাঙহল্লী। লুপা শামু মপোং মপোং থাদম্নবম্মু থুম্নাই অসিগী রাথম্লোন অসিনা অওনবা, তিংমিম্নবগী রাথম্লোন অমা হেক লৌবা ঙমদ্রিবমথৈ করিগুম্বা হৌরুম অমম্মুদ চউৎপা চমফম থোক্কে হায়বসি য়ং লাউনা শোংম্নরিবা ঙসিগী রাফমনি।

মমাঙ চহি কয়াদগী পায়থংলকপিবা থবক থৌরঙ থমখিবা পান্দমগী ওম-তৈনবদা লৈবাক মীয়ামগী অশাঙবা ওইহল্লিবা বম্মাসি মতৌ করমনা থমখিবা পান্দম ম্নোহন্দুনা লৈবাক মীয়ামম্মা কাম্নাবা

পীবা ওয়গদগে হায়রা হোৎলবগীমথৌ অাই। মচুগী মতুঙ অনৌবা থবক-থৌরাঙ কয়া অমুক মৌহৌননা লৌ ইংথোল মশিঙ খঙদনা ফাওজনা পায়থংলকপা কিনিঙাই ওই। মমাঙগী থবক থৌরাঙ কয়ানা সরকারদা কারবা টেক্স লুপা কয়া মৎত্রে। কম্পেন্সেসন পীবদা লুপা ক্রোর কয়া অবেম্বদা চংত্রে। লৌ-ইথোল হেক্তর চা কয়-দগী থোক্লম্বা পোংথোক টন কয়া লেপত্রে। মকোশাগী ওইবা ঈচেল অমস্তুং লৌগী থোং কয়া থুগাইখিবদগী লৌফম হেক্তর মশিঙ খঙদবমথৈ ঈশিং ফংদবগী অরাবা মায়োক্লকহল্লে। অস্তুরা, লুপা ক্রোর ক্রোর মাঙহনবতা মস্তুনা মীয়ামদা অরাবা পীরিবসি কোকহল্লবা লেমজিনং শাজিনবগী থবক্তি ভৌদনা অনৌবা কয়া পায়থংতুন মাঙহন-ত কহনবগী করি মথৌ তারিবগে হায়বসি তঙাইফদনা থল্লকম থোক্কই। অশোয়বগী ঐহৈমবী লৈবা, সরকারগী পোৎলৈবু হায়রবদি ম ঙখিবগী হলেঙবা লৈতবা রাখল্লোনদ থবক থৌরাঙশিং পায়থংপনদি অরেম্বদ। লেল জিংবদ নত্ত্রমা পীকপ্রবা তম্পাকী লৌউ শিংউরিবা লম মচেৎ অসি ম'লেমগী অনীশুবা লাঙাঙদা এথ্রোম লোয়া মাঙহন তাকহনখিবা ৩সি ফাঙদা শীজিন্নবা য়াদ্রিবা জপানগ হিবে।সমা অমস্তুং নাগাসাকিগী মঙং তারক্ত্রা হায়বগী চিংনাংঙ হ ওইবে। থবক অমগী অফ ফল্লগী রেস্পোন্সিবিলিটি মশক খঙনা থৌরাঙ তৌগৈনবা লমদম অসিগী মীয়ামনা ঙঙাইফদন মসুং তানা খম্ন নৈনহৌবা ঙগনি হায়বা রাথল্লোন পীনরি।

ষ্টেট অসিগীম্ম মলাগী লোয়শঙ কয়ানা তোঙান তোঙ নবা থবক থৌরম কয়া পায়নজুনা লাক্লি। ময়ামশিগী মস্তুঙদগী খুাইদগী লেল চাউনা অমস্তুং শিনমী মশিং য়ামনা চঙলবশিংগী মস্তুঙদগী পব্লিক র'ক্স ইরিগেসন এন্দ ফ্লদ কণ্ট্রোল, পাব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং অমস্তুং পাব'র দিপার্টমেণ্টশিং অসিনি। তোঙান তোঙানবা দিভিজন অমস্তুং

লম তিতিকন কয়া শায়দোকপা লৈবাক মীয়ামগী চাওখৎ থৌরাঙ অমদি হিয়ন করগী কাংবা শীনবগীদমক মথৌ তৌরকপা লম্বী থোং, মৈ, ঈথৈ লোথোং, দাম, প্রোজেক্ট, থক্সবা অফবা ঈশিং অসিনচিংবা করাগী থৌরাং পাংখৎতুনা লাক্লি। থবক অয়াম্বা কন্ত্রেক্ট বেসিস্ত পায়খৎলি। চঙদবা য়াদবা মচাক মথুমশিং সিমেন্ট, য়োং, পাইপ, অমম্বুং মথৌ তাবা অকুপ্প অতা, মপোং মচৈ কয়া থুংখাওদা লৈ। শেঙ্গাও পায়বা লম্লোম্বক শিনা লৌনীঙবা শেন্দোং লৌহুনা শেল নীংথীনা তাল্লি লোয়নশঙ মশা মশামা কম্পনিশিংদগী হকথেংনবা কৈ অৎপু অদুম্মক য়াওই। চংলিবা মীনা নত্তবা মওংদা পোং লৈহুনা শেন্দোং কৈনবা হোংনবদা পোং-চৈ অমম্বুং মেছিন কয়া ফবগী থাককা শেঙ্গা শাথীনা খেরবগী ৱাথোক কয়া থোকশিনবা মত্তে। লৈরিবা পোং চৈশিং কন্ত্রেক্ট বেসিস্ত পুথোক পুশিন তৌহল্লি। পোং চৈ কয়, মাঙং খিবগী অমম্বুং শেল লৌথোক্লগা পোং য়ৌরক্তবগী অমম্বুং মাঙজোমনা শেল লৌথোকখ্রগা থবক শুদবগী ৱাথোক কয়া লৈনা লৈনা থবক্তি লেপপা য়াদবনিনা থরা লাউনা, পাউচেশিংদা অৱাঙ-অথুম থর না কেস তৌনরি হায়রা থবকতি অদুম্মক চংথরি। চঙদবা য়াদবা পোংচাক শিং অসি থুখাঙ কয়াগী লম্লোন পোং ওইনা, অহেনবা শেল কয়া চঙনা লমদম অসিদা য়োরক্পনি হায়রবাস থুমাই অসিগী মীয়াম্না খঙনদবদি নত্তে। অদুবু মতৌ করম্না অমাঙ অতা কয়াসিদগী বন্দুনা লৈবাক মীয়ামগী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎলক্লবদি ইখন থম্মদবগুম তৌবি।

লোয়নশঙশিং অসদা মাষ্টর রোল অমম্বুং ৱাক চার্জনচিংবা থেও ফোরগী শিনমীশিং কয়া লৈহ্রি। তলব পীদবদি য়দে। তলমতা চংলিবা শেলগা শুবিবা থবকা অনীগী খেন্নবদি কনানম্বু খিজিন্নুদে। লোয়নশঙ মশাগী শিনমী কয়া লৈনা লৈনা মশানা শুজবা য়াংবা থবক মচা মশু ফাওবা কন্ত্রেক্ট পীথোক্লুনা শুহনবা চংনরি। থবক থিরিবা

কয়ানা হিংনমবগীদমক শেম্থোক লম্বী থিরকপদা তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা চৎনরিবমনি। অসিগুম্বা থবক মচা মচা কয়েক লৌহুনা ছি মনবা কোংববা মীওই কয়া অমম্ম লৈরি। অদুবু মীওই খরদা কান্নবা পীরবম, লৈবাক মীয়ামগী ওইনদি অমাঙবা ওইরি। শেল-থুমগী ফিবম চাংদ্রিব থুমাই অসিনা অরেম্বদা কেয়া চাদিং তৌবনা কেয়া কেয়া শেল থুমগী ফিবম শোকচিনহল্লি। মপু পান্দবা লমদম অমগুম্না অরেম্বদা শেল মাঙহম্বতা নত্তনা পোৎ-চৈগী ফবগী চা রাংলকপা অমসুং শেন্দোং কেয়া থিনরকপদগী থবক কয়া ফবগী থাক য়োরক্তবা অসিনা মরম ওইহুনা অশোয় অঙাম থেকহন্দুনা লৈবাক মীয়ামদা অপম্বা অমদি অরাবা মায়োক্নহল্লী। লৈবাক-মীয়ামগী ওইনা অচৌ অচৌবা অমাঙ-বশিং অসি থোকহন্দনবা খুজিল থৌরাঙ ইতৌ তৌনদবগুম তৌরি। লোয়শঙশিংগ মন্নী কৈনবা লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিং অমদি মীয়ামগী মাহুৎ লুচিংবশিংনসু মীয়াম ইথৌ থোশাদবা মানা মানা তৌনিঙ তৌ-নীঙবা পাংতৌদা তোশিনবগী চৎনবা অমা লৈবগুম্নি। হৌরম কয়ামুক্তা চাংদন্ন নিঙাহ লৈতনা মাঙশিল্লকপাসনা লমদম অসিগী শেল-থুমগী ফিবম অমসু মীয়ামগী পুক্ষ মহিং কর করম্বা ফিবম ওইরক্লিবগে হায়বসি থুমাই অসিনা নাংথিনা থম্নবগী মতম থীনমল্লে।

লমদম অসিগী সবকার, লমদম অসিগী মীয়াম্না শেমজবনি। মীয়াম্না শেমজবা মেছিনরী অসি মীয়ামগী অমসুং মীয়ামগীদমক য়াইফ থৌরাঙ কয়া পায়খৎহনবা, অমরোমদা লৈবাক মীয়ামগী মাঙনবদি তৌহন্দবা হায়বসি থুমাই অসিগী অমত্তা ওইবা রাথম্নোন থম্বগা লোয়নন লৌবা য়াবা থোঙথাং অমদি লৌবা তঙাই ফরক্রে হায়বসি মীয়ামগী রাথম্নোননি। রাথম্নোন অসি অমগা অমগ হোদোক্নহুনা পাক-শন্না থঙমীন্নবগী মথৌ তাই। ঙসি, মীয়াম্না মায়োক্নরিবা - হবক যাংহগী রাথোক, অরেম্বদা শেল মাঙহনবা, থবক অমদি মথৌ তাব, পোৎ

চৈপী-কালিতি কন্ত্রোল তৌবা ওয়নবগী অদিনচিংবা কয়ানা থুনাই অসিনা পীরক্লিবা শাফু অমখুং মহৈ কৃপনা নৈনবগা মতৌ করম্না মাহোক্লকহনা থুনাই অসিগী কিবম কপাংহনবা ঙমগদবগে হায়বগী অমোবা খোঙথাং লৌনগী মতম থিল্লবনি। থৌরাঙ কয়া তৌকম থোক্কই। প্রোজেক্টশিং পায়খৎপদা কা হেয়া মীপাল তাংদনবা হোংনবয়া শেল হয়না চঙবত্তা নত্তনা মশিং হেয়া পায়খৎপা ঙমহল্লগনি। হৌরব থুদিং মীপাল কা হেয়া তাংদবা হায়বসীগী রাহল্হোক, লৈবাক মীয়ামগী শেল-থুমগী কিবম অমসুং হিরম কয়াগী চাউখৎ খোঙথাং থুনাঙ চাউ-শিল্লে হায়বসিনি।

## খোঙথাং অমগী রাখল্লোন

চহি কয়া চুপনা চৎমরক্লিবা চৎনরোল অমদি পায়খৎক্লিব থবক থৌশিল কয়া অসিনা লৈবাক মীয়ামগী ম'হোক্লরিব' অরা অন। অমদি রাথোক লাম্হোক কয়াসি কোকহনবা ঙম্মক্রবদি অনৌবা খোঙথাং অমা লৌবা হায়বসি হৌনশানি। হোংদোক হোংজিন অমসুং শেমদোক শেমজিন তৌদুনা মতমগা চুনশা খোঙথাং থাংবা হায়বসি মীওইবগী পুন্সিগা থানবা য়াত্রবা থৌশিল্লি। বুনগুবা চহি চানা লোইরক্লবা সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজিগী মঙাল্না মালেম অসি নকশ্রবা মার্ক অমগুম ওনরক্লবা মতম অসিদা, খুষ্ট মমাঙগী থুননাহ অমগুম হিংবা চৎনরোল অমদি থৌশিল থৌরাঙ অসিনদি মাকেমগী মীওই পুননাই মরক্তা হিংমিননবা য়াননা থোকনি হায়ব'সদি মীপুম তিংশা খঙনরবা রাক্লি। মরম অসিনা, থবক ক'দবগী রাথোকক্কী চাং হন্থহনবা ঙম্বা অয়েক্পা শেল মাঙহন্দনবা, থবক অমদি পোৎ-চৈগী কালিতি কন্ত্রোল তৌবা ঙম্বা অমসুং মথৌ তাবা থবক থৌরম কয়া পায়খৎপদা হেয়া থুনাঙ চাওশিননবা থৌরাঙ-থৌশিল তৌবা তঙাই ফজে।

য়াথোক-লাম্থোক কয়ানা মীওইবদা য়াথলগী অনৌবা মঙাল পী হায়বসি অচুম্বনি লৌনরি। অদুবু অচুম্বা য়াথল্লোন অসিমক্তি কংলৈ থুননাই অসিদদি ওন তৈনবগুম তৌরি। মসিগী মরম করিনো হায়বসি খুননাই অসিনা ইথওমক খওনদবদি নত্তে। মায়োক্তুনা লৈবাক মীয়ামগী অয়াং অপা থরমথৈ মেনখৎপা ওম্বগীদমক ষ্টেট ইঞ্জিনিয়ারিং এন্দ কন্সত্রক্সন কোর্পোরেসন অমা লিংবা কাননগদবা মাল্লি। থৌশিল অসিনা লোয়শঙ কয়াগী শেমগৎ শাগৎপগী থবকশিং শুতুনা লৈবাক মীয়ামদা কাননবা পীবা ঙমহনগনি। লমদম অসিগী অচৌ অচৌবা থবক মপান্দগী লাকপা ফার্ম কয়ানা কন্ত্রেক্ত লৌদুনা থবক শুরি। মসি লমদম অসিগী মশাগী ওইবা থবক তৌবা ঙম্বা ইটনিত লৈজদবদগীনি। লৈজরগদি লমদম অসিগী শিনমী চা কয়াদা চাং নাইনা থবক পীবা ঙমহনগনি। মহৈ মশিং হৈরবা মীওই কয়াগী থবক্কী খুদোংচাবা পীবা ঙমগনি। শেল, থবক্তা হৈ শিংবা মী অমম্বুং খুৎশু খুৎলায় অমদি মোছ্লগী অয়াংপা লৈবনা মরম ওইদুনা ষ্টেট অসিগী মশাগী পোলিসী অমগী মখাদা থবক-থৌবাঙ অমত্ত পায়খৎচবা ঙমদ্রি। অয়াংপা কয়া অসিনা মরম ওইদুনা অচৌবা থবক অমা পায়খৎপদা মপানগী ফার্ম নত্রগা কম্পনি অমগী মপাল তাংদুনা লাক্লি কোর্পোরেসন অসি লিংবা তরগদি অয়াং অপা কয়াসি মেনখৎচনবগী খুদোংচাবগা লোয়ননা মথৌ তাবা থবক থৌরাংশিং পায়খৎপদা হেক্না খুমাঙ চাওশিনবা ঙমহনগনি। মৈ অমম্বুং ঈশিংগী শেম্থোক নীংথিনা হেঙ্গৎহনবা ঙমগনি। লমদম অসিগী তঙাই ফদ্রবা লৌউ শিংউবগী অনৌবা য়াওল পুরকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ঙমহনগনি। লোয়ননা লৈবাক মীয়ামগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনবদা চাউনা শরুক য়াবা ঙমগনি। অদুবু লুরিবদি থুম্নাই অসিগী য়াৎল্লোননি। পূবাক তিংবা, লৈবাক

মীয়ামগী য়াইফবন্না ইশাগী ওইজবমি খনবা, ইশাগী ইথৌদা পুক্নিং চঙবা অশিনচিংবা য়াথঙ্নোন চেনবা খুন্নাই অমা ওইবা ঙমজ্রিব মথৌ কজ-ফজবা অমম্নুং অচৌবা থবক থৌশিল করা তৌহুমন্নু অফবা মহৈ পুন্নকপা য়ানা থোকনি হায়বসিদি য়ং লাউনা ঙাঙ-ঙ্গিবা অচুম্বছুনি। কোজেং কোকফাইনা এমঙ্গন্দা মরুম থুবক্ষ্মী ফিভমদা হেক্কে ত:বা তাথনি। মতুংদি ঙসি ঙসিমক খুন্নাই অসিগী মীয়ান্না উন-তানহুনা অতুপ্পক লৈরি-বসিনি।

## ৩. কংলৈপাক ( মণিপুর ) চৌঙশাং পরেং

মালেম পুম্বগী পাফল ( ম্যেপ ) লৈ। মীওইবা খুন্নাইগী কাঙলুপ কয়ানা মাগী মাগী লমথৈ কয়্তুনা ঙাক শেন্নৈ। মা মাগী লম অতুগী মশাগী পাফল অতুপ্পক লৈজৈ। মতৌ অতুঙন্না কংলৈপাক ( মণিপুর ) শীগু মশাগী লমথৈ শাগোননজবা পাফল অতুপ্পক লৈজরবই লৈরবা. নীঙশিংবা থোক্তুবা মতমদগী লমদম অসিগী চাইওইথুবা অহল লমন-শিংনা ঙাক শেন্দুনা থম্বীরম্বনি। ব্রিটিশকী মখা পোন্দ্রৈঙৈ মতমগী কংলৈপাকী লমথৈ ঙসি ওইহৌরিবসিদগী হেন্না পাক চাউরম্বগী খুদম কয়া অখঙ অহৈশিংনা মন্নী লৈনবা মপান লমগী লাইরিক কয়াগী মরি শীজুনা উংলি। ব্রিটিশনা মালেম পুম্বগী মপু ওইনবা হোৎনরকপদা নীঙতম্না লৈজরম্বা লৈবাকশিং পুনশিনখিবা কয়ানি। খুদম ওইনা ব্রিটিশকী মমাঙদা ভারত লিংথৌ পানবা লৈপাক কয়াকরুম লৈরকই। ঙসিদি নীঙতম্বা অপুনবা ভারত অমা ওইনা লৈরে। কংলৈপাক, নিঙতম্বা লৈবাক অমা ওইনা নিংথৌ পান্দুনা মশাগী লমথৈ ঙাক শেন্দুনা পান্নকই। ব্রিটিশকী মথাদা লৈরিবৈ মনুঙদা লম মচেৎ শীথোক

পীশিন হৌজুনা মখোয়গী খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনখিদবশু নত্তে। হায়গুম মনীঙশমথা ভম্বা লম অমা ওইনা মখোয়না থাদোকখম্বা মতম অহুদা শিননরম্বা লমথৈ অহুনা মালেমগী থাক্তা খঙনরবা মশা মশাগী পাকলগী লমথৈ ওইনা চৎনরি।

কংলৈপাকপু অপুনবা ভারতকী মনুঙদা তিনশিনহনখিবা মতমদশু মশাগী পাকলগী লমথৈ কায়দনা অংম্বক তিনখিবনি হায়বসিগী ময়েক শংনা অচুমবচু উৎপা ভম্বা খুদম কয়া লেঙদনা লৈরি। পাকল অসিগী লমথৈ মনুঙদা লৈরিবা চৌঙলোন কয়াগী চৌঙশাং পরেংশিং, মখোয়না ( চৌঙশাংশিং ) কোয়শিন্দুনা ঙাক্লিবা লমদম অসিগী লৈময়োন ওইরিবা পিকতক চেংতকপা তম্পাক, হেঙ্গৌভেদগী তৎন খানরক্লবা কংলৈপাক ( মণিপুর ) মিংগোনম্লবা লমদম অহুনি। লমদম অসিগী শরুক তরা থোকপগী মাপলনা মহৌশাগী ফজবা কয়ানা পুক্রিং লুববা চৌংলোন কয়াগী চৌঙশাং পরেংশিংনি। লেমহৌবা শরুক অমা ওইরিবা তম্পাক, পাৎ তুবেল অমশুং মহৌশাগী ফজবা কয়ামা লৈতেং ওইরিবা লমদম অসিগী ময়োলনি। লমদম অসিগী অপুনবা মীশিংগী অহুম খেকপগী অমি তম্পাক্তা কাঙলুপ কয়া পুননা খুন্দা লৈতারি। শরুক অমনা চৌঙশাং পরেংশিং অসিগী খুদোংচাব মফম কয়াদা খুন্দ হুনা পাল্লি। নীঙশিংবা রাব্রবা মতমদগী চৌংবুরোয় অমশুং ভম্বরোয় পুননা লমদম অসিবু ঙাক শেন্দুনা পানমিননরক্লী। মালেমগী মীওইশিংনা খরা হেননা পাক শননা খঙনবা ইংরাজি লোননা মালেমগী মরুওইবা লোন ওইনা শীজিননরী। মতৌ অহুগুম্না পীক্লবসু লোন তীননদবা অপীকপা কাঙলুপ কুনমাপল হেনবনা পুননা খুন্দামীনরিবা লমদম অসীগীশু থ্বাইদগী হেনমা পাক শননা খঙনরবা কংলৈলোননা মকুওইবা লোন ওইনা লোন কাওদবা ভোঙানবা কাঙলুপশীংনা পুক্নীংগী অনীঙবা ফোংদোররি।

তম্বুরোয় কনানম্ব লোন অসিমু তমদবা য়াদে নংত্রগা ঙাঙদবা য়াদে হায়হুনা মম হাবা লৈতে। মশা মরোম তঙাইফদনা থুন্দামিন্নরিবা কাঙলুপ থুদিংমক্না খঙদা-হৈতবা য়ূদবদগী খঙ হৈয়কপনি। লোনগী মিং লৌহুনা কাঙলুপকী ঈরাং থোক্লবা শয়ো তৌবনা কনাগী মাঙজবা ওইফম থোকপগে হায়বসি পুম্নমক্না খম্নফম থোকই।

কুমশুবা চহি চানা তংখায় চক্লকপদা শেলগী মতিক-ময়াই রাংখৎ-লকপা, মীশিং রামখৎলকপা, শু-নোম্বা অমম্বুং শেন্দাল কম্বীগী অনৌবা রাওল অমা লাকপা অমম্বুং শেম্থোক লম্বী রাংলকপা অসিদগী শেন্দাল লম্বী কয়া থিনরক্লে। ইরোয়নননা, অনীশুবা মালেমগী লাঞ্জাওনা মরম ওইহুনা লম্বী-থোং কয়াগী থুদোংচরকপা অমম্বুং পোং চৈ পুথোক পুশিনগীদমকম্ব ইঞ্জিন পানবা অচৌবা গারী লৈরকপা কয়াসিগী থুদোং-চাবা লৌনহুনা চহি চা কয়া অশুকপা উমং-রামং ওইহুনা লাক্লবা চীঙশাং পরেংশিংদগী লপ্লোনপেংৎ ওইনা উ রা পুথোক্লরক্লে। কেপ্পা লৈতনা ওসি ফাওবদা উ-রা য়াম্থংলকপদগী লোংম নোংমগী চীংশাংশিং মক্ল কোকশিল্লকপগী চাংস্থ অবেপ্পা লৈরক্লে। মসিনা মরম ওইহুনা লমদম অসিগী ঈশিং মুংশিংকা খল ওশরিবা চীঙশাং পরেংশিং চাদা হুক্ হেন্না কোকশিল্লকপগা লোয়নননা নোংজু মুংশাগী ফিভমদা অচৌবা অকোংবা লাক্লে হায়নরি। লমদম অসিগী লৌউ শিংউবগী পোংথোক পুথোকপগী মরুওইবা মফম ওইরিবা ওম্পাক্লা লমদা ঈকং অমম্বুং ঈচাওগী শাফু পীরক্লুনা লৌউ শিংউবগী পোংথোক্লগা অকায়বা থোক-হল্লগনি মিপাইনরক্লে।

কংলৈপাক্কী পাফলগী লমথৈ মমুঙ চল্লিবা, চীঙশাং পরেংশিং অসিগী মপু কনানো হায়বসিদ চময়বা অমা লৈবগুম তৌরি। মপু পান্দবা ইংথোলদ লমহাঙদা শাংযন ময়াম্না নৈথায়বগুম নৈথায়রকপদা উ-রাদি লায়রদনা য়ুম কুপ্লবা ই ফাওবা নীংথি মুংঙাইনা হৌবা ওম্লক্লবা

চৌঙ-শাং মশীঙ য়াম্লক্লে। লৈবাককী অঙম-অথৌ কয়ানা খিংচং উয়োং খিল্লনবা পীকখ্রবা তম্পাককী লৌউ-শিংউকম ফাওবা লৈরক্রবা লম মচেং অসিদা উপাল থানরি, মনা থানরি, চৌঙশাংশিংনা লৈঙাক পাক্কল্লরক্লি। করিমনো চৌঙনীবু হায়রবদি থজিক্কং চাউবা লেমুঙ ফাওবা হন্না য়েংনজে। লম্বী-থোংগী খুদোংচাদবমা ওংথোক চংশিনগী অরাবা লৈবনরা, হৈনদবনরা; কিংনরা, অরাবা কাথোক কাশিনগী অরাবা লৈবনরা নংত্রেগা লৈবাককী ঈরাং ফগৎনরা অমদি ওইরে। লোয়শঙদা থাগী তলব লৌহুন থবক তৌজিবা মীওইশিং কয়ানা চৌঙগী লমদা থবক মফম ফাদনবা হোংনবদা লৈবাক য়াথোক ওইনরি। মফম চাবা চৌঙগী লমদা পায়থংপা য়াবা থবক থৌরাং কয়া, তম্পাককী লম মচেং অসিদা লোয়শঙ কয়ানা মফম মুন্নরি। অদুম্না য়াম্না মুন্নরিবু, মরু কোল্লক্লবা চৌঙশাং পরেংশিং অসিনা নোংজু মুংশগী ফিবম ঙাক শেন্বা ঙমলক্কদুনা পীকখ্রবা তম্পাককী লম অসি লৈকংলা ওইরক্লবদি ঐথোয় কদায়দা লাঞ্জেল্লগদৌরিবগে হায়বসি মথম খিত্তুং লৈরিবুদা থম্ন লৈনগৌত্তুনা থবক-থৌশল তৌহৌবনা যরোইত্রা শোন্নরি।

লমদম অসগী মায় ওইবত নত্তনা মী লিশিং কয়াগী হিংনবগী মচাক পীবিবা অমম্বুং মৈ পীদুন ইমুঙ থুদিং অমম্বা কাকহনবত নত্তনা শিনফম অমদি শিনমী কয়াগী হিংনবা মচাক পীরিবা লোক্তাক পাংনি। চহি থুদিংগী পাং অসিগী লুবগী চাং হন্থরকপগা চৌংশাং পরেংশিং অসিনা মরু কোকল্লকপনা মরু ওইবা মরম্নি। পাং অসিনা লম্ফেল পাংকী শকুম লোরকপদা তম্পাককী লম মচেং থরসি নোংজু থাদ ঈচাও অমম্বুং কালেন খাদা ঈকং মায়োক্নরোই হায়নীঙায় লৈতে। অথঙ অহৈগী অরাংপা লৈবক্তুবা লমদন্নি। তুদা ওইরকপা য়াবা ফিবম কুপনা য়েংশিন্দুনা থম্ন লৈনরগা থবক তৌরম কয়া তৌক্লা কাম্নবা পীবা ঙমগদবা থৌশিল থোরাঙ তৌহৌবনা ভুংগী মীরোলদ

মতমগী মঙাল শীরম্বা অচৌবা থুদোল ওইহৌগনি। মীয়ামগী থক্ক-চানব ঈশিং পীবা, লৌবুক্তা মহৈ-মরোংগী পাক্লীশিংগী ঈশিং পীবা ঈচাও অমদি ঈকং স্নায়োক্লনবা. লোক্লাক পাং কনব। অমম্থুং চৌঙশাং পরেং-শিংদা উমং শেমগৎপা হায়বসি চৌঙশাং পরেংগা শাগোম্নরিবা লোকশিংগা য়াম্না মক্না মরি লৈনৈ। মরম অসিনা থবকশিং অসিগা মরি লৈনরিবা লোয়নঙশিংমা থুংশয়না থৌশিল-থৌরাং তৌবনা শেঞ্জং হন্থহনবত নক্তনা মায় পাক্লবগী অচৌবা মচাক অমা ওইগনি হায়বসি মীয়ামগী থাজবনি।

পীকথ্রবা তম্পাকী লম অসিগী থুঙ্গংগী লম্বী থোংগী ফিবম অম্মুক ফজিরবা অসিনদি শরুক মাপল হেন্না চাউরিবা চৌঙশাংশিং অসিগী লম্বী থোং করি ফিবম ওইকম থোকপগে হায়বসিদি মীয়াম্না মীৎ উইশিল্লবম্ম অক্লুম উরনি। লম্বী থোং ফক্তবনা চংথোক চংশিন্দা থুদোংচাবা য়াং পলগী চৌঙগী লমদা থবককী মফম তাবা য়াম্না তমৈ হায়বসিদি ইশঙ থঙ্গশবা য়াফম্নি। লৈরিবা থরপি ফক্তবত মক্তনা শেম শাগংকদবা মশি; থীঙমদনা য়াংলি। অমরোমদা, মসিমম্থু ময়েক্কি মতুদি চৌঙাক অমদি অতৈ অতৈ লল্লোন পোংশিংগী পোংথোক লৈতবা মফমদা লম্বী-থোং শেমগং শাগংপা য়ানা থোকই। মরমদি পোংথোক লৈতবনা শেম্থোক লৈতে। শেম্থোক লৈত্রবদি হিরম খুদিংগী চাওথং খুমাঙ চাওশিনবা ঙমদে। লম্বী থোং ফহনবা হায়বসিগা মীওইবনা হিংবদা চঙবা মথৌ তাবা পোংচাকশিংগী পোংথোক মরাং কায়না ফংবনবা হায়বসিগা অনকপা মরী লৈনৈ। তম্পাকা ভাইনবা পাংবাং য়াংদবা; ফুবাক্লবা চৌংমায়শিংনা তম্পাকপু ইকোয় কোয়শাল্ল, অসিগুম্বা চৌঙমায় অমম্থুং নাপোমশিং অসিদা মফম চাবা য়োংছুনা উটৈ য়াটৈ অমগুং লংথোক তিলগা মরী লৈনবা পাম্বীশিং থাবা, শা-যন য়োকপা, ভাং-য়োকোন শেম্বা, মনপ অমদি মরেক লৌবা য়াবা উপাল থাবা অমগুং লৌউ-শিংউবগা মরী লৈনবা মহৈ-মরোং থাবা য়াবা মফম মরাং কায়না

লৈতবা নত্তে। তৌইগুম্বগুং মপু পান্দবগুম মরু ইকোক কোক্লা থম্বসিদি য়োংদা লিক্লাই শীবগা পাংথক ওইরে। থৌশিল-থৌরাঙ অসিমদি লমদম অসিগী মীয়াম্না মায়োক্নম্বিবা অরা-অনা কয়াসি কোকহনবা য়াম্না য়ানা থোককনি। চান-থক্নবা পোৎচাক কয়া মীপাল তাংদনবা, থবক কংদবগী য়াথোকক্নী চাং চন্থৎনবা, লৈবাক মীয়ামগী শেল-থুমগী ফিবম ফগৎহনবা ওয়বশীদমক মরী লৈনবা য়াবা লৈঙাক লোয়শঙশিং খুৎশয়ন্নদুনা লমদম অসিগী চৌঙশাং পরেংশিং লিক্লাইনি থঙনবা মশেক মঙাল মীংথিনা ফুদোকহনবা তঙাই ফদে।

চৌঙশাংশিং অসিগী মপু লমদম অসিগী মীয়াম্মনি হায়বসি ইকাও কাউনবগুম তৌব। অসিমক্না হিরম কয়াগী চাওথং থোঙথাংদা থুরৌ ইচেন চেনবগুম তৌহল্লে। চহি ধরা য়ানশিন্নবা অমোংপা মুংশিংনা য়ৈবদগী পংথক্নবগুম্ন মিকপ থোকপগী পুংজা ওইরে। লাইওইশ্নবা ইপা ইপুশিংনা ঈগী ঈচেন্দা খুদোমবীরম্না থুম্নাই অসিগী থোনা লিংজেল অথাঙকনবা, শু-নোম্বগী হৈনবী লীচৎ, মীপাল তাংদুনা হিংনিঙদবা অসেনচিংবা কয়াগী মতৌং ফুদোক্নুনা হোৎনবগী তঙাইফদ্রবা মুমিৎ অদুনা ঙাইদুনা লৈরে। ইশাগী ইথৌ থৌশাদবা হায়বসিমক্তি মীথা পোনবগী মচৎনি। মীথা পোনবগী হৈনবা লিচৎ থাদোক্নদুনা পুকচেল তিংনা, লিংজেল মাদুনা থবক থৌরাঙশিং মায় পাক্না পায়থৎপা মতম ওইরে।

## ৪. চরক চহিংনরিবা খুন্নাই

'লৈতংলায়রবা ইমুঙ ইশৌ লাংই' হাকম সিমক্তি অহল লমনশিংনা থম্মোইরম্বা অচুম্বনি। ওসি লমদম অসিদা মীয়ামনা মায়োক্নরিবা থৌদোক হাথোক অমম্বুং অন্না-অশা অয়াম্বা মশিং য়ামলকপদগীনি। মীওইবনা হিংবগা মরি লৈনবা করিগুম্বা অমত্তা হাংতবা লৈতে হায়রবা য়াই। অরাং-অপা ময়াম অসিনা নোংম নোংমগী অস্থম হেক্তিল্লক তুনা লায়রবনা মশীং য়াম্বা খুন্নাই অসিগী মীয়াম হিংনবগী লম্বী মম্রি শামজিল্লক্লে। খন্দ-ষ্ট্রাইক অমদি মথল মথাগী নংত-নংত্তবা থৌদোক হাথোক কয়া নোংমা কাংদনা থোকচিল্লক্লে। হিংনবগী লম্বী থিময়কপদা অতোপ্পগী হাথল শনবা ওমনরক্লে। 'ঐ ঐগীত' শোয়-দনবা খন্না হোৎনরকপদা চিরোন থায়োন কয়া চওমরক্কুনা মীওইবা মশেল হিংমিন্নবদা অন্নাবা ওইরক্লে। লোয়নন্না শেঙ্গা থুমজাগী চাং অমম্বুং থাক হাংখৎহল্লক্লে। হিংনবগী লানফম মায়োক্নবদা হাজরবা লায়রবা মীয়াম, মাকন অমদা লৈশেম্লোই লুচিংবা কয়ানা মশাগী ওইজবা লৌনবগীদমক থাজবা থমদুনা শাম্নপোংকুম ওইদবদা মীরাইবগী মমল য়াওহল্লক্লে। ওইদবা কয়াগী পান্দম্মা লৈবাক মীয়াম হেন্না হেন্না অন্না মায়োক্নহল্লক্লি হেননা চয়াংনহল্লি।

মীওইবগী হকচাংগী কয়াৎশিংনা অমগা অমগা তেংবাংনদুনা পুক্লিঙগী ইথিন মথা পোন্না থবক তৌই। মতৌ অচুম্বা লৈঙাক লোয়শঙ কয়াম্মু অমগা অমগা তেংবাংমদুনা নংজ্রপা খুৎশম্নদুনা লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক মথৌ তারকপশিংগী থবক থৌবমশিং পাঙ থোকপা তৌকম থোকপনি। অদুবু লমদম অসিদদি মানা মানা

তৌগনিং তৌমিংবা পংজোদ তৌবা, অমগা অমগা মনী ইরৈ লৈকদবগুম উটৈ লৌনৈ। মসিগী মরমসি চরাংঅবা, ৎংচু লৈত্তাদবা লৈঙাক লৈশেমোন অমসুং চরক চহিংনরিবা খুন্নাই অসিগী রাখল্লোনগী মথি ওইখ্রগ থোকই। লোয়শঙ অমনা মরম অমগীদমক চহি কয়া চুপনা শীজিনখতুনা লাক্লিবা লম, অংগাপপা লোয়শঙ অমনা অতোপ্পা মফম অমা ইরৈ লৈত্তবগুমনা তোঙামবা থবক থৌরম অমা মফমতুমকুনা পায়খৎনবা হোৎনরকপা, মাঙজোননা তিংচুনা মীয়ামদা মৈঙাল পীরিবা পীরিবা ইলেক্ট্রিক তারা মথাদা লোয়শঙ অমগী অচৌ অশাংশিনো হৌত্থনা অচৌবা মখলগী উপাল থাজিন্নবা কয়লাস থাবা লোইবক্তা ভায়রিবা লম্বী ককথৎতুনা ঈশিংগী শাইশ কুম্বা অসিনচিংবা কয়ানি মীয়ামা উন-তানবিগা। মসিমা তাক্লিখমা তুংগীদমক মাঙজোননা থুজিল থৌরাং তৌদে চাম্বক্সি নি।

কংলৈচাশিংনা থঙম-উনববা র ফম্নি, মচুদি লৈমায় অমসুং শেল-থুমগী ফিবম মথা পোন্না কমদম অসিগী লম্বী-থেং খুদোংচাবা রাংলি। লৈনুঙগী পোংথোক পুথোকপা অমসুং অচৌবা যেন্তরি হিংবগী খুদোংচাবা রাৎপনা লৈতে। অংরোমদা হৌজিক লৈরিবা উখ্রুল দিষ্ট্রিক্টকী মগুঙঙজিন্বা মফমদা লিংলিবা হুন্দুং মিনি সিমেন্ট প্লান্ট করিগীদমক লম্বী-থোংগী খুদোংচাদবা মফম অতুদা লিংখিবা; দিষ্ট্রিক্ট অসিগী মলুঙদা লিংদনা গাদবগী তঙাইফদবা লৈরবলু মসিগী মলুঙচনবা তম্পাককা তাইনবা, লৈতেম মাম্নবা লম্বী-থোংগী খুদোংচাবা মফম মাইঙংপোকপী ফাওবদং পুথোক্কপদা করি অকায়বা লৈবগে হায়বসি মীয়ামগী চঙক্লবিবা রাবম্নি। সুগর ফেক্টরি অমসুং স্পাইনিং মিলস চহি কয়া তুমখুনা লৈরকপদগী শিনমী চা কয়াগী চাকথাও থদংপীরে। লৈবাক মীয়ামগী শেল থুম কয়া মাঙহল্লে মশোয় অনী আমনা নীংভায়দনা তুম্বিবসিগী মরু ওইবা মরম মচিঙ্ক ওইবিবা লাম্ভ-শিং-উদগী

পোৎখোকশিং চু অমদি লংথোক মচাকশিংগী পোৎখোক লমদম অসিদা মঙিক চানা লৈতবদগীনি। লমদম অসিদা লৌউ-শিংউবগী পোৎখোক হেন্না মরাংকায়রনা পুথোকপা ঙমবগীদমক মরী লৈনবা লোয়্নশঙশিংমা লৌমী-শিনমীশিংদা হিরম কয়ামুককী মতেং পীতুনা হোৎনরক্নি। অহুবু করিনমো লমদম অসিগী পোৎখোক্না মশাগী শীজিন্নবা কোন্নবা ঙমক্নি। মশান্দগী চেং, হবাই-চেংবাই, নচিংবা চিঞ্জাকশিং টন টম পুশিল্লতুনা শেঞ্জাও পায়বা লল্লোনবশিংনা য়োস্নিঙবা মমলদা অয়েং অপন লৈতনা মদোঙ তম্না য়োল্লি। ফবা ফত্তবা হোঙবা তাঙবা থিমদে ফংবু ফংলবদি থম্নতুনা মুন্ন-মুন্না লৈনৈ, অমত্তা তাহোদে। লৌউ-শিংউবগী পোৎখোক মীংথিনা পুথোকপা ঙমদবনা চেঙ ঙক্নবা, থাউ শুমনবা, য়াম বেসন তক্নবা অসিনচিংবা মেছিম কয়া চাংচৎতা চহিদা থা তরুকতগী হেন্না থবক শুদে। ওইরক্লিবা ফিবম কয়াসি মায়োক্নবা খোঙথাং অমা লৌমনবা শম্ন নৈনবা নত্রগা থবক থৌশিল চংথবা মীয়ামনা উন-তানদ্রি। নক্লবা মরী থমমতুনা মংত্রগা থবক থৌশিল চংথবা মীয়ামনা উন তানদ্রি। নক্লবা মরী থমনতুনা নংত্রগা থুংশমননা থবক থৌরাংশিং পায়থংমীন্নবা য়াবা লোয়্নশঙশিং অমগা অমগা শমনদ্রি।

লৌউ-শিংউবিবা লৌবুক্তা ঈশিং নীংথীনা ফংহন্দুনা চাথোক মরাংকায়না পুথোকপা ঙমহনবদা, মসিনা লৌমী শিনমী অমম্ভং লৈবাক্নী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনবগী পান্দমদা লোয়্নশঙ অমনা লুপা কোকথেংং কোকথোং চঙমা থবক তৌরি। লোয়্নশঙ অমনা মীয়ামনা শীজিন-নবা চঙদবা য়াদবা অফবা ঈশিং ফংহন্নবা লুপা কোটি কয়া বয়া চঙনা খবক থৌরাঙ কম্না পায়থৎলক্নি। লোকতাক পাৎ কন্দবা য়াদে হায়বগী রাখল্লোন্দ কাঙবু অমা শেমতুনা খবক থৌরাঙ পায়-থৎনবা কম্না হোৎনরি। লমদম অসিগী ইনভাইরনমেন্ত কম্নবা মালেমগী থাক্তা শরুক য়াতুনা তোঙানবা থাঙলুপ অমনা কম্না হোৎনরি।

লায়শঙ অমনা, লমদম অসিগী ঈশিং মুংশিং, নোংজু মুংশা লাক শেন্ন নবা অমসুং উমংগী পোংখোক্লা লৈবাকী শেল থুমগী কিস্তম কপংহন্নবা ওমজবী থাদনা হোংনরি। তোইগুম্নসুং, কদায় ফাওবগী থাক য়োনা খুমাঙ চাওশিল্লবগে হায়বদুদি অথঙবা থরনা খঙলবনু থবক থৌরমশিং অতুগী কান্নবা মহৈ ফংগদবা মীয়াম্না ফদবনীনা পাক শন্না খঙেমজ্রি। পায়খংকদৌরিব্বা থবক থৌরমশিং অতুগী হৌরকফম, পায়খংকাদৌরিবা মওং অদু কুপ্না খিদোক্তুন পুম্না খুংহন্নবা পায়খংমীন্নবনা কারি মহৈ পীবা ঙাগদগে হায়বা মবি লৈনবা য়াবা লোয়শঙশিং খুংশম্নজ্রি।

শিংদা প্রোজেক্ট, খুদম অমা ওইনা পনবা য়াই। প্রোজেক অসিগী পান্দমদি ইচাও অমদি ঈকংগী খুদোংথীবদগী কননবা, নোংচুপ ইম্ফালগী মফম কয়াদা লৌউ শিংউবগী ঈশিং পীবা লোয়নবা অরবান এরিয়াদা থক্ক চানবা ঈশিং পীবনি। চহী তরা হেননা অমদি লুপা কোটি কয়া চঙনা পায়খংলকখিবা থবক থৌরাং অসিগী মথাদা লৌবুক্তা ঈশিং পীনবগী শেম শাখিবা খোং, উকু রাকুশিং মসি ফাওবা লৈবক্রে। ১৯৯৯ ইংগী ঈকং নংযোক্লখিবহুদা দাম অসিগী ঈশিংনা অতৈদি লায়-রদনা থক্ক চানবগী পীনা ফাওদ্রা য়াম্না রানা মাযোক্লখি। দাম অসিগী মথক্তা, ঈশিং তুংশিনফম ওইরিবা লোকশিং অসিনা চহি চহিগী লুবগী চাং রংলকপগী মরম থাদেক্তুনা কম্নবগীদমক ফোরেষ্ট লোয়শঙগা খুংশম্নন পায়খংপা য়াবা থবক পায়খংপা মীয়াম্না উনদ্রে। মক কার্কশিল্লকক্লিবা চীঙম য়ুশিংদগী নোংজুগী ঈচেম্না পুথরকপা মুঙচাক লৈঙোয়না দাম অসিগী লমায য়োনা ফুনগংলকপা তারগদি প্রোজেক্ট অসিগী কান্নবা কররনো হায়বসি মীয়ামগী রাহংনে। অদুগা ঈশিং পীবা ওয়্যাইংনৌবদা করবীদনক লুপা কেংকংথোং অমা ঈশি থোং অমসুং উকু রাকুশিং মাওংঙ্গোননা শেমজীন্দুনা মাঙহল্লিবা অসিগী কনানা শরুক য়াগনি হায়বসীমসু মীয়ামগী নৈনরোলান।

অমত্ত অহৈশিংগী-রাশল্লোন মতুংইনমা মীওইবনা হকচাং অমা, নাদ রেক্কনা হিংনবগীদমক মচি ওইবা চৌজ্ঞাক মচল শুনা চাবা তাই। মচি ওইবা চৌজ্ঞাকশিংগী মমুংদা রেক্কম, শঙ্গোম, শা ভা নচিংবা মরু ওইরম্মি। অসিগুম্বা চিজ্ঞাকশিং অসি তত্তাগ্নকদনা মেংমগী লেপ্তনা চাং নাইনা চা থকপা ভম্বা ইমুত্ত কমদম অসিদা চাদা কুন্ন শুনা লৈরমগনি থাজদে। শেন্থোক রাংপনা মরুওইবা মচি ওইবা চৌজ্ঞাকশিং শিজিননবা ভমদে। অমরোমদম্ব শেল লৈরবম্ব চিজ্ঞাকশিং অসি লমদম অসিদা মরাগু কায়না পুথোকপা ভমদবনা মমল হেৎনা ফংদবত্তা মত্তনা শিজিননবা কোননদে। অসিগুম্বা অরাবা কয়াসি কোকহনবা অমদি মীওই কয়াদা শিনফম অমম্বুং শেন্থোক লম্বী পীবা ভমহননবা ভেতিনারি এন্দ এনিমেল হাজবেন্দ্রী লোয়শঙনা চহি কয়া চুপ্পা থবক থৌরাঙ কয়া পায়থংতুনা লাক্লী। মথল মথাগী শঙ্গোম থোকপী মন, মরুম অমম্বুং মশাগীদমক মথল কয়াগী রেম অমম্বুং ভাম্ব, অফবা মথলগী ওক অসিনচিংবশিং মপান্দগী পুশিল্লকুনা লমদম অসিদা শেন্দোং লৈনা শিনফম পীনবা হোৎনরক্লি। ত্তৌইগুম্বম্বুং পাক শননা অমম্বুং থুমাঙ চাওশিননা শিনফম অমদি থবক অসি পায়থংপা ভমদনা লৈরি। মসিগী মরাওইবা মরম কয়ামুক থোরা য়েংবা য়াই।

মচুদি :—

লৌউ শিংউফম ফংওবা লৈরক্রবা তম্পাক্কী পীবগ্রবা লম অসিদা থবক শিনফম অসি পায়থংপদা রানা থোকপা।

লায়রবা মীয়াম ওইবত্তা নত্তনা শু নোংম্বগী হৈনবী রাংপা।

শা মন অমত্তা' উচেক হ্রয়াশিং অসিগী চঙদবা য়াদবা মচীঞ্জক অমদি হীদাক্ক লাংথক মফম অসিগী পোংথোক নত্তবনা তত্তাইফদনা মপান্দগী পুশিল্লকপশিং মমল রাংবা মবম্না শেন্দোং রাংপদ নত্তনা লৈথোক লৈশিনগী শেল থুমগী অরাবা লৈন

চৌঙ্গা অয়াগী পাক চাউনা লৈরিবা হিরম কয়ামুক্তা খুন্নাংচাবা লৈবা মকমশিংদা থবক শিনকমশিং পান্নখৎনবগী থৌরাং তৌখ্রিবা অসিনচিংবনি। শিনকম অমমুং থবকশিং অসিগীদমক চরুওইবা মচাক অমা ওইনা চংদিবা মচৌঙ্গাক, লৌউ-শিংউবগী পোংথোক্লি। মচিঙ্গাক অমমুং শেন্দোং অনি অসি য়াম্না নকপা মবী লৈরে। লমদম অসিনা লৌউ শিংউবগী পোংথোক মবুং কায়না পুখোকপা ওমখ্রিবনা থবক অসি শিনকম ওইনা পাক-শন্না পায়খৎপদ অরাবা কয়া মায়োক্নরি।

লমদম অসিগী চরুওইবা শিনকম লৌউ-শিংউবনি। শিনকম অসিগী শুফম লোমফম ওইরিবা অমমুং লমদম অসিগী পুক্তী পুককৈ ওইরিবা লৌবুকশিং; কুম্নী কজেন নাইদনা মহৈ মরোংগী পান্বী থাহুনা চিঙ্গক মরাং কায়না পুখোকপা ঙাই। মসিনা শিনকম অসি চাওখৎহনবতা নত্তনা মীয়ামগী পুন্সি ওইরিবা লৌমী, খুঙ্গংগী লমহৈরবা শিনমীশিংগী ফিভম, হিরম কয়ামুক্তা ফগৎহনবা ঙমহনগনি। লৌমী শিনমী লাখ কয়া থবক পীরিবা, লমদম অসিগী খুাইদগী চাউবা শিনকম অসি থাক রাংনা চাওখৎহনবা হায়বসি খুন্নাই অসিনা খুাইদগী চাউনা মীপাল তাংলিবা চিঙ্গাককী অরাবা কোকহনবা হায়বনি। খুদোংচাদবা মরম কয়ামুক লৈবনা শিনমী মশীং য়াম্না থবক পীবা ঙম্বা অচৌবা ফেক্তরি লিংবা ঙমদবনা শুফম লোমফম অমমুং শেম্লোক লম্বীগী অরাবা ওইনরি। অপীকপা শু লোম্বগী থবকশিং অয়াম্বনা লৌউ শিংউবগী পোংথোক্না হেন্না নক্নবা মরী লৈনরি। লৌবুক্তা পান্বীনা মখৌ তাবা ঈশিং পীননবা খোরাং কয়া তৌহুনা লাক্লবসু ওসি ফাওবদদি হায়খিবা পান্দমগী ওম্ন-তৈনখরোমদা চংখিবনা ঈশিংগী অরাবা কোকহনবা ঙমদতুনা নিংথমগী মহৈ মরোং চাথোক লৈনা অমমুং পাক শন্না থবা ঙম্লদ্রে। মসিগী মরমদি শিনকম অসিগা, মসিগা লোয়ননা চৎমীন্নগদবা থাদোক্নবা

য়াত্রবা খোঙলোয় ঈথৈ লৌখোংপা থুংশয়না চংঙ্মিন্নবা ওইত্রি হায়রবসিনি ।

কংলৈপাক (মণিপুর) অচৌবা অপীকপা পাং-তুরেল অমত্তুং লোক কয়া শাগোল্লজরিবী লমদম্নি । মশাগী ওইবা মহৌশাগী ডা মথল কয়া অমত্তুং ঙায়োক লোয়শঙনা অমদি লম্নাই মীওই কমানা মপান্দগী পুশিল্লকপা ডা মথলশিং পাং-তুরেল অমত্তুং লোকশিংদা ফংই । লমদম অসিগী লৌউ শিংউরিবা লৌবুকশিংদত্ন ইপাম্বাগী মতমদা অপীকপা মহাও লৈবা ডা মথলশিংত্নু ফংই । মসিগী মথক্তা সরকারগী অমদি লম্নাই ঙায়োককোন কয়া অমনত্নু মথল মথাগী অয়োক ঙাগী ঙাথোক পুথোকই । ঙায়োক লোয়শঙমা থবক থৌরাঙ কয়া পায়খৎতুনা ঙা য়োকপগী শিনফম অসি চাওখৎপগা লোয়ননা পাক শন্না পায়খৎলবা ওমবা লম্নাই মীওইশিংদা থুদোংচাবা কয়াত্ন চহী কয়া চুপ্পা পীহন হোংনয়ক্লি । তৌইওত্নবত্নুং, লমদম অসিগী ঙাথোক্লা মশাগী শীজিন্নজবা কোন্নবা ওমদবদগী মপান্দগী অতেকপা, অকংবা ঙারী অমত্তুং কৌটা ঙানচিংবা ডা টন টন পুশিল্লকুনা শিজিন্নরিবা মমল বাংই, অত্তুবু লৈনৈ চানৈ । য়ামত্রবদা মশাগী শীজিন্নবা কোন্নবা ফাওবদংদি ঙাথোক পুথোকপা ওন্নবা হোংনফম থোকপনি । অত্তুবু থবক থৌরাং অং্না মীওই কয়াদা থবক পীবা ওমগদবা; পায়খৎপ. য়াবা মফমশিং লমহাং ওইনা লৈরি, থন্নত্রি ।

ময়োল কয়ানা পন ওইনা কোয়না ঙাক শেল্লিবা কংলৈ চীংশাং শিং, মতম থরগী মমাঙদদি অশোঙবা, অশংবা উমং ওইরম্বনি । অত্তুবু কংলৈচাশিংনা হিংনবগী লানফম মায়োম্নবফংদা উ ব্রা তেপ্পুনা য়াম্নৎ পীন্নকপদগী মরু কোল্লক্লে । নাপী শীঙবী ফ.ওবনা মহুৎ শিনবা ওম্নত্রুবা, লৈঙাঙ পাক্কক্করন্নবা চীঙগী নাপোম অমত্তুং চীঙমায় ঙাক্ক ঙায়শিল্লক্লে । পাক চাওখ্রবা চীঙশা-শিং অসিগী মপু কনানো

চমন্নরিবৈ, লংথোক তিমগা মরীলৈনবা পাম্বীশিং. উহৈ মাহৈগী পাম্বীশিং অমম্লুং লৌউ শিংউবা য়ুবা মফমশিংদা মহৈ মরোংগী পাম্বী থাহুনা পোংথোক মরাং কায়না পুথোকপগা লোয়ননা শিন্থোং খঙদনা লেপ্লিবা লমদম অসিগী অরা অনং মায়োক্নরিবা শিনমী চা কয়াগী হিংনবগী মচাক পীগদবতু পীঙমদনা লৈরক্লি। লমদম অসিগী নোংজু মুংশাগী ফিবম কমবদা অচৌবা থৌদাং য়াবা ঙমহন্দনা থম্লক্লি। থম্ন নৈনব্রি; অতোংবদা লৈথোক্লি. অকুংপদা লৈতৌরি ?

ও নোঙগী হৈমবী রাংপা, লৈঙাক লোয়শঙশিংনা খিজিন হুমজিনবা রাংপা, ইশাগী চথৌ থৌশা রাশানদবগী চংনবীগী থাক রাংব', চৌঙনীবু হায়রবদি লৈবুঙ কাওবা হম্না য়েংনিংদবা, শেঙ্গা থুমজা মংত্রবদি লেঙউ য়াদবা থুম্নাই অমা ওইবা অসিনচিংবা মরম কয়া মুক্না পুন্দুমা তরাগী চৈশুনা লেংথোং কায় হায়বতু থোক্তুনা ঙসিদি চাবা থকপা অমম্লুং শেং ইনবদি লায়রদনা হিংবা অমম্লুং শিবা কাওবা মীপাল তাংলক্লে। মীশিঙনা নোংম নোংমগী লেপ্তুনা হেঙ্গংলক পগা লোয়ননা লাইরিক লাইশু হংবা হৈতবা থবক থিবা মীগী মশাঙ হেঙ্গংলকপা, শুফম নোমফম রাংপনা শেম্থোক লম্বী লৈতবা, অমরোমদন মালেমগী মীওই থুম্নাইশিংগী পুন্সি মহিংগী মমি তারক্লিবা অতুগুম্না হিংননবা হোংমরকপা', না কন অমদনা, লমদম অসিগী লৈরিবা লৈঙাক লোয়শঙ থরসিদা থবক থিরিবা অমদি থিরককদবা মীয়ামগী কোম্নবা থবক পীবা ঙমফম থোক্তবা অসিগুম্বা মরম কয়ামুক্না রাথোক লাম্থোক কয়া চেননবা থুননাই অমা ওইহল্লকপা হায়বসিদি ময়েক্লি। লোয়ননা শেঙ্গা থুমজাগী খোঙজেল কনথংলক্তুনা মীওইবা মশেংগী মরক্তা অনেম অরাংগী থোকহননিঙদবা লানফম থোক্লকপা হৌনশানি। তৌইগুম্লুং, পুম্নমক অসিদগী থুননাই অসি কনগৌনবা থবক থৌরমদদি মীয়াম্না উন তানব্রি।

মীওইবা হায়বসি হিরম খুদিংমক মপুং পুঙকা কারে হায়বসিদি লৈতে হায়বসি অখণ্ড-অহৈশিংগী অচুবা য়াখল্লোয়ি লৌনরি। মীওইব মশেল অমখা অময়া মপাল তাংনৈ, লৌখোক লৌশিন তৌনৈ। থবক অচু লল্লোনবগী শেন্দোং লৌনফম্নি। অহুবু খুননাই অ'সগী থবক্তি লৈবুনি য়োনবদগী চাদ মরিফু হেননা য়াংই। অয়োনবা য়ুক্ত-দবনা শেন্দোং লৈতে। শেন্দোং লৈতবনা লমদমসিগী শেম্‌মগী ফিবম ফত্তে। মসিনা য়াথোক লাম্বোক য়ামহল্লি, লৈবাক মীয়ামগী পুন্সি ভংহু লৈতাহন্দে। মীওইবা লুংঙাইবা য়াম্না পাম্মী. মুত ইনা হিংনিঙই। মশা মশাগী নুংঙাইবা থিনরকপদা কল্লক মীহোবগী য়াথল ফাওনরকই। অমগা অমগা তেংবাঙমবা, নুংশিনবা অমসুং থাজনবগী চাং হন্থরকই। মসি লৈবাক মীয়ামগী শেম্‌মগী ফিবমগা নক্না মরী লৈনফম খোকই। মরম কয়াসিনা লৈঙাক লৈশেম্মোন্দ্রা। চৈনা অমদি চৈখেং পীরকপা হৌনশ্যানি। কেন্দ্র অমসুং রাজ্য সরকারনা লমদম অ'সগী শেম্‌মগী ফিবম ফগৎনবা মথল মখাগী থবক থৌরাং তৌই অচুবু ঙম্ তৈনা অমুম পুৎথরকই। মসিনদি থৌশিল থৌরাংগী অশোয়বা ঙরদি লৈভম খোকই। খুননাই অসিগী মীয়ামগী শেম্‌মগী ফিবম ফগৎহনবগী লৈবাক্তী হিরম কয়াগী ফিবম ফগৎহনবা য়ান থোককনি। য়ফম অসি খঙনরবসু পরিং চুম্না খুৎ থাদ্রি। লৈশেম মুপশিংগী মশা মশাগী ওইজবতা উবা লুচিংবা কয়ানা ওইজবা লৌনবা হোৎন নরকপনা ঙাঙথোকখিবা য়'হৈশিংনা মীওই ফাঙলুপশিংগী মরক্তা তাথিনবা অমদি মুংশিনদবা পোকহন্দুনা মীচম কয়াগী পুন্সি পীথম নহনখ্রে। অসিগুম্বা লায়না কয়া নাহন্দুনা খুননাই অসি তৌফম খঙহন্দ্রি। খুৎলায় পায়বা, মীয়ামগী পুন্সি অমদী লনথুম ঙাকপী শেনবীগদোবশিংনা আইন মখুত্তা পাহন্দুনা তৌনীঙবতা তৌরকপনা সরকার হায়বসু মখোয় ওইরবোই নীঙনরে। মরম অসীদগী য়ম্মা

নক্লা মহৌ লৈনক্ষম থোকপা সরকার অমসুং মীয়াম অমীগী মমৌ ইলাপ লাপনবগুম তৌরে। মীয়ামগী পুন্সি মংংহু লৈত্তাবা ওমহল্লে।

কালিতি এডুকেসন:

মাম্লোক্লবা কিরবদি লানক্ষমদা মায়থীবা তাবনি। মায়োক্লনবগী অরেম্বা লৈজ্রিথমথৈ মীপাল তাংহুনী হিংবগী রাথল্লোন চেনবা হৌনশানি। উশিংমজ্রবম্ব লানক্ষমহু মায়থীনবগী অচৌবা মচাক্লি। মায়োক্লগদবা লানক্ষম অসি চাউই; মতৌ করম্লা লাম্বেংনগদগে হায়বগী রাথল্লোন্দা লামওং কয়া শেমহুনা কম্লা হোৎন্নিবা অহু মায়পাক্লবগী য়াম্লা হৈ শিংব থৌওংমি। অহুবু থুম্লাই অসিগী মীপাল তাংহুনা হিংবগী হৈনবী, ইথৌদা পুক্লিং চওদবা, অরেম্বদা মতম মাঙহনবদা হালেওবা লৈতবা, ও নেংম্বগী হৈনবী রাংপা অসিনচিংবা কয়াগী হৈনবী লিচৎ অসিনা তুংগী যুম্বীরেল ওইরক্লদৌম্নিবা হৌগৎলক্লিবা মীরেলশিংদা লাইচুরক্লে মহৈরোয় অমা ওইনা তম্লবা মহৈ মশিং অহু থও হৈমবা হোৎনবা হায়বসি মশাগী মথৌ নে হায়বা ইকাউ কাউথোকপগুম তৌহুনা হরাও কুম্মৈ নংত্রগা নত্ত নত্তবা থবক্তা পূক্লিং লুপ্তুনা মতম মাঙনবদা ম্লংনাংবা ফাওবগুম তৌবে। চহিগী পাঙথোক্লিবা চাংয়েংশিংদা মীপাল তাংহুনা নংত্রগা নত্তবা পাম্বৈ শিজিন্নহুনা লাম্নবা হোৎন্নরক্লে। মমা মপা অমা ওইনা মচান্ন অফবা অমসুং অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবীবা হায়বসিম্ন তঙাইফত্রবা মশাগী থৌদাংনি তৌইগুম্বসুং ওম্ন তৈননা ম.না চওশিল্লক্লিবা নত্তবা লম্বীদা পুক্লিং থৌগৎন্দবগুম তৌনরক্লে। ত,কপী তম্বীরিবা ওজা অমসুং মহৈরোই অনিগী মরক্তা অমনা অমবু মীরায়ং- নাগী রাথল্লোন পোংক্লক্লুনা রাথেক কয়া থোক্লরে। মহৈ মশিংগী মতীক ময়াই হল্লহল্লে। হৈনবী সিচংশি' অসিনা লাকহত্তুন থুম্লাই

অসি মোংম নোংমগী পুখরককপগুম তৌরক্লি। আই: এ এস: অমসুং আই: পি: এস: নচিংবগী চাংযেং য়াওবগী থাক অমগুং চাং য়াংশিল্লক্লি।

খুন্নাই অসিগী খণ্ড হৈরবা অহল লমনশিং অমসুং মহৈরোইশিংগী লুপশিংনা য়াথল্লোন কয়া পীনরি। মতুংদি লমদম অসিদা হিরম খুদিংগী চাওখৎ খোঙথাঙ খুমাঙ চাওশিনহনবা ওয়বগীদমক কালিতি এডুকেসন লৈহনবা ওঙাই ফদে তৌইগুম্মসুং থবক থৌশিল অসি কনানা মতৌ করম্না লমদম অসিদা পায়খৎকদৌরিব্নো হায়বসিমদি তং ক্তাবা য়ারী। মহৈ মশিং তাকপী তম্বীতুনা ওজাগী শিনফম পায়রীবশিংনা পায়খৎ-কদৌরিব্রা, মহৈরোইশিংনা পুরকদৌরিব্রা মমা মপা অমদি অহল লমনশিংনা পুরককদৌরিব্রা নৎত্রগা মরী লৈনবা লোয়শঙনা পায়খৎ কদৌরিব্রা হায়বগী য়াকমসিদদি চয়ক চহিংনরি। অনাবগী হৌরকফম অমসুং লাইওং থিদোক্লগা চীদাক থাবনা লাযেবগী মপুঙ ফাবা কায়বা ফংফম থোকই। মরম অসিনা, ঙসি ওইরিবা মহৈ মশিংগী থাক অসি য়োনা শোকচিল্লক্লীবসীগী হৌরকফম অতু খণ্ডদোকপনা থবক থৌশীল চৎথনবগী অরায়বা খোঙথাং ওইগনী হায়বসী মীয়ামগী থাজবনী।

পীকচরনসু, ভংবতকী অচৌ অচৌবা ষ্টেতশীংগা চাংদম্নবদা মীশিং য়ামত্রবসু, থবক থিবা মীওই লাখ কয়া লৈরি চহি চহিগী লেপ্তুন লাইরিক লাইগু হৈবগী মশিং হেন্জংলক্লিবা অদুককী মতীক থবক ফংদবগী য়াথোক চাউথোক্লকপা হায়বসিমা শোয়দ্রে। অতাক অফোংনরবা য়াফম্নি, মতুংদি থবক থিবা মীগী মশিঙ য়ামখৎলক্লিবা মথৈ শেঙ্গা থুমজাগী চাং অসুম থাক য়াংখৎলকই। মমনদি লৈঙাক লোয়শঙ খরসি নত্তনা অতেপ্পা থবক পীবা ঙম্বা অমা লৈতে। মসিমসু ময়েক্লি মতুংদি শেঙ্গা থুমজানা অসুম চাউথোক্লক্লিবা মথৈ কালিতি এডুকেসনগী য়াহন্থোক অসুম অসুম লৈহল্লক্তে থম্বফমগু খোকই - সিফাইগী বটালিয়ন খত্ত হা দোকপনা থবক ফংদবগী য়াথোক

রাজেম্বা ওকখন খোজে ইঙ্গালকক্কী শেষ্কুমগী কিবম লোকচিম্নকপা মতুনা। খুম্নাইদী শেষ্কুমগী কিবম লোকচিম্নক্কিবা অতুক হাবোক লাখোক কয়াম্ন চাওখৎলকপা ওাবনি। পুম্নমকসি নৈনবগা খক নৈবা কয়াসা মশাঙ্কা অশাবা ময়েক পীজবা খুম্না মহৈ মশিং ওয়ুগী খৌশিল অমা হোংদোকপগী তঙ্গাইফদবগী রাখল্লোম কয়া পীনজুনা লাক্লি। অতুম্ব থবক ওন্থোকপদি মাক্লি। মহৈ মশিং হৈকগী মতিক ময়াইগী থাক-কুম্ভকমী ওাঙ্কানা মাঙ্বিবাস মহৈ মশিং তম্লিবা তুংগী মুশীরেল ওইরককক্নৌরিবশিং অসি অতে, লায়েখদা ৱংবা শম্মনা কয়ানা মাঙ্বিমসি মহৈরোইশিংকু মতীকচাবা মী ওইহনবা শেখী শাবীনগী থবক তৌরিবা খুম্নাই অঙ্গিলি কায়কসিদি মায় পাকপ ওঅন্দব খোশিল খোরাওশিং অসিনা ময়েক শোংনা উৎলে। খুম্নাই অমদা করিগুম্বা অহোংবা অমা পূরকপা হায়রবসি লাককদৌরিবা হায়কদি শম্না কালিতি এহুকেসন অসি পুরকবগী অরেম্বা ফিরেপ অমা মমা মপাগী খুম্নাইদা লৈত্রিবমথৈ বানা খোকনি। মরমদি তুংগী মীরোলগী শকয়েং মিংশেল ওইরিবা মমা মপাগী খুম্নাই অসিগী মথা পোননগনি।

লমদম অসিগী করিগুম্বা হিরম অমা নৈনকুবদ মচু চয়ক চহিঁনবা অমদা হেক্তা লৈ। মসিগী রাইহোকসি ওসিগী খুনমাই অসিগী রাখল্লেন অসি খুনমাই অমগী মপুঙ ওইবা অপুনবা মিংশেং অমা পম্মীননবগী রাখল্লোন মপুঙ ফাবা ওমক্রি হায়বা তাই। খওনদবদি নত্তে; মশ মশাগীত হোংবববদা অপুনবগী মিংশেং থম্বা ওহনবগী ৱাদনি। খুনমাই অসিদা অশিন অম্নাওগী শক্তম লাংবা, তুংগী ওইরককদৌরিবা খুনমাইগী কয়াং ম্লাংলিবা মমা মপাগী খুনমাইগী রাখল্লোন্দ কালিতি এহুকদনগী মপুঙ ফাবা মখি ওাকুনা মতমগা চুনবা খুম্নাই অমগী য়াওল লৌত্রিবমথৈ তুংগী মুশীরেল মহৈরোইশিংদা ৱারক ৱাজেখনা কালিতি এহুকেসন পুরকপা তরাইবা থবক ওইরোই।

মমা মপা ওইরিবা কয়া অম্না ওজাগী শিনকম পায়দুনা তাকপী তম্বীবগী থবক তৌদুনা থিংনবা হোৎনরি। কয়া অমমা মসিগা মরী লৈনবা লোয়নগদা শিনফম অমা ওইনা অশিন অৱাঙগী থবক তৌরি। তৌইগুম্বগুং মথোয় মশানা শিঙ্গ লাঙজরিবা অমগুং শিনফম অমা ওইনা তাকপী তম্বীরিবা থৌশিল অমদি থবক অদুবু থাজদদুনা মচাশিংবু লৈরাইগী মহৈ তম্ফমশিংদা মহৈ তম্বা থায়। লৈঙাক লোয়শঙশিংদা থবক তৌরিবা অমদি শেন্থোক লৈবা মমা মপাশিংগী মচা মচুশিং লৈরাইগী মহৈ তম্ফমশিংদা তমহল্লিঃ তবহনবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা মমা মপাশিংনা মচাশিংবু কৈরোই লৈরাইগী লেম্বুমগী ফিবম চাদদুনা সরকারগী স্কুলশিংদা মহৈ মশিং তম্লিবা মমাগবশিংগা তোংনহল্লিগদে। মরমদি মহৈরোই অনি অসিগী থেননবা মায়া চউনা লৈ থম্বদগীনি। লৈনাইগীদনা কালিতি এন্তুকেসনগী মঙাল ফাই, সরকারগীদমা ফংদে লৌনৈ। কালিতি এন্তুকেসনগী মঙাল ফংলিবা মচাশিংবু লাননা লমজিংখিগনি হায়বগী সুংনাংবা লৈনৈ। মহৈ মশিংগী থবক লৌথনা খঙলবা, পীকথ্রবা তলব ফংবা ওজাশিংনা তাকপী তম্বীবা লৈনাইগী মহৈ তম্ফমদা কালিতি এন্তুকেসনগী মঙাল ফংবা, অদুগা মহৈ মশিংগী থাক রাংলবা মতীক চানা থাগী তলব ফংলবা ওজাশিংনা তাকপী তম্বীরিবা সরকারগী মহৈ তম্ফমদ, কালিতি এন্তুবেসনগী মঙাল ফংহনব তমদবগী মরম করিগীনো হায়বাসি খুননাই অসিনা পুক্রজ চঙনা থাজদনা ছুমজিন্দুনা অচুম্বা খোঙথাং অমা লৌননবা হেংনবা তমাঞ্জ্রি। খঙ লৈরবা লৈশেন্নোয়, লুচিংবা কয়ানা লাউরি— মানুবা খুননাই অমা পুরক্লবতদা লমদম অসদা কালিতি এন্তুকেসন পুরকপা তমগনি। থরনা লাউরি - কালিতি এন্তুকেসন লৈহল্লবতদা মাংমবা খুন্নাই অমা পুরক্লুনা হিরম খুদিংগী চাওথং খোঙথংদা খুমাঙ চাওশিনবা তমগনি। হিংনবত্ত হোৎনজবদা শেংব হোনবা য়ারক্লবা খুননাই অসিগী মাঃযাম,

য়েমখীগা য়েক্নমগা কনানা হল্লি-হন্দে ৱাহং পাউহংনহুনা চৱক চহিংমশা মতম ওইখ্রে। থুননাই অসিগী মীপুম পুক্তিংনা থগৈ শেঙ্গা থুমকামা লমদম অসিবু করম্বা কিমম অমা ওইহল্লক্লিবগে হায়বসি। চিননস্মু শোমনৈ, চেদম্ম ইরি শেঙ্গা থুমজা আইননা য়াদে। থগুনদবদি নত্তে শেঙ্গা থুমজা হায়বসি কালিতি এন্থুকেসনগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবনি। অদুবু আইননা য়াদবা, অসূককী মতীক চাউবা মরাল চেন্নরিবা থবকসি মতৌ করম্না অসুক ফোংনা অমদি মনীঙ তম্না থ্ুননাই অসিগী কাচীন কোয়া থুংনা কোয়চৎ চৎলিবনো? মসীমস্ু থগুনরীবনী মহুদি থ্ুননাই অসিগী মীয়ামগী ওইরীবা শেন্থ্ুমগী ফীবম অসিনা মচা মশুশীংবু করম্বা খাককী মহৈ মশিং তমহনবা ঙমফম থোকপগে। চাদ মরিফু হেনবনা শেন্থ্ুমগী ফীবম চাদবা ইমুঙ ওইরীবা লমদম অসীদা কালিতী এন্থুকেসন করম্না পুরককদগে মীয়াম্না উনম্নি তানরী লাইরকি লাইশু হৈজরবস্মু থবককী ফম অমা লৈবা ঙমজদবা ইমুঙগী মচা মশু লিশিং কম্না কাংথা থাঙ ওইরি, নীঙবা কায়না পুম্নি হেল্লি। লাইরবা ইমুঙগী মচা মশুশিং মহৈ মশীং তম্বদা পুক্লিং হন্থহল্লক্তুনা পেন্দবা মপাল থোক্লকপা, লৈবাক ৱাথোক ওইরকপা মালেমগী পুরারিগী লমায়দ মুৎপা লৈতনা ইরক্লি। মসিমস্মু কালিতি এন্থুকেসনগা মরী লৈনদে হায়বা য়াগদবা মান্দে। থ্ুদাংদা ঘরী শিনৈ, ফক্লাংদা খেৎনৈ লৈতেংমী ওইনা। কনানা মতমগী মমলদু থগুনা চৎনরিগদগে? ইশাগী নীঙতম্বা থবককী নীঙতম্ব অমস্মুং ইশাগী ইথোগা লৈনরিবা মরী থগুনা থকসি খাসি ঙাক্ল। ইথৌ তৌনবগী চৎন হৈনবী লৈবা থুমাই অমা লৈবা হায়বসি কালিতি এন্থুকেসনগা অনকপা মরী লৈমফম থোকই। অদুবু মথৌ তারিবতু কদায় ফাওবগী থাক য়োনা লৈরিবগে হায়বসিমস্মু থম্নিঙাই ওইরি। শু নোম্বা থগুজিন হৈজিনবা অমস্মুং হোংনবা কনবগী হৈনবী লীচং, তঙাইফদনা থুমাই অমগী চেনফম থোকপা মতীক কদায় ফাওবা

চেন্নিবগে মৈনবীঙাই ওইরি। চঙফম থোকপা মচাকখিংবা য়েংজুরগাদি লমদম অসিদা কালিতি এন্ডুকেসন পুরক্লবা হোৎনবদা খুনাই অসীগী চয়ক চহিংনবা মপাল অমা মায়োক্নরি। মদা মপান্না অসিদি ইমুঙগী অহল লমনা য়াওনা মচা মওশিংগী পরিক্ষা থাবা য়াওরি।

## ৫. লৌমী-শিনমী—লৌউ-শিংউফম

শীক্লবস্থ শীক্লা লৈজরিবা লৌবুককী লম মচেৎ থরসিনা লমদম অসিগী পুককৈনি। লৌমী খুঙংগী লায়রবা শিনমীশিং অ'সনা মীযাম অসিগী পুক্সনি। চহি থরা অসিদা ওইরক্লবা নোংজু নুংশাগী ফিবমদগী অহোংবা লাকপা, ঈশিং নুংশিংকী খল ওইরিবা লমদম অসিগী চাওথাং পরেংনা মরু কোকশীল্লকপগা লোয়ননা ঈচাও অমম্লুং ঈকং মায়োক্নরকপা, চহী চা কয়া লৌউ-শিংউবক্লবা লৌবুকশিং লৈহাও য়াংশিল্লকপা অসিনচিংবা ময়ম কয়ামুক্তগী চাথোক য়াংলক্লি। অমরোমচম্ভূ ঈথৈ লৌখোঙগী খুদোংচাবা য়াংপনা ময়মশুইবনা নিংথমগী মক্ত মরাঙ মনা মশিং অমম্লুং মহৈ মযোং থাবগী অরাবা মাযোক্লবা অসিনা লৌউ শিংউবনা শিনফম ওইরিবা লৌমী, খুঙংগী লায়রবা শিনমীশিংগী শেম্ব্রমগী ফিবম নোংম লোংমগী শোক চলহল্লি লোয়ননা খুন্নাই অসিনা চীঙাককী মীপাল তাংবগী চাং অসূম অসূম য়াংখৎলক্লি।

মাংলেমগী চাওখংলবা নৈবাক কয়াদা মী চা কয়ানা মতম শাংনা ওুগদবা থবক অঁহু মেছিন থম থক্তনা তেল্লবা মতমদা ওুদোক্লুনা, থবক অহুদা চওগদবা শিনমীশিং অহুনা মী চওদবা য়াদবা অতোপপা থবকশিংদা শিনকম ওইহুনা চাওখংপগী খ্যাঙ চাওশিননবা হোৎনরি। তোইওুম্নুং, লমদম অসিদদি মীওইবনা চাওখংলকপগী মতুংইন্না শীজিন্ন রক্লিবা লৌউ শিংউবগী মেছিনশিং অসিনা লাইরবা লৌমী শিনমীশিংগী খ্‌ংওুমন মংশীবা ওইমা থোক্লি। চহি খরগী মমাঙদা; লৌয়াম চাবা মীওইশিংগী লৌবুক শেম শাবা, লৌ খোইবা অমস্থং লোকপগী থবক শিংদগী খ্‌ংওুমম ফংলকই। অহুবু ইনাক খ্‌নবশিংনা ফিল্ড ত্রেক্তর পরার তিল্লরনচিংবগী মতেংনা লৌফম খোইবা অমস্থং মখোয়দা খ্‌ংওু খ্‌ংলায় কয়া হাপচিন্দুনা লৌ লোকপগী থবক তৌরক্লে। লোয়নমা যনগাড়ীগী মহুৎ শিন্দুনা পোং চৈ পুখোক পুশিনগী থবক তৌরে। মসিমা লায়রবা লৌমী শিনমীশিংগী খ্‌ংওুমন মংলকপদা নত্তনা যন লাবগী শিজিন্নফম রাংলকপদগী পীজ পীথক ওম্নবকচুনা যন লাবা থম্বা ওম্নরক্লে মরম অসিদগী লাইরবা লৌমীশিংনা তঙাইফদনা মেছিনশীং রাংহুনা লৌ খোইবগী থবক তৌনরক্লে। মখোয়না ফংজরম্বা খ্‌ংওুমন অহুগী মহুত্তা ওম্ন নৈতেননা ইনাকখ্‌নবশিংদা পীবা তাবক্লে। লায়রবা লৌমী শিনমীশিংনা ওুজরম্বা থবক কয়া মেছীনশিংনা মুনবীথিবন্‌, অতোম্বা থবক ওুফম নোমফম মরাং কায়দবা. লমদম অসিগী দৌমী; লায়রবা শিনমীশিং লু কোকপদা লেন তারে। নাকম অমরোমদসু, যন লোইবগী চাং হস্থরকপা মরম্না যম্বী যনয়ুংগী হার ফংলকবদগী থুংশেমগী হায়গীদমক অহেনবা চাদিং তৌদবা য়ারক্রে।

লমদম অসিগী মরুওইবা শিনফম লৌউ-শিংউবনী। অপুনবা মীশিংওগী চাদা মরিফুদি শিনফম অসিদা তাংজহুনা হিংই। মাসগী মসুংদা চাদা হুফ্‌তরাদগী হেনবনা হৌজিক ওুমগা হৌজিক চরা তথা

লায়রবনি ।  হিংনবগী লানফমদা নোংমগী চঙবা য়াম্বা লোৎচঙগী মায়োক্নবদা, য়াক্লিরা, লৌমী, লায়রবা শিনমীশিং অসিনা লৌকম খোইবা, কৌদি-চেংদি, হাব, তিনহাৎ হীদাক অসিনচিংবশিংগী চঙবা য়াদবা শেনফমশিং অসিগীদমক অঙাবা মায়োক্নরিবসী কনানা কয়দোনা কনি মখেং শীরিবগে হায়বসি তঙায়ফদনা লৈনফম থোকই । মরমদি লৌমী শিনমীশিংনা লমদম অসিগী মীয়ামগী পুন্সিনি । মখোয়গী হিংনবগী ফিবম ফংচিল্লকবা হায়বসি লমদম অসিগী মীয়ামগী পুন্সিগী ফিবম শোকচিল্লকপনি । মখোয়গী হীরম কয়ামুক্কী ফিবম ফগৎলকপনা লৈবাক মীয়ামগী ফগৎলকপনি । লাইবক থীনিঙাই ওইবা অমনা লাইনীঙ লীচংনা অমরেমদা থুম্নাই অসিগী মরুওইনা তম্মীশিংগী ঈগী ঈচেন্দা লায়চুবগুম তৌহনবা লাইনীঙগা মন্নী লৈনবা হয়াও কুম্মেদা মুত্তাইনা মতম লেপ্লেকপদা অমা অনা কাউথোকপদা, মতম মাঙহনবদা হালেঙবা লৈতবা, থবক্তা অমাং অশেং অমম্লুং অচোপ অরেম থায়বনা চিলহাও খিনরিবৈঙ শু নোম্বগী হৈনবা লীচং মাঙলকপা, শুদা নোমদনা মুংঙাইবা শান্নরকপা অসিনচিংবা লায়না কয়াংলা লাইউ নরিবা থুম্নাই অমা ওইবগা লোয়ননা হকথেংনব অমদি নাকোইনবা ইথিল কয়াদগী অপুনবগী লিংজেল ব্রাংলকপা অমম্লুং অনগা অনগা তেংবাংনবগী মহাও থোশানরক্লবা অসিগুম্বা মরম কয়ামুক অসিনম্ম হীরম থুদিংমকী চাউথং খোঙথাংদ অচৌবা অপনবা অমদি ওইহনা লৈরি ।

লৌউ-শিংউবগী থবক্তা ঈশিং হায়বসি চঙদবা য়াম্রবা মচাক্নি । পান্নীশিংগী থবক্নি । শিনফম অসিগা মরী লৈনবা লোয়শঙশিংগী চেদা লৌবুক ময়াইদা ঈশিং ফংলবম্ম অশেংবা লৌবুক্তদি অয়াংবা, লৈক্রক চত্নুনা কুমগী মোং ঙাইহনা লৈ হায়বসি লমদম অসিগী মীয়ামগা শঙনা ঊনহনা লৈরবা অচুম্বহনি । লৌবুক্তা ঈশিংগী অয়াবা মায়োক্নবা মরম্না নিংথমগী মহৈ মরোংদি লায়রদনা ফৌগী পোৎথোক থক লৌনবা

হোৎনজবদা লৌমী, থুঙংগী লায়রবা শিনমীশিংগী শেন্থ্রমগী ফিবম য়ৈম্রে কৈরে, গুকম নোঙ্ফম, তুংলমচৎকী মচা মগুশিংগী ফিবম অসিনচিংবা হীরম কয়াদা মোংম নোংমগী শোংথরকপগুম তৌরি। অমরোমদগু, লমদম অসিদা ফোং ফোং শারিবা নীওতম ঈহৌ নমথনবগীদমক থম্রিবা এক্ত কয়াগী মথাদা ঙাকশেল কাঙবুনা চৎখরকপা থবক থৌওং কয়ানা শু-মোঙগী থবক শিনফমদা তংতেন' অয়েং অপন পীরক্লি। নাকন অমদনা লৌউ শিংউবনা শিনফম ওইহনা শু নোম্লিবা লৌমী শিনমীশিং মশাগী পোংথোক ওইরিবা চৌঙ্গাকশিং পুথোকপা ঙমজদবনা মরম ওইহনা মপান্দগী পুশিল্লকপদা তাংজহনা হিংলি। কয়াসিগী মহৈ ওইনা মশাগী থুংশুমলা নোং-লোম্নবা ঙমলক্তবগুম তৌরক্লি।

লৌবুক্লা অপুনবা মীশিংগী চাদা মবিফূবোম্রা লৌউ শিংউবনা শিনফম ওইরিবা লমদম অসিগী পুবকী পুককৈনি। লৌমীনা মীয়ামগী পুন্সিনি চায়নরি। তৌইগুম্বস্মুং, লমদম অসিগী পূককৈ ওইবিবা লৌবুক অমদি মীয়ামগী পুন্সি ওইরিবা লৌমীবু কনানা কয়্না য়েংশীন-বীবিবগে হায়বসিমদি থং তারক্লি। মীওইবনা হিংবগী খ্বাইদগী মরু-ওইবা চৌঙ্গাককী থোকফম ওইরিবা অমরোমদা লৈবাক অমনা মীথা পোনবগা নক্লা মবি লৈনরিবা চৌঙ্গাক পুথোকপগী শিনফম ওইরিবা লৌউ শিংউবগী থবক লমদম অসিদা য়াম্না হন্থনা থংবগুম তৌরি। রাখল্লোন অসিমক্রস্থ মকওইবা মরম অমা ওইবা যাই মচুদি লমদম অসিগী খ্বাইদগী মরূওইবিবা অমত্তা ঙাইরবা লৌউ শিংউবগী পোংথোক ফো, লমদম অসিগী শিজিম্নবা কোম্নবা পুথোকপা ঙমদহনা মপান্দগী চেং টন কয়া কয়া পুশিল্লক্লিবা। অসিদা নত্তনা য়েনশা' নাপী, হয়াম চেংরাই, থাউ থুম্মচিংবা নোংমগী ইমুঙ অমদা চঙদবা য়াদবা পোং-চাকশিং মীপাল তাংলি। ময়েক লরবা থুদমদি নেস্নেল হাইরে ৫৯ অমস্থং ৫৩, অনী 'অসিনা হুমিৎ থরনিদ' থিংন্দা লমদম অসগী মীয়াম

মরুওইনা তম্মীশিং হায়িনিঙাই লৈতনা থানৈ, হিংগনি হায়বা থাজনদে। মসিগী মরূওইবা মরমদি লমদম অসিদা লৌউ শিংউবগী পোৎথোক; মীওইবগী হিংনবগী চৌঙ্কশিং নীংথিনা পূথোকপা ঙমদবদগীনি নৈনত্নতা লাক্লবা থাকয়ি মীওইবনা হিংবগী মীওতম্বগা চীঙ্গাককীদগক মীপাল তাংদবা হায়বসিগা যাম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। মসিমক্তু থঙনরবনি—পূককী পূককৈ লমদি মীয়ামগী পুন্সি ওইরিবা লৌবুক অমম্তুং লৌমী অনীগী ফিবম ফগৎহনবা হায়বসি লমদম অমগী মীয়ামগী তঙাইফদ্রবা থৌদাংনি। মবমদি শিনফম অমদি থবক অসিনা লৈবাক মীয়াম্না মায়োক্লবিবা চীঙ্গাক মীপাল তাংবগী অন্নাবা অসি কোকহনবা ঙমগনি।

লমদম অাসগী পাক চাউবগী তরাথোকপগী শকক অমথক্তমক ওইবা তম্পাকী লম, মীশিংনা অপূনবগী অহুম থোকপগী অনি থুন্দারিবা শরুক অসি লৌউ শিংউবগী অমক্ত ঙাংরবা মফম ওইমা শীজিন্নরি। সবকারগী লোয়শঙ শাজিল্লকপা, মীশিং যামথংলকপমা মবম ওইত্নুনা মফম কয়াদা লৈননবা থুম শাজিল্লকপা, মরী লৈনবা লোয়শঙশিংনা তঙায়ফদবা লম্বী অমম্তুং থোং শেমজিল্লকপা, চেকশোন কয়া শেমগৎলকপা, ঈচাও অমদি ঈকংনা মাংহল্লকপনচিংবশিং অসিনা নোংম নোংমগী লৌউ শিংউফম অসি শীকাশল্লক্লে। মসিনচু শিনফম অসিগী পোৎথোক হন্থহল্লবগী মচাক ওইহাল্লে। পাক চাউরবা চৌংগী লমদা লৌউ শিংউরম্বা মফম কয়াম্তু থুদেংচদবা মরম কয়াম্তুক মায়োক্ল রকপদগী মহৌশাগুন পাক শন্না থবক পায়থংপা ঙাননা থোকহল্লে। শীকত্রবা তম্পাককী লম মচেং থরাসদা শিন্না যাই মুম্নবদৌনা লোয়শঙ কয়াগী পায়থংকদবা থবক থৌরম কয়াদা চঠেংনবা শীদুনা লৈনবা কয়ানি। পাক চউনা লৈরিবা চৌংগী থুদোংচবা মফমশিংদা শিনফম অসিগী থবক থৌরাঙশিং পায়থংনবগী কয়াং ইলৌ লৌদবগুম তৌরি।

অসিগুম্বা মরমশিং কয়াদগী মতীক চানা চাথোক পুথোকপা ঙমদনা লৈরি। মীশিংগুম্বা চহী চহীগী লেপ্তুনা হেক্তংলকপা, অমরোমদা শুকম নেমকম মরাও কায়দবা মরম্বা হিংনবগী লম্বীথক য়েংনরকপদা লৌউ শিংউবগী শিনফমদা মিৎয়েং থম্বরকপদগী থুঙংগী লায়রবা লৌমী শিনমীশিং লৌউ-শিংউবা ফংনরক্লে। করাশিংদা বোন্দেদ লেবরগুম্বা পুন্সি লেমগ্লে।

লৌমী থুঙংগী লায়রবা শিনমীশিংগী মথৌ তারকপা শেল থুমগী অরাংপা কয়া লৌফম খোইবা থাননবা মরু মরাং; হার, তৌলহাং হীদাক অমস্তুং নোংমগী ইমুংগী চঙদবা য়াদবা ময়াম অসিগীদমক অরাবা মায়োক্নরি। মতম চঙদনা অমস্তুং য়াংবা লায়না অপীকপা শেন্দোয়দা শেন্দং লৌমীশিংদা ফংহনবগী পোলিসি ষ্টেট অসিগী লৈত্রি। মরম অসিনা শেন থুমগী অরাংপা করাসি মেনখৎচনবগীদমক ক্রয়াই শেল পায়বশিংদগী অচৌবা শেন্দোয় কাত্তুনা শেল্লেপ মাঙবাদা ক্ষৌদমশেম লৌত্তুনা নংত্রেগা মাঙজৌননা থবক্তী অহোঙবা থুংগুমন লৌত্তুনা মায়োংক্লরি। তৌইগুম্বদুং, লৈখোম লৈনাও ২বক, কাক্লেনগী লৈতুম মরক্তা নোংজু মুংশা থিদনা শুজ নোমজবগী সচৈদি ইনাক থুনবশিংগী শুবী নোম্বীবা ওইনা থোক্লি। অমুম্ব লৌমী শিনমীশিংগী ফিবম ফগৎপা ইঙম ঙমদনা অরা অনা কয়া মায়োক্লত্তুনা লৈরি।

মালেম অসিগী মফম কয়াদা লৈরিবা পাক চাউরবা লৈকংলা ওইরম্বা খুংশেনগী খোংশিংগী মতেংনা ঈশিং মরাও কায়না ফংহল্দুনা লৌউ শিংউবা য়াবা মফম ও.দ্মাকশে। চাথেক নীংথনা পুথোক্তুনা লৌমী শিনমীশিংগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনবদা নত্তনা লৈবাককী শেল্টুমগী ফিবব ফগৎহনবদা অচৌবা মতেঙ পীবা ঙমহনগ্রে। অতুবু লাইবক থীবদি লমদম অসিগী পীকথ্রবা তম্পক, পাৎ তুরেল কয়না লৈতেং ওইরিবা, অমরোমদা, শকক মাপল চাওরিবা চৌঙশাং

পরেংশিংনা অপীকপা অচৌবা অমদি চইচুম্না ঈচেল লেপ্তবা লোক কয়া শাগোমহুনা ঙাক শেল্লিবা তম্পাক্তা লৌউ শিংউবগী ঈশিংদি লায়রহনা থক্লনবা ঈশিং ফাওবা মরাঙ কায়না ফংহনবা ঙমদ্রি। তম্পাক অসিবু ইকোয় কে য়শিল্লিবা চৈঙশাং পরেংশিং-অসিগী মরক্ত চেল্লীবা লোক অমদি তুরেল কয়া তম্পাক নক্না, চহি চুপ্পা ঈচেল লেপ্তনা চেনবা য়াওরি। কয়া অমনা মপাল্লোমদা চেন্থখি: থরনা তম্পাক ফাওহুনা চেল্লি। অচৌবা ঈচেল পীবা অয়াম্বদি তম্পাক শোক্লমদনা মপাল্লোমদা চেন্থখি। অসিগুম্বা ঈচেলশিং অহুদগী খুদোংচাবা য়োংহুনা তম্পাক্ত ঈচেল তমহন্নবা খুৎশেমগী থৌরাঙ উট্রি। মসিগী মরূওইবা মরম অমী লৈনবা লোয়শঙনা থিজিন হুমজিনবগী চাং য়াম্না রাৎপদা নত্তনা পুকচেল তিংনা অমম্লুং পুক্লিং চঙনা মশাগী মথৌ তৌবদা কৎথোকপগী রাথল্লোন চেনবা রাৎপদগীনি লৌৈন। মসিমকম্ভ, খুমনাই অসিগী অপুনবা রাথল্লোনগী অচৌবা অহোবা অমনি। থওন উনহুনা লৈরবা রাফম্নি মহুদি লমদম অসিগী পুকৈ ওইরিবা লৌবুকশিংদা পাম্বীনা মথৌ তাবা ঈশিং মতৌক চানা অমদি চাং নাইনা ফংহনবা হায়বসিনা মতম নাইদনা চীঙ্গাককী পোংথোক পুখোক্লবগী মরুওইবা মচাক্লি। অহুবু লুপা কোকথোং কোকথোং হৈথহুনা চহী কয়া কয়া চুপনা শেমগৎ শাগৎলকপা দাম অমম্লুং খুৎশেমগী থোং কয়া থমখিবা পান্দমগী ওম্ম তেনবরোমদা ডবল ডেমেজ তৌরক্লনা থবক্তা হৈথায় থিনগায় নীবদা নত্তনা লৈবাক মীয়াম শোন্দোলগী অরাবা নংহল্লি।

লমদম অসিগী মীশিংগী চাদা মরিফুনা শিনকম ওইজরবম্ব পোংথোক নীঙথৌন মরাঙকায়না পুথোকপা ঙমদবদগী চীঙ্গাক্ত মীপাল তাংহুনা লৈরি। পোংথোক নীংথিনা পুথোকপা ঙমদবগী মরুওইবা মরম থবদি অসিনি —

"লৌমীশিং অরাক্লবা লায়রবা মরম্না মতম চানা থবক্কী মথৌ তাঙকপশিং মাংলোকখদা শেন্দ্রুংগী অরাবা লৈবা ।

চহী কয়া লিপাং শিংদা লৌউ-শিংউরক্লবা তম্পাককী লৌবুকশিং পান্বীগী মথৌ তাবা লৈহাও থাংশীন্নকই । লৈবাক চাংয়েং তৌবগী খুদোংচাবা থাংলকপা লৌয়নন্না মথৌ তাঙকপা খুৎশেমগী হায় চাং চানা শিজিন্নবগী খঙ হৈবা থাংলকপা অমদি খুঙ্গংগী লমদা শা যন লৌইনবগী চাং হন্থরকপগা লোয়নন্না যনখী যনয়ুংগী ভার শীজিন্নবা ফংলক্কবা অসিন চঙদবা যাদবা পান্বীগী মচৌঙাক পীবা তমদবা ।

ঐখোয় লৌখোংগী খুদোংচাবা থাংলকপনা কৌথক নত্তনা নিংথমগী মরম মরাংনা মহৈ ময়োং অমম্মুং মনা মশিং থাবগী খুদোংচাবা থাংলকপা ।

লৌমীশিং অয়াম্বনা লাইরিক লাইথু হৈবগী চাং র ৎপন মরম ওইদুনা চুশিন্নবা থবক পায়থংপদা হৈথোই শিংথোইবা র ৎপা অসিনচিংবনি ।

নাকল অমদম্মু, খুমাই অসিগী অচোবা য়াথল্লোম্না মরম ওইদুনা লৌমী লৌনমীশিংগী অপুনবা লুপ লিংদুনা অয়াং অপা কয়া লৈনথংনবা পুন্না মায়োক য়ানীন্নবগী থবক্কুম অশোনবা য়ান্না লৈবগুম তৌরি । অদুগা লৌউ শিউ রবা, খুঙ্গংগী শিনমীশিংগী মহুৎ শিনবীদুনা মীয় মগী মীহুৎ লুচিংবা কনানম্মু পুক্লং চঙনা শিনফম অসি অমম্মুং শিনফম অসিগী শীনমী লৌমীশিংগী চাওখৎ খোঙথাং অমা মায় পাক্না লৌবা ঙম্মবা হোংনবীবা মীয়াম্না উনগ্রি । তৌদবা য়ুমদবগী লাইগী শোয়দনবা হৈমাঙগী মহুৎ মনানা শিনবগী থৌওং অসিনদি খুদোংচাবা পীবগী মহুৎতা অমাঙ অতা ওইনা থোকহল্লি । হেন্নদুম অরা মায়োক্লহল্লি । মসি ফাওবদা কনা অমত্তনা করিগুম্বা য়াকৎ য়াতানবা অমত্ত তৌনদনা তুমিন তুমিন য়েংনদুনা অয়াবা কয়া মায়োক্লার । মসিমক্তি ইশানা তৌফম থোকপা ইশাগী ইথৌ খঙনদবা নংত্রগা থৌশাজদবদগী ওইফম

থোকই । অসিগুম্বা, থুম্নাই অসিগী হৈমবী লিচৎ অসি লাইনীং লম্বী অমদি লৈশেম্নোম্না তারোম্না শীরকপা ইথিল্লা মীপাক তাংবা অমসুং মীশা পোম্না ছিংখী হৈনবী লীচৎ অমা মাঙম্নীন থাম্নবা থুম্নাই অসিগী মীয়োলদা লায়চুরকখীবদগীনি হায়বা তাই ।

লমদম অসিগী পুককৈ ওইরিবা লৌবুক্তা কুম্বী কাকেন নাইদনা পাম্বীনা মখো তাবা ঈশিং ফংহনবগী খুদোংচাবা পীতুনা মীয়ামগী পুন্সি ওইরিবা লৌমী লায়রবা শিন্মীশিংগী অরাৎ অপা যেনখৎতুনা চীঙাককী পোংথোক মরাও কায়না পুথোকপা ওমহনবা হায়বসি লৌমী শিন্মী-শিংগী থিবম ফগৎহনবদা নত্তনা লৈবাক মীয়াম্না চীঙাককী মীপাল তাংবা কোক্রবগী মরুওইবা মচাক ওইকম থোকই । মকম অমদী মতমগা চানবা য়াইফ থৌরাংশিং পায়খৎতুনা লৈবাক মীয়ামগী হেন্না থাংবা পুন্সি অমা পুরক্নবা হোৎনবা লমদম অসিগী মীয়ামগী মীহুৎ লুচিংবশিংগী মখোনি । মীহুৎ লুচিংবশিংদা মীয়ামগী য়াইফনবগী থাথলোম চেন্নকবা হায়বসি থুম্নাই অসিগী থাথল্লোনগী অশোয়বা ওইকম থোকই ।

# চাওগী লৌউ শিংউ মায়োকনরিবশিং

তম্পাকী শরুক মাপল হৈন্না পাক চাউরিবা চাওশাং পারেংগী চাওলোন কয়া লৈরি। য়েনহৌউদগী চাওবুরোয়শিংনা মফমচাবা চাওগী মফমশিংদা খুন্দা লৈত্তাহনা পাল্লক্লি। লৌউ-শিংউবনা মরু ওইবা শিনফম ওইরি। মেলেরিয়াগুম্বা কাওনা শন্দোকপা লায়নাশিংদগী ঙাকথোকপা ওন্নবগীদমক অরাংবা চাওদা খুন্দাবগী চংনবী লৈ। মরমদি অরাংবা চাংগী মফমদা কাও লৈবগী চাং য়াম্না হৈন্থে লৌনৈ অমম্লুং অরুবা অফবা ঈশিং ফংই। চাওবুরোয়শিংনা চাওগী অমদি নাপোমশিংদা পাম হাইত্তনা মৈ থাদোকই। মফম অত্তু নীংথিনা তৌথায়রগা চাওকো লিংই। অসিগুম্বা পামগী লৌফম অমদা শাংলবদা চহি অত্তমদগী হেন্না ফো থানদে। মরমদি নোংজুগী ঈহিক্লা লৈবাককী লৈহাও চেন্থখিত্তুনা ফো পান্থীনা মথৌ তাবা মচাওক্লাক ব্রাংলকপদগী চাথোক ব্রাংলকই। মরম অসিদগী পাম্নোগীদমক য়াম্না তোংনা মফম হোংবদগী উমং কোকথোক্লবগী অচৌবা মরম ওইহল্লকই। মসিদা নত্তনা খুলদগী অম্সুম লাপথোক্লকপা মরম্না চংথোক চংশিন অমম্লুং কোন্দোক হোজিনগী অরুবা মায়োক্লরকই।

অরাবা অমদি অমাও অতাশিং মায়োক্লরকপা অমম্লুং অফ ফত্ত থত্তনরকপদগী মফম চাবা লৈতেম হাইফেং মাননবা লম্পাক য়েংত্তুনা তম্পাকী লৌফমগুম্না শেম শাত্তুনা ঈথৈগী খোং শেমলগা ঈশিং পীত্তুনা 'তম্পাক লৌ' হায়না থত্তনত্তুনা লৌউ শিংউবগী থবক তৌনরক্লে। অচৌবা লোকশিংনা তুরেলগী ক্ষিবম লাকপা মফম অত্তুরাইদগীনি নাকল অনিমক্ত পাক্লক তৌবা লম্পাক, লৌউ শিংউবদা খুদোংচাবা মফমশিং

লৈবা হৌরকই। অসিগুম্বা মফমশিংদা তম্পাক্লো শেন শাবা য়াম্না খুদোং চায়। ঈথৈগী থোইদোক্লা অরাবা লৈত্তে। অতুবু লমী থোংগী থুদোংচাদবা, লৌফম্না খুলদগী য়াম্না লাপ্না য়াম্না চৎথোক চৎশিন অমম্নুং পোৎ চৈ পুথোক পুশিনগী অরা মায়োক্লম্বাদ কোকহনবা ওমজ্রি। থুঙ্গাশিংদা উমং কোকথোকপগী অমাঙ অতা খঙহন বগা লোয়ননা মফম তে যনা হোংবগী অরাবা লৈহন্দনবা তম্পাক লৌ শেন শাবা অমম্নুং থুৎশেমগী হায় শিজিন্নদুনা চাথোক লৈনা শিনফম অসিংগী খুমাঙ চাওশিন্নবা মরী লৈনবা লোয়শঙশিংনা তেংবাং পীদুনা হোৎনরক্রি। লৈবাক চাংয়েং তৌবা অমম্নুং হায় শীজিন্নবদা হৈজোই শিংথোইবা য়াৎপগী অরাবদি অতুমক মায়োক্লদবা নত্তে। অরা অনা কয়া মায়োক্লদুনম্মু হিংনবগী লানফম মায়োক্লদবা য়াদবনীনা শিনফক অসি থাদোকপদি য়াদে।

চহি কয়া লিশাং শিংমা চথবকপা নীঙতম ঈহৌ ঈহৌ অসিবু নমথনবা চেৎনরকপদা থোকখিবা অমাঙ অতা, শুফম নোমফম খঙনদব। অমুকম্মু কাঙলুপকী ঈরাংনা লৈতাহন্দবা অসিনা লৌউ শিংডবগী থবক্ত অপনবা চাউনা পীদুনা লাক্লী। কাঙলুপকী ঈরাংনা মৈরা থোক্লা চাক্লদুনা খুল কয়া তাঙ্গোয় ওনখ্রে। মরাল লৈজদবা হুপী অঙাং অহল থায়দনা পুন্সি পিথরক্রে। কাঙলুপ অমনা অমবু কিনবদগী চৎথোক চৎশিন্দা অমম্নুং গু নোম্বগী থবক্ত অপনবা পীদুন পাক শম্না শিনফম অসি পায়নবা ওয়ক্রে। অসিনা মরম ওইদুনা থোকলম্বা পোৎথোক কয়া চাং হন্দুহনবা নত্তনা চৌপ্পাকী অরাবা মায়োক্লহল্লে। মীংথিমা শেম শারবা তম্পাক লৌফম মশীঙ খঙপনা শিং শিংদুনা লৈরে। লৌমী, লায়রবা শিনমীশিং শুফম নোমফম খঙদনা মুঙ অনিগী মরক্ত হা ওইনা শিবা ঙাইবগী ফিবমদা হিংনরক্রে। ঈরাংসনা মরম ওইদুনা কাঙলুপ তিননদবা ওজা কয়া স্কুল চৎপা কিনবদগী চৎনখ্রে। মসিনা পীক্লিবা মহৈরোয়শিংগী মহৈ মশিং শুগগী ফিবম শোকহল্লে।

# ৭. ঐখোয় করি তৌসিগে

কংলৈপাক (মণিপুর) নীংতম্লবা অপূনবা ভারতকী লমদৈ ওাকপা ষ্টেট অমা ওইনা অরা নুংঙাই কয়া শরুক য়ামিন্নদুনা লৈমীন্নরকপা চহী য়াঙ্খে মপুঙ ফারে। ভারতকী মন্নুংদা লৈবা অচৌবা মচা ষ্টেটশিং গুম নোম্বা, লৌউ-শিংউ, সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজি অসিনচিংবা লম কয়াদ খুমাঙ চাউশিনবগী লমজেল তাননরি। অদুবু লমদম অসিদি লমজেলদ শরুক য়াবদি লায়রদনা য়াওদবা শেম শাবগী মমি ফাওবা নীঙথৌনা তাদ্রি। লমদম অসিগী মীয়াম্মদি চাওথোকচবি "ঐখোয় শাম্ন-খোংন বদদি নোপ্পু"। অশেংবমুনি শাম্ন খোংনবা নত্তনা থুননাই অসিগী মতিং থোকপা হিংমিনন্দরিবা মীওইবা থুননাইগী মরক্তা লেমজনীঙাই ওইবা ছিরম অমা লৈতে। লমদম অসিগী শাননরাইশিংনা চারিবা চৌঙ্গাক অমম্নুং মখোয়গী শেন থুমগী ফিবম মীয়াম্মা থঙই। মচি ওইবা চাঙ্গাক মচল গুনা, মরাং কায়না পীজবা ওম্বা থুননাই ওইরম্লবা অমম্নুং শেন থুমগী ফিবম চাবা ষ্টেট অমা ওইরমলবা লমদম অসি শাম্না খোংনবগী লমদা কয়া য়াম্না খুমাঙ চাওশিল্লমগদগে? নাকল অমরোমদসু, শাম্না খোংনবগুনদি লৈবাক খুননাই অমা চুও ফিরাল চানা হিংবদি ন্নাগনি। মরম অসিনা মীওইবনা হিংবদা তঙাই ফদনা চঙলিবা পোংচাক কগাগী লমদা ঐখোয় করি তৌসিগে হায়বসি খননিঙাই ওইরে।

থরায় পানবশিংনা হিংবদা মরুওইনা চৌঙ্গাক চঙই। চৌঙ্গাকী মথুং ইননা হকচাং অমম্নুং রাখল্লোনগী ফিবম চেক্সী চরা অনীদংগী হোংনবদা রাজরিবা ইমুঙ অমনা কয়ম্বা খুননাংগী রথল থনবা ওমফম থোকগদগে? ঐখোয় মীয়াম্না শেমজবা সবকারনা চফি অদুক

শাংবসি লৈবাক মীয়ামগী অরেম্মা লৈতনা পায়খৎলক্লিবা খোশিল থোৱাং কয়াসিনা মীয়াম্মা মায়োক্লরিবা চীঙ্‌ঙক্ত মীপাল তাংবগী অরাংবসিদি কোকপা ইঙম ঙমদনা লৈরি। চাবা থকপা অমম্মুং শেংনা ইন্নবদা হেন্না হেন্না মীপাল তাংলকপনা ফিরম খুদিং মীপাল তাংলকপগুম তৌরক্লে। খুন্নাই অসিগী রাথল্লোন ফাওবা মীপাল তাংনবগী মচাক কয়া নাকোইননা পীরক্লে। মরম কয়াসিনা পীরকপা ইথিম্মা খুন্নাই অসিগী মীয়াম ফিংবগী নীঙতম্বা লৈত্রবগুম উনা লোনরক্লে। ঐখোয় লমদম অসিগী মীয়াম, অসুম্মা চীঙ্গাক্ত মীপাল তাংহনা কয়াম কুইনা ফিংখিসিগে? নত্রগা চীঙ্গাক্তা কা হেন্না মীপাল তাদনবা করি তৌসিগে হায়বসি থন্না নৈনমীনবগী তঙ য়ফদবা চিরবা মিকুপ অদু য়োরে।

লমদম অসিগী মপু ওইরিবা খুননাই অসিনা মপু ওইবগী রাংলোন্দ মশাগী মথৌ তৌরগদি মপু ওইবা হৈতবগী চৈরাক ফংজবা অমদি হক মাঙজবা হায়বসিদি মরেক্লি। চহি কয়া শাংনা ইশাগী থবক কয়াসি সরকারনা তৌরিরকপা ঙাইহনা লাক্লে। তৌবী সবকারনা থবক থোরাং কয়া। মায় পাক্লে। লৈবাক মীয়ামগী অন্না অনং কোকপা লৈতে। চৈ থাংই সরকারবু। তৌইগুম্মুং, পুন্নমকসিনা লৈবাক মীয়ামদা কান্নবদি পীবা লৈতে অশুম্না অসুম, সরকারনা তৌরিরকপা ঙাইখিদরা নৎত্রগী ঐখোয় করি তৌসিগে হায়বসি থন্নমীননগী মথৌ তারক্লে।

সরকারগী নৎত্রগা লমনাইগী অচৌবা থবক শুফম কৈতবনা মরম ওইহনা শাম্থাক লম্বী রাংপা অমম্মুং খুননাই অসিগী রাথললোনগী অশোয়বা কয়না শু নোম্বগী হৈনবা লৈরক্রবা খুননাই অমা ওইহল্লকপা অসিনা মরম ওইহনা লৈবাক মীয়ামগী শেল থুমগী ফিবম শাথীনা শোকচিলহল্লে। মসিদা নত্তনা শেঙ্গা থুমজানা আইনগী

কুনগুবা চহি চামা লোইরবা মীওইবগী মছুং শিন্দুনা খুৎশেমগী মীনা থবক শুহন্নরক্লবা চহি চাসিদা মৈখেং উপু অমা ফাওবা শাহুনা শিঞ্জিন্নবগী খুদোংচাবা লৈক্লিবা; লৌমীশিংনা চিষ্বান থক থক কংনা খুৎশা কারন চন্না কুবগী লোং ভাইরিবা, মরু কোক্লবা লৌবুকশিংনা রাকচিংগী উরেন খাঙলিবা, কদায়দনো ঐখোয়না নীঙতম্বা লম অমগী মীয়াম্নী হায়দুনা চাওখোকচনীঙাই ? হায়নৈ মীওইবনা হিংনবগীদমক চাগদবনি ত্তো ইণ্ডবস্থুং খুননাই অসিগী মীয়ামদি ওন্ন তৈনমা চাননবগীদমক হিংনবগুম তৌরে। ঐখোয় অম্বা অম্বম খুননাই অমগী শক্তম লৌতুনা কয়াম কুইনা হিংখিসিগে ? নংত্রগা ঐখোয় করি তৌসিগে খল্হৌম্নবা মতম থৌন্থমল্লে।

মীওইবনা মশাগী রাখল্লোনগী মতুংইন্না মথৌ তারকপা কয়া, মতমগা চুশিন্ননা অহোংবা কয়া লৌই। মশাগী খুননাইনা নীঙতম্না অমস্থুং চাওখৎপগী থাক রাংনা হিংবা ওম্নবগীদমক হিরম কয়াদা মতম অমদি মফমগা চুন্না য়াওল থুনা লৌবা ওম্বা মীওই খুননাই অদুবু চাওখৎপগী মাঙজীল থাবনি লৌনরি লৈবাক মীয়ামগী শেন্থমগী ফিবম্না খুননাই অমগী চাওখৎপগী থাক লেপনরি। ঙসি ওইরিবা খুননাই অসিগী শেন্থমগী ফিবম অসিদি শাথীনা ফজ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা হিরম খুদিংগী চাওখৎ খোঙথাংদা অপনবা ওইহল্লে। মরম অসিনা শেন্থমগী ফিবম ফগৎহন্নবা ওম্নবগীদমক চৎনবী হৈনবী অমস্থুং থবক থৌশিলশিং হোংদোক হোংজিন তৌদুনা অওনবা অমা পুরকপা হায়বসি তঙাই ফদবনি। খুননাই অসিগী মীয়াম্না তঙাইফত্রবা মশাগী য়াওল অদু লৌননবা হোৎনজত্রবদি অতোপপা কনানন্থু মদু পুবিরক্লোই তাংজবা লাইনিং লীচৎ ১স্থুং তাংজবা ফিজেৎ চাকচানা পীরকপা ইথিন্দগী ইশাগী খোঙ্হোক ফাওবা রাধরক্লবসিদা ঈগী ঈচেল ফাংবা মীপাল তাংজরক্লোই করমনা হায়ঙমগদগে ? মসি য়োরক্লবদা ইপা ইপুগী পুরানিবু ইথাদা

কোন্দুনা থম্লবগী করিনো কাননগদবা ? খুননাই অমনি হায়রগা মশাগী মতৌং ঙাক্লা হিংবা ওমত্রপদি অতোপ্পনা পীজরগা চাবা পীজত্রগা তোকপা, হৌরককম মুৎপ্রবা মীওই খুননাই ওইনা হিংবা তাবনি । ইশাগী ইকাই খুম্নবা মাঙনা ঐখোয় হিংখিত্র নংত্রগা ঐখোয় করি তৌসিগে হায়বসি চনিঙ তানা থনমকম থোকই ।

ওসিগী খুননাই অসিগী রাথল্লোন. হৈনবী শাজং লিচং, ওইরিবা. শুকম নোঙ্কমগী ফিবম অমম্লং শেল থুংগী ফিবম কয়াসনদি খুননাই অসিবু চাওখৎপগী লমজেন য়াওহনবা ওমগনি হায়রসি থুম্নাহ অসিগী মীয়ায়া থাজবা য়ানা থোক্লবা রাফম্ল লাই ওইখ্রবা ইপা ইপু অমম্লং ইমা ইবেমশিং, পুরারীগী লমায়দা যেক্লবা মখোয়গী থৌনা, লি জেল অমম্লং মীপাল তাংবা কৈনজদবগী হৈনবী লীচং কয়াত্থু য়োন্দুনা ঐখোয় কগা কুইনা হিংখিসিগে নত্রগা মখোয়না ঐখোয়গী ঈগী ঈচেন্দা তম্বীরম্বা থৃদোল অত্তগী মতিং ফুদোক্লুনা চাওখৎকবা মালেমগী মীওই থুন্নাই মরক্তা হিংমিন্নবা ওম্নবা ঙেংনবনা থুম্নাহ অসগী ইকায় খুম্নবা ঙাকপা ওমফম খে কপ্রা হায়বাস খম্বমিনমফম থোকই ।

## ৮· খুন্নাইদা য়াওল

চাওখৎপা হায়বসি য়াওল কয়াদা ত্যাংজহুনা হিংবনা খোওইবা খুনাইমা হিংলিবমথৈ য়াওল হায়বসি লোয়নহুনা অচুম্মক লৈরগনি। মসি মীওইবগী পূন্সিগা খাদোকপা য়াত্রবা মশাগী রাখল্লোন অমগী পন্থুং তাক্কক অমনি। মমাংগী অরিবা কয়া নৌথোকহনবা, অনৌবা কয়া পুশিল্লকপা হায়বসিদি মীওইবগী পুন্সিদা ইরোয়দা লোয়নহুনা লৈরগ দবনী। য়াওল হায়বসি য়াওদনা মীওইবনা কৈদৌঙ্গুদা থাক খাংনা চাউখৎপা ঙম্লোই। শম্মা চহি কয়াগী মমাঙদা ওইরম্বা লম্বী থাংগী ফিবম, চৎথোক চৎশিনগী মওং কয়াদা অহোংবা লৈরকপা, লৈরমদবা পোৎ চৈ কয়া; উরম খঙলমদবা কয়া লৈরকই, উবকদ অমম্বুং খঙলকই লোয়ননা শিজিন্নরকই। সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজিগী মঙালনা ঙসিদি মীওইবনা তৌবা ঙম্লোইদবা থবক অমত্তা লৈরোইদৌবগুম থললরক্রে। পুন্নমকসি লেপ্পা নাইত্রবা মীওইবগী রাখল্লোনগী ইথিংগী পীরকপা য়াওল কয়াগী মহৈনি। অচুওম্বা য়াওল কয়াসি লহুবগী অমম্বুং ওইরক্লবগী মরুওইবদি রাখল্লোন অহুনি। মরম অসিনা খুন্নাই অসিদা য়াওল অমা পুরকপা হায়বাস পুবকদৌরিবা য়াওল অহু খুন্নাই অসিগী রাখল্লোন্দা মপুং ফানা মমি ওাদ্রিবমথৈ ওইথোকপা য়ানা থোকনি। মরমদি শাগদৌরিমা য়ুম অমগী শক্তম চাংত্রি ঙৈদা কনানা কমদৌনা অপাম্বা য়ুম অহু শাগানা? মফম অমদি ১তমগী মতুংইম্মা মথৌ তারক্লিবা য়াওল অহু খুন্নাই অসগী রাখল্লোন্দা মপুং ফানা মমি তাহনবা মথৌ তাই।

লৈবাক খুন্নাই অমনা ওইরম্বা, ওইরিবা অমম্বুং ওইরকপা য়াবা খুন্নাইগী রাখল্লোন, শেন্থুমগী ফিবম, লইনিঙ লাইশোন, লৈতাক

লৈশেম্লোন, মীয়ামগী পুন্সি মহিং অসিনচিংবা কয়াগী মরমদা অখণ্ড অহৈশিংনা পাউ চেশিংদা, লাইরিক, লিলা ফলানচিংবশিংদা নৈনদুনা মীয়ামদা থগনহনবা হোংলৈ। মরমদি ওইরক্লিবা অহোংবা কয়াদু মসুং ত্তানা খঙমীয়ম্নদুনা চাওখংদা খুনাই অমা ওইরকপী য়াংল লৌবদা হেন্না খুমাঙ চাওশিনহননবনি। অমরোমদা, খুনাইগী অশোয়বা মিংয়েং অমঙ্গুং রাখলোন কয়া চুমথোকবগী খুদোংচাবা লৌবা ওয়বগীনি। অদুম ওইমনক, লমদম অসিদদি অখণ্ড অহৈ কয়ানা ফনা লাউ খোঙদুনমু, নাকন অমদা ফনা নীংথিজনা অমা অন'গী চৈথেং কংদুনমু করি করম্বা য়াওল অমা পুরকপগী তত্তাইফদবা অদুদি অদুম্মক চমম্মত্তুনা লৈ। মসিগী রাহত্থোকসি খুনাই অসিগী রাখল লোনসি ঈয়ায়দা তাউবা পম্থুং খন্দবা মুংশিংনা দুম্বা মায়কৈরোমদা অদুম চংপা হিনাও অমগুম্মা পল্লেপকম থঙদনা চমম্নবি হায়বা তাই। মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা ঠিকম অমা হেক নৈনরুবদা অশোয়ন ভাক্ত ওই। লৈঙাক লৈশেম্নেন্দা য়েংলুই লৈবাক মীয়াম ললেনবা ওইনা রাহত্থোক পীবগুম মতৌবা চাওখং থে ঙথাংদা য়েংলুবে মীয়ামগী অমাঙবত ওইবগুম মতৌবা, রায়েন থৌদাদা মিংযেং থম্নরগনু শেঙ্গা থুমজাদা তাংজবগুম হেক মতৌবা, মহৈ মশিং তম্বা, শেল থুমগী ফিবম, শুকম মোমফম্নচিংবা পুমম্নক্তা মসিমদি কৈ হায়বা খরা তাঙই। ফংরে খঙলে; মদু মতৌ করমনা হোংদেক হোংজিন তৌদুনা ফগৎহনগদগে হায়বগী রাখলোন অসিনি খুনাই অসিদা চমম্নরিবাসি।

নীঙতম্বা অপুম্বা ভাবতকী ওমথৈ ঙাকপগী ষ্টেট অমা ওইনা ভারত্ত ত্রিম্নকপা মতমদগী ঙসফ ওবদা মতম মতমগী ওইনা মীয়ামগী মীৎ দুংশিংনা শেমদুনা পল্লকথিবা সবকাব অমগুন লমদম অসিগী মীয়ামগী তুংদা ওইরককদবা রাখলোন, শেম্দুম লৈঙাক লৈশেম্নেন, ত নোম্বগী

থবক্তচিংবা কয়াগী লমদা মশক নাইবা থবক অমত্তা পায়খৎলক্তি, হায়রমা মীয়াম্না ওাওনরি। তশেংবদু পায়খৎলক্লা তারগদি লমদম অসিগী মীয়াম্না ওসি মায়োক্নরিবা রাথোক লাম্মোক অমদি অম্না অনা কয়াসি থরগী মথৈদি হন্দ্রমগনি। "লমদম অসিদা রাজনিতিগী অওনবা অমা পুরকপগী তঙাইফদবা লৈরে" রাকম অসি চহী কয়া চুপ্পা ওাঙন লৈনদুনা লাক্লবনি। তৌইগুম্বশুং মসিগী রাহম্মোক্তি সরকার্ না পায়রম্বা কাওবু অহুবু অক্তোপপা কাওবু অমনা শিন্দোকপরোমদা। লৌনবগুম তৌই। সরকার পায়বা কাওবু কয়ারক শিনখ্রে। অহুবু লৈবাক মীয়ম্না। কোক থোংনরিবা অম্না – অনাদি হেম্না লুমশিন চাওশিল্লকপা নওনা অরুম্বগী চৈনা কোকপদি ইওম ওমদ্রি। মসিমক্তি মীয়ম্না পামনি বা রাজনিতিগী অওনবা অহুদি ওইকম থোক্কে মতম মতমগী প্যাল্লকথিবা সরকার, মীয়ামগী মীহুৎনা মীয়ামগীদমক শেমলকথিবনি। তৌইগুম্বশুং; অহুগুম্বা সরকার অহুগা মীয়ামগা খুৎশিন্নদবা অমশুং সবকাব অহুদা তারিবা অফ ফত্তগী মমি অহুদি খুননাই অসিগী রাজ্যল্লানগী মাম ওইকম থোকই।

অফবা, লৈবাক মীয়ামগা খুৎশিন্নবা সরকাব অমা লিংবা হায়বসি অক্রবা; মশাগী মথৌ মশক মুন্না খওবা, মথৌ অহুবু খোনা লৈনা অমশুং মশাগী ওইজবা য়েংদনা পাওথোরবা হোৎনবগী রাথল্লোনা চম্ব মীহুৎ অমা ওইফম থোকই। অহুগুম্বা মীহুৎ অহু মশাগী থৌদাং অমশুং মথৌ মশক মুন্না খওবা মীয়াম অমনা খুনবা তই। নওনা শেঙ্গা থুমজানা মরী মতা অমশুং মশাগী ওইজবা য়েংহুনা খনবা মীহুৎমা অফবা সবকার অমা লিংবা রানা থোককনি। হায়বসিদ চহি কয়া চুপ্পা থেংনরকপদগী মীয়ামনা খওনদুন অমদি রবী রাত,ই ও ইহ ক শানবদা তত্তনা পননদুনা লাক্লব রাফমনি। কমদৌনা লমদম অসিদ মীথল পাওথে ক্লিবগে হায়বসিমদু ভোট পীক্লিবা অমশুং মীরেপ

ওইরিবশিংনা খঙম উমররবনি । উনা উনা, তানা অমত্তুং খঙনা খঙনা লমদম অসিগী মীয়ামনা হিরম থুদিংমক্তা মায়োক্কনীবা অরা অনা, থোদোক রাথোক কয়াসি কোকহনবগী মতুংত হেন্ন হেন্ন পাকং-থোক চাউথোক্লক্লিবসি করিগীনো হায়বসি মীয়ান্না পুন্না খল্লমীন্নবগী তঙাই ফন্ত্রে ।

রাজনিতিগী দল হোংদোক হোংজিন তৌবা নংক্রগ সরকার পায়বা কাওবু হোংদোক হোংজিন তৌবা; মসিবু 'মীয়ান্না পান্নরিবা লৈঙাক লৈশেন্নোনবী অওনবত্তুনি হায়না লৌনন্ত্রে । অমমদি মতুনা মায়োক্লরিব অরা অনা অমদি থোদোক রাথোক কয়াসি কোকহনবা ওমলক্তি । মীয়ান্না পামনন্নিবা, খোরাংনা জাইনরিবা লৈঙাক লৈশেন্নোনবী য়াওল অতুদি মীয়ামনা মায়োক্লরিবা অরা অনংশিংসি নীংথিনা মায়োক্লহনা হিরম থুদিংমক্কী ফিবম ফগৎহনবগা লোয়নমা তং তাবা পুন্সিগা লোয় ননা চাওখৎলন্না মীওই থুন্নাই মরক্তা হিংমীন্নবা ওমনবগীদমক অমদি তুংগী মীরোলশিংগীদমক য়াইফবা ওইগদবা থৌশিল থৌব ং তৌবগী তঙায়ফদবা রাগন্নোন চেনবা অমসু' থবক্তা ওন্থোকপা ডম্বা অওনবা অতুনি । চহি কয়া লিপাং শিংনা চেন্থরক্লিব্‌ রাজনীতিগী ঈচেল অসিদগী মীয়ামনা খঙনা উনব —মীয়ামগী মীতিন্দা, মীথলগী মেনিফেস তে নচিংবদ রাজনীতিগী অমদি অর্থনীতিগী অওনবা অম। পুরক্লবগী পাটি কয়ানা রাশক্লবত্তু ওইথোকপদি য়ামনা লাপন্ত্রে । মরমদি অওনব নংক্রগা অহোংবশিং অসি পুরকপা হায়বসি থুন্নাইগী রাথন্নোন্দা চপ চাবা অহোংবগী মসি অমা লাক্তিবমথৈ ওইথোকপদা রানা থোকপা তাই । মসিনা পীরিবা রাহন্থোকসি অওনবা অমা পুরকপা হায়বসি থুন্নাই অতুগী রাথন্নোনগী মখা পোন্ন রাজনীতি পাটিগী মখা পোন্দে হায়না লৌবা তাই ।

মালেমগী চাওখৎলবা অমম্লং চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগা রাখল লোন, গু নোম্বা লৌউ শিংউবা, শেল থুম সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি শাস্ত্র খোৎনবনচিংবগী লমদা চাওখৎপগী লমজেল তান্নরি। চাংদম্নবা হায়রবসিনা মীওইবগী পুক্লিং অমদি রাখল্লোন খুমাঙ চাওশিন্নহন্নবা ইথিন পীনবগী অচৌবা মচাক ওইনা লৌনরি। লমদম অসিগী মীয়ামগু য়াওল কয়া পুরক্লবা হোংনদবদি নত্তে। অত্তুবু ওইথোক্লবদি মমি শাস্ত্রি। মরমদি ওইথোক্লবগী রাখল্লোন অত্তু খুনমাই অসিগী রাখলংলোন্দ মপুঙ ফানা মমি তাস্ত্রি। খুননাই অসিগী অপুনবগী লিংজেল রাৎপা, তেংবাংনবগী রাখল্লোন রাৎপা, ইশাগী থৌদাং অমম্নং হুদৌদা থৌশাদবা, গু নোম্বগী হৈনবী রাংলকপা, অমগা অমগা থাজ মুংশিনবা রাংলকপা, চহি লিশাং শিংনা চৎথরকপা ধর্ম্মগী মীংদা পাঙথোকপা হুরাও কুম্মৈদা লায়চুরকখিত্নুনা মতম মাঙংনবদা চালেঙবা লৈরক্লবা, মুংঙাইনা মতম লেপ্তোকনবা হোংনরকপদা ময়াইকাবা পোৎ শীজিনংনবগী চাং হেঙ্গৎলকপা, গুদ নোমদনা হিংনবা হোংনরকপদা আৰম অপা থিনরকপদগী শেঞ্জা থুমজাগী চাং রাংখংলকপা লোয়ননা আইন রাংমা লানবা থবক কয়া তৌনরকপা, শেম্মেক রাংনবকপা, চঙদবা য়াদবনা লুমলকপদগী ইশা ইশাগীতা খম্ন য়েংনরক্লুনা ওইজবতা থিনরকপা অসিনচিংবা কয়, আসগী মৎক্তো মীয়ামগী কৈঙাকী রাংজেন শরু ওইরিবা মীখল ফাওবা লমদম অসিদা চাউথ্রবা কুম্মৈ অমগুম লৌনরকপা অসিনা খুননাই অসিগী রাখল্লোন চরক চহিংনহাল্লি। অমরোমদ লৈরীবা তোঙান তোঙানবা মথল কয়াগী লুপশিংদা রাজনীতিগী ইথিন চঙশিন্দুনা অমগা অমগা খুৎশম্নবা য়াদবা লুপ অমগী মন্নুঙদা লুচিংবা মুন্নবগী রংখোক্ত মচেৎ মচেৎ তাংবনচিংবা তোয়না থোকই। অসিগুম্বা মরমশিং অসিনা খুননাইগী অপুনবা রাখল্লোন শাগৎপদা অচৌবা অপনবা ওইহাল্লি

থৌদোক অমা থুদম ওইনা পল্লব্দ। অঙাং ওইস্লিবা মহৈরোই অমা লালহৌবগী মরাল শীহুনা ভাকশেল কাওবুনা ফাগ্রে। খিবা খঙজে। ফামিন্নরুবা থরদি থাদোকখ্রে। মুমিৎ কয়ানি চুপ্পা মরি মখোঙ খঙদনা লৈরে। "ভাকশেল কাওবুনা ফাগ্রগা মাঙহনখ্রে" মীয়াম্না লাউই। ভাকশেল কাওবুনা হায়—'মাঙ্হোক্তুনা চেমখ্রে। মৈরা পায়বীশিংনা মুনখ্রে।" খঙনা খঙনা অশেংবতু মাঙখ্রে। অচৌবা রাথোক ওইরক্তুনা থুগ্লাই অসি ঈরাঙ লাঙমরক্লে। মহৈরোইশিংগী মৈরা পায়বীশিংগী অমসুং তোঙান তোঙানবা লুপশিং পুন্দুনা অঙাং অহুগী মরী মখোঙ পীনবা অকনবা খোঙজং চঙশিন্নরক্লে। রায়েনশঙ য়ৌনরক্লে। তোইগুম্বশুং, অশেংবা অহুদি খঙবা ঙমদ্রে। য়াউশংগী কুম্মৈ ময়াম্হুদা মহৈরোই কয়ানা ইম্ফাল ময়োলগী লম্বীদা প্লে কাওশিং পায়হুনা রেল্লি চৎলি। থম্মোয় শোক্লা লাউই ফাখিবা মহৈরোই অহুগী মরী মখোঙ পীযু হায়না। ভাকশেল কাওবুশিংনা হেৎলোম মায়রোম থৎচিন্দুনা নাকন অমম্ভদা চৎহন্দনা থিংহুনা থম্মী চিল্লবা মীনা চিক্লা চায়না ঙমদনা চৎনরিবা লম্বীশিংদা কোই কোইহুনা মথল মখাগী গাডীশিংনা পবেংনরহুনা থোং থিন্দুনা লুহোংবা কয়া অমম্ভু চৎনবি। মহৈরোয়শিং পৈশিন্দুনা, অচৎ অওক পুন্নমক থিংহুনা থল্লিব মফমহুগী মতাই ওইরপনা মপান্দগী পুশিল্লকপা ফি রোলগী মেলা তৌরি। লমদম অসিগী মীয়াম অমম্ভু য়াউশংগীদমক মচা মগুগী ফি রোল চিক্লা চায়না ঙমনদবমথৈ লৈনরি। মহৈরোয়শিং লাউ খোংলিবা অহু ইতা তানদবগুম উই। ময়াম্হুমক্তদা লৈরিবা সিনেমা হোল অহুদা ফিলম য়েংবা লাকপা নুপা নুপী কয়াম্ভু টিকেৎ মুপ্না মুম্না লৈনারি। শক্তম অসি ফিলম অমা ওইনা য়েংলবদি অয়েংবাশিংগী থম্মোয় করি করম্বা রাখল ফাওগদগে?

অঙ্গুম্বা চরাঙজরিবৈ, মুপী অমগী রাথোক, মঙ্গু লোইঙ্খিদৈদা নুপা অমা ফারগা কাপথোকপগী রাথোক; রাথোক অমনা অমবু নম্‌শিনখিজুনা মাঙবা তারে নুংনাংনরিবৈ, পীক্লিবা অতাং অমা কুল চংনবা পাক্কী ঙাইরিবৈ ঙাকপেল কাওবুগী নোংমৈ মরুমা পান্দুনা শিরে। তৌকম থঙদে; মীয়াম পুম্বা চরগ থোইরাংবৈ। অমরোমদ অশি অনা, অশোক অপন পাসহৌবগী ঈরাং নরপনবা হোৎনরকপদা শোকহনখিব শিংজ্রীদমক খেলগী মতেং পীনবা তারে। নীঙশিং খুভম থম্বা হোৎবৈ। মীয়াম্না তাক্লিবশিং ফংলগা লাঙলম্বা পুম্নমক ইচিক চিকপজম তৌই। মসিনা লমমম অসিগী মীগী মমল ইরৈ লৈতবরুম তৌচলি। শেল থরা পীরগা পাংহাং হাংতোকপা য়াবা মীওই খুদনাই অমা এইনা লৌনখিবা তারগদি খুদনাই অসি মুৎথিংনা য়াবগী মচাক অমা ওইরক্লোই হায়নীঙাই লৈতে। মসিগীদমক চৎলিবা শেনফম হাংলিবশীংগী ফুরীংখাউদনী নত্রে। লায়রথুবা লৈবাক মীয়ামগী শেঙ্গাওদগীনী। থোক্লীবা খোদোক রাথোক অমদা মীশী মীনা কঙাসী করীগী থাক্লীবনো, চৌবকফম্না কনাইদগীনো থিদোক্লগা মতৌ করম্না মায়োক্নজুনা লৈবাক মীয়মগী তঙ লৈতাবা পুন্সি অমা পুবক্লবা থোঙজং অমা চংশিননবগী শেম শাবা বজনীতি পটি অমত্তগী লুচিংবা অনা ফাওবা থোক্লকপা মীয়াম্না উনা তানজ্রী। মীয়ম্না থঙলে লৈবাক মীয়ামবু হুংশীবা তশেংবা লৈশেম্লোই লুচিংবা লৈত্রি।

পীর্জাগী পুক্লিঙ হুরবা শরিক থোক্লেল, কৃষ্ণগী মিরবা থম্মোয় তমহৎপা বাঁশীগী খোঙ্গোক অমম্বুং খোম্বাং য়েনা নিল্লবা মীমুংশি চেল্লবা খোল্লাও 'অল্লাহ আকবর', ওসিদি রাজনিতিগী ওইজবা ইথিন অমম্বুং পেঙ্গা থুমজাক্কী ঈরোল্লংদা লুপ্‌খিজুনা থোক্লেল থোক্তংগুম তৌরে। পুম্নমক্‌ থঙনরবা রাফম্নি — লন্দন অসিগী মীয়াম লহরিক লাইশু হৈবগী চাং থাক নেম্মী হরম অসিনা মালেমগী ওইরকলিবা

য়াওলগী মরমদা খওজীন উশিনবা ৱাংলি। অমত্তোন্মন্না, লায়রবনা মরম ওইহনা পুন্নমক্ত শরুক য়াবা ওমজদে। অসিগুম্বা য়ামনা চমনা হৌংজরিবা মীয়ামদা মশাগী ওইজবা য়েংহনা য়াজনীতি তৌবা মীওই কয়ানা ওইজবা লৌবা য়ানবা ঙাওথোকখিবা অমদি তৌখিবা কয়াগী মহৈ ওইনা পীরয়ে - চীংদা কাঙলুপকী ঊয়াং অমত্তুং চীঙ-তম শয়বা য়াদনবগী মচাক। ভম্পাকী লৈরিবা লুপশিং কয়া অমগা অমগা ইশম শমদবা, লুপ অমগী মত্তুংদা লুচিংবা ওইরগনা চেন্না মশাগী ওইজবা ফংবগী থুদোংচাবা লৈবদোনা থয়বদগী মচেৎ মচেৎ তাবা তোয়না থোক লিবা য়াফম্মি। পীকখ্রবা লুপশিংগী মওংদা, পীকখ্রবা কাঙলুপশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মওং মতৌ অসিনদি খুন্নাই অসিগী অপুনবা শক্তমদদি করি ওইফম থোকপগে হায়বসি মীয়ামনা মমুং তানা খন্ন নৈনফম থোকই। মপান্দগী য়েংলকপদা অয়েংবশিংনা করি ওইনা উরমগদগে হায়বসিমন্নু থরদং থম্বফম থোকই। পু নমকসিগী হৌরককম মরু অহু খণ্ডদোক্লগা খুন্নাই অসিদা নারিব' লায়নাসি লায়েনবা হোংনবা হায়-মসিমক পুমনমক্কী থোদাংনি।

হৈরম খুদিংমক্ত অশাযবা অহোবা ঙাক্তনা খুননাই অসিবু ওমহুন থমলে হায়বসি খুননাই অসিগী মীয়ামমা খওনৈ। খুননাই অসিগী য়াথক্লোনগী য়াওল অমা লৌহৌত্রবদি মালেম অসিদগী মুৎথিবা য়াবগী য়াথক্লোন কয়া অখণ্ড অহৈশিংনা নৈনয়োল কয়া চহি কয়া চুপনা মীয়ামদা উংলক্লি, খওহননবা হোংনর ক্ল। অহুবু ঙসি ফাওবদি লাইওং খওদনা নারিবা অবাবা অমগী পাংখক ওইনা লায়েংফম খওদনা লৈরি। ইশা ইশাগীত ওইবা য়াথক্লোন অমদা মাগী মাগী হিংনবা হোংনবা, অত্তোম্বগী থনএবা য়াংপা অসিদগী খুননাই অসি নোংমা নোংমগী পীকশিল্লকপগুম তৌরক্লি। মসিগী মরুওইবা মবন অমন' লৈঙাক লৈপে মায়া শেত্র থুবক্কাদ' তাংজরকপনা ইশা ইশাগী ওইজবগী য়নোম

রাজ্যাম্বরবশী চৎলবা য়াংখৎলকপা অসিনি । মসিমা ইশাগী হক অমম্ভুং ইথেৎ ইশান্না শাওহনজবদা। নত্তনা ইশাগী "ইপোৎ ইশানা মংওইজবগী" হল্লেঙবা লৈনক্লে লোয়নন খুন্নাইগী লৈখা তারকপগী মচাক ওইরক্লে । লমহাম অসিদা ময়োল ওইবা মফমশিংদা মথক মথাগী মথাক কাবা পোং শিজিন্নহন্না হুংজাইনা মতম লেপ্পোক্লবা হেৎলবকপাগী লায়েংবা ঙমদরুদ্রা লায়নানা নৌবিবা পুন্না কয়া লোমহনখ্রে । খুঙগী লমদা মতম লেপ্লরা হোৎনবদা যু মর ও কায়না শিজিন্নবি । পুন্নমকসিগী মতৌনা খুন্নাই অসিবু লৈখা তারবগী মচাক ওইরি । তোঙান তোঙানবা লুপশিং, মরুওইনা লুপীলুপশিংনা ফনা কয়া থিনবা হোৎনরক্লি । অদুবু মপুঙ ফানা মায় পাকপদি ঙমদ্রি খুন্নাই অসিগী অপুনবা রাখল্লোনদা মসি থিংনবগী রাখল্লোন মপুঙ ফানা মনি তাদ্রি ।

মীয়ামা লৈতাকপা লমদম অমা ওইনা চহি চ ছংথায় অমরোমগী মনুঙ অসিদা অওনবা অহোংবা যয় লাকখ্রে । ইংগ্লৌগী নাং ফাওবা মাওশিবা য়াবা ফাওবগী অওনবা ফংবা খুন্নাই অসিন মায়োক্নরকখ্রবনি অওনবা অমম্ভুং অহোংবা বয় অদুনা খুন্নাই অসিদা শীবক্লিবা মতৌদ হীরম খুদংমক্তা হেননা মীপাল খংশিন্নকপানি মসিগী মরথাদ লাকোইনবা অথদি হকথেংনবা শাফু কয়ামা অহনলমন্ন ঈগী ঈচেম্মা খুদোনবীবম্বা থোনা শিংক্লেন কংথোকপগী রাখল্লোন, অথাউ কনবা, শু নোম্বগী হৈমবী লাচং, মাপাল তাংবা হৈনজদবা আস নচিংবা মহৌশাগী ওইবা লীচৎ শাজৎ কয়াম্বু নমহৎখিভ্রে। মীপাল তাংনবগী মচাক ওইহল্লকপদগীনি পুন্নমক অসিগী মতৌ হায়ববু ঙাসিগী খুন্নাই অসিদা ওইবিবা ফিবম অসিনি । মথি চৎলক্লিবা ইরমদম, মখি শাম্নক্লিবা চারোল শুবোল অমম্ভুং লৈখা তারক্লিবা খুন্নাই অসিবু কনবা হায়বসি ঙসিগী মীয়োল অসিগী তঙাইফদ্রবা থৌদাংনি । অমারমদা য়ংলুরগদি থোংদোক্লা চিংনিংঙাই ওইদে সরকারনা

নোংথি ফুংঙাইনা য়েংশিনবীরবা লমদম অসিগী শাসনরোইশিংনা মশাগী হোৎনজমনননা মীয়ামগী পুক্নিং চিংশিন্দুনা পীরকপা মস্তেংগা লোয়ননা মালেমগী শাননবুঙ্ক কয়াদা লমদম অসিনু মালেমগী মীয়ামদা মশক তাকপা ঙম্মি । চাউরা চাউরবা ভারতকী ষ্টেট কয়াগী মমাংদা পীকপ্রব লমদম অসিগী লৈমায়দা মঙাংগুবা নেস্নেল গেমস চীঙ লেম্না পাঙ-থোকখি । লোয়ননা চাউরবা ষ্টেট কয়াগী শাসনরোইশিংবু নমহৎতুনা মরমদমগী ইকাথুম্বা নিংথিনা ঙাকথি । পুম্নমক অহু লমদম অসিগী মীয়ামগী লিংজেল ফজবা রাথল্লোন, নিঙহলনবা লৈতবা, থোনা অমদি কৎথোকপা ঙম্বগী মাতক্নি হায়বা য়াই । হৌরম অসোমদা মিৎয়েং অমম্বুং রাথল্লান থম্নবদি থুম্নাই অসিবু কনখৌনবগীদমক অনৌবা য়াওল অমা লৌবা অত্তুক লুবা ওইনা থোকদবা মান্দে ।

## তঙাইফদবা য়াওল

ফংত্রে খঙলবা পোং, অফবা অগা শিন্দোকপা নংত্রেগা ফননবা শেমগংপা মীওইবগী শোকম থোকমনি । নংত্রেগ দ মীওইবনা হীরম থুদীংমক্তা খাক রাংখংলকপা ঙমফম থোক্তে । হীরম থুদিংদা থুম্নাই অসিগী ফিবম ফজ্রে হায়বসি পুম্নমক্তা খঙনরবা রাফম্নি । ইশাগী ইপোংপু ইশানা ফননবা শেম শাজবা ইশাগী থৌদাংনি, ইথৌনি । ইশাগী সরকার শেমজনবগী থৌদাং য়ারিবা মীয়াম্না ইশাগী চাওখৎ থৌরাং কয়া পায়খৎপগী থৌদাং করিগী মীয়ায়ফম থোকপগে ? কনাদা শিননকুগদগে ? ঙম্নমথৈ হোৎনফম থোকই । হোৎনজবদি মতৈ ফ লোই থাঙ্গৎলুদবা পোংকী অরুম্বা খঙবা রানা থোক্তনি । শানন খোৎনবগী লমদা থুমাঙ চাওশিননবা হেৎনবাদ ঙম্নগা থুনানাই অসগী চাওখৎ থোঙখাং অমগী য়াওল লৌবদা করগী ঙমফম থোক্তবগে ? থুননাই

অসিনা মায়োক্নরিবা অরা অনং কয়াসি কোক্নবগী মরুওইবা মচাক— খুননাইগী রাখল্লোনগী অমম্লুং শেনম্ মগী ফিরম ফগৎহনবা অসনী।

খুননাই অসিনা মশাগী রাখল্লোন থওফম থোকই। হৌরম খুদীংদা থেংনরিবা পুম্নমক মশাগী রাখল্লোন্দুগী মহৈ ওইফম থোকই। মরম অসিনা, খুননাইগী রাখল্লোন অহোংবা অমা পুরকপগী তঙাই-ফদবা লৈরে হায়বসিনু পুম্নমক্না ইখঙ খঙনরবা রাফম্নি। তঙাইফদনা খুননাই অসিগী রাখল্লোন্দা অহোংবগী মথৌ তারবসি-

+ ইশাগী থৌদাং অমম্লুং ইথৌ মীয়াইবগী চৎনবী লৈহন্দবা।

+ শেঙ্গা থুমজাগী চৎনবী মাঙহনবা।

+ মতমগী মমল লৈহনবা।

+ খুননাইগী অপুনবা লিংজেল ঙাকপা।

+ গু নোম্নগী হৈনবী লীচৎ য়োকখৎপা।

+ থবক অমম্লুং শিনফম ইকাইখুম্নবা।

+ থক স খাসি ঙাকপা, অসনচংবনা মরুওইবনি।

ভারতকী লৈঙাক পথাপ্না মাগী মীয়ামদা ফংফম থোকপা অমম্লুং তৌফম থোকপা কয়াগী পীরিবা পাঙ্গল অহু মা অমগী থৌদাংনি। মহুগী থবক অহুনা মীহুগী মথৌনি। শম্না মহৈ মশং তপ্না হায়বসি মহৈরোই অমগী থৌদাংন। তম্লিবা মহৈ অহু খঙ হৈনবা হোৎনবা হায়বসিনা মহৈরোইহুগী মথৌনি। মী খুদিংমকী চপ মান্নবা নীঙতম্ব লৈ। অমগী নীঙতম্বনা অতোপপা অমগী নীঙতম্বা মাঙহনবা তারবদি মাগী নীঙতম্বহু নীঙতম্বা নত্তে, আইনগা য়াদে, ক্নমাল লৈ। মীয়ামগী লৈঙাক চৎপা লম অমদা, মাগী লৈঙাক পথাপ্না মশাগী মপুঙ ফাবা মী অমদা পীরিবা নীঙতম্বা অহুগা, মীহুদা পীরিবা থৌদাং অমম্লুং মথৌ অহুগা নক্নবা মরী লৈনৈ। খুদম ওইনা লোয়শঙদা থা থাগী চাং নাইনা ভদব ফংহুনা থবক তৌরিবা মীওইগী থবককী

নীঙতম্বা লৈ, লোয়শঙগী অকক্নবা মতম অমুক পুক্ত তম্নাদগী হৌপদবহু পুক্ত তম্নামাথোইগী মতুংদা থবক কায়। নুংখিল পুক্ত অনি তারকপদা লোইশঙগী কান্নিং ইহাঙ হাঙবগুম তৌই। লোইশঙগা মরী লৈনবা তঙাইফদবা থবককীদমক লম লাপনা লাকচবা মীওইদা অচৌবা অপনবা ওইনা থোকহল্লি। মাগী থবককী নীঙতম্বা অহু মশাগী থৌদাং অমম্নুং মথৌবু শীঙনবা নংত্রগা থৌশা রাশাদবনি হায়না খন্নফম থোকই। থাগী তলব ফংদবগীদমক্তদি লৈবাক রাথোক ওইনৈ। তৌইঙম্নম্নুং, মহাক মশানা লৌরিবা থৌদাং অমদি তৌগদব মথৌ অহুগীদমক্তি মহাক মশানা খস্তনীংঙাই ওই। মরুওইব অমনা মীয়ামগী লৈঙাক পথাপকী মতুংইন্না মশাগী সরকার শেমজনবগীদমক মীথল পাঙথোক্কুনা মশাগী মীহুং খঞ্জনবগী থৌদাং পী। মহু মনিঙ তম্না মশাগী লেঙফদ্রবা মথৌ অহু পাঙথোকপদ মশাগী নাগং শীরেপ শিংদগী তানবগী চংনবী লমদম অসিদা অতাক অফোংবা চংনবীনি। সরকারনা তৌরকপা থবক কয়গী অফ ফত্ত নৈনবদ হম্ন থুদোক্তবা লৌতুনা লৈবাক খুম্নাই অসিগী চাওবং খেঙথং খুমাঙ চাওশিনবা ঙম্নবা শেঙ্গা থুমজাগী হৌরকফম ওইরিবা চংনবী অসি মপুঙ ফানা মুংথংথিবা পুম্নমক্তী তঙ ইফন্ত্রব মথৌনি। চংনবী অসিনা খুম্নাই অসিদা পীবক্লবা শাফু অমদদৈ থেং অসি নীংথনা খস্তমীগ্নফম থোকই।

খুম্নাই অসিদা অতাক অফোংনবা চংনবী অমা ওইনা য়ং য়ং লাউনা চংনরবা, খুম্নাই অসিবু লৈখা তাহঙ্কবগী অচৌব মচাক অমম্নু ওইরিবা শেঙ্গা থুমজা, মসি মুংথংপগী তঙাইফদবা লৈরে হায়বং সিদি লাইরবা লৈবাক মীয়মসিগী অকনবা থোল্লাউ ওইহুনা লাক্লি। শেঙ্গা থুমজা অসিগী বাহম্থোকসি শেন পীহুনা নংত্রগা লৌতুনা থবক অমা অচান মীরায় নাইনা তৌজবা নংত্রগা তৌবা অহুবু হায়বা তাই। আইন্না য়াদে। অন্নৌবস্তু অপীবস্তু

অমসুং থাক য়াংখৎলকপা, নত্ত মত্তবা, লৈচৎ-শাক্তং অমসুং আইন য়াংমা লানবা থবক্‌শিং তৌনরকপদা—হাল্লেক্তবা লৈনরক্তব', মসিনা খুন্নাই অসিবু মপুঙ ফানা লৈখা তাহ'বগী ফিবম অমা ওইরকপা অসিনি। তোঙান তোঙানবা লুপশিংনা ময়াইকাবশিং শৌজিননবা খিংনবগীদমক অকন অকনবা খোঙজং কয়া চঙশিন্দুনা লাক্লি অমুবু শৌজিন্নবত্তুম হেক্তংলকপগুম তৌরি। মশাগী খোদাং অমসুং মথৌ খোশা য়াশাদনা মতম লেপ্লোকপগী চৎনবী অসিনা নাগ্নিবমখৈ খুন্নাই অসিদগী ময়াই কাবা শৌজিন্নবগী চাং হন্থহনবা য়ানা খোক্লগনি হায়বং সিদি ময়েক শেংলে। অমরে মদম্ব মতমগী মমল লৈহন্দবা হায়বসি পুক্নিং মীয়াম্লোকপগী য়'চম্বোক্লি লৌবা ভাই। ইউরোপকী খোঙচৎ অমগী হল্লকপা মতমদা উনজরুবগী পাউদমদা ওজাইবুজো শীলকাস্তমা হায়বীথি—“ইবুংঙোশিং ফ্রন্স হায়বা লমন্তু লুংঙাই। য়াম্না লুংঙ'ইবা অমনা মখোয়না লেকেঙ্ভ অমগী মতম মাঙহন্নী'দবগুম্ব অমা উরকপত্তুনি। লম্বীগী নাকন্দা লাইয়েকপা অমন' অতুক ফজনা লাই য়েক্লিবত্তু লম্ব'দা চৎলিবা কনা অমত্তনা হননা য়েংনদবগুম তৌই। মখোয়না নংহৌ য়রোইদবগুম্না থাংলিবা খোঙকাপ অত্তুকাওবা খজিক্তং মপান্দা তপথবা মান্দে। মতমগী মমল লৈহমবা হায়বসে পুক্নিসিবু মমল য়াংকনবনি হায়নীংই। মায়কৈ কয়াদা হেংলুরগা, মশাগী খোদাং অমসুং মখোদা পুক্নিং খিংজিনবা হায়বসনা মতমগী মমল লৈহন্নবগী মরুওইবা মতাক ওইকম থোকই।

চাওখৎপা মপাঙল লৈবা লৈবাক খুন্নাই অমা হায়বসি খুন্নাই অত্তুগী অপুনবা লিংজেল অমসুং য়াংল্লোনগী মথা পোল্লি। পাউরো ওইনা হায়নরম্বা লৈ —'ইংরেজগী লমদা নুমিৎ তাবা লৈতে চত্তি কয়া চুপ্পা ম'লেম পুম্বগী মপু ওইথিবা ইংরেজ খুন্নাইনি। মখোয়না শীকপ্রবা ইথৎকী মরৈবাক, শীকপ্রবা খুন্নাই অত্তুবু কয়া য়াম্না নুনা

নিঙবগে অমসুং মশাগী থৌদাং অমসুং মখোদা কদায় ফাওবা কংথোক-পগী থৌনা "লিংজেল চেম্বগে হায়বত্থদি মালেমগী পুরাণগী লমায়দা য়েঙ্কুনা লৈরে। ইংরেজগী শীকপ্রবা সিফাই অমগী ঈ হেক তাখিবা লম অদু মখোয়গী খুত্থুম মথাদা লৈগদবনি হায়বসি খুন্নাই অদুগী চেৎলবা রাখল্লোদ্রি। মণিপুরদসু অদু মঙায় "ঐথোয় হাৎলে মণিপুর জুমলে। দি থ্রোন ওফ মণিপুর ইজ নো মোর" (বীর টিকেন্দ্রজিৎ)। ইংরেজ থগী ঈ তাখিবগা লোয়ননা মণিপুর ইংরেজগী খুত্থুম মথাদা লৈখি। মরৈবাক অমসুং খুন্নাইগীদমক শিদোকপা হায়বসি মখোয়দা অরুবা নত্তে। অদুগা অমনা, চাউথ্রবা লম অমগী গবর্নর অমত্তুনা মহারানীগী মায়োক্ত মনীভতমনিঙবগী লান হৌখিবা তংখদে মহারানীগী মিংদা লৈঙাকপগী থবক অদুম তৌই। মথেংগী খুন্নাইগী অপুনবগী লিংজেল অমসুং ফজবা থকসি থসি লৈনত্তুংক্রা মখোয়না মালেম পুম্বগী মপু ওইবা ঙমখিবগী মরুওইবা মরম্নি।

লমদম অসিদা রাজনীতিগী দল কয়া লৈ অমগা অমগা চুশিন নবা ইয়া য়াদবগুম তৌই মতুগী ইথিননা মথক কয়াগী লৈরবা লুপশিং অমগা অমগা শম্নবা য়াংহন্দে। লুপ অমগা মন্নদ লুচিংবা মুনমবগী রাথোক্না মচেং মচেং তাহনবগুম তৌহল্লে। মশা মশাগী ওইজবা রাজনীতি তৌনরকপদগী ক ভলুপকী ঈরাঙ অগদি লমদম অসিবু মচেং মচেং তাহনগদৌরে মীপাইনরিবা অসিগুম্বা রাথোক লাম্থোক কয়া থোকহল্লি। অদুবু পুম্নমকসি হকথেংননা মায়োক্নরিবা খুন্নাই অসিগী মীয়ামগী রাথল্লেনগী মথা পোনফম থোকই। ইশাগী থৌদাং অমসুং ইথৌ শাঙথোকপদা রাজনীতি দলগী মথা পোনবা হায়বসি খুন্নাই অসিবু অমদি অপুনবা লিংজেল রাখল্লোনবু মচেং তাহননবগী অচৌবা মচাক্নি হায়বসি পুম্নমক্না শাঙন শরুরিবা রঙ্কনি। ইশাগী থৌদাং অমসুং ইথৌ ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা ইরমদম অমসুং খুন্নাইবু নুংশিবগী ঈচেল চেলহনবা তঙাইফদে।

মীওইবনা হিংবদা তঙাইফদনা চীঙাক চঙই। ফিজেৎ ফিরোল য়াওদনা হিংবদা মীওইবা মশেলগী মরক্তা চংনদে। পুম্নমকসিগী মথক্তা, সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজিগী মঙাল মরক্তা হিংলিবা চাওখৎলবা মীওই খুন্ননাই কয়ানা চাংদম্নদবসু য়ারক্তে। মরম অসিনা পুম্নকসি মায়োক্নহনা মীওইবা খুননাই অমা ওইনা হিংবা ওম্নবগীদমক শুবা-নোম্বা হায়বসি থাদোকপা য়াত্রবা মীওইবগী মখোনি। মীওইবন মশাগী অনীওবগী মখদা থবক তৌই। শু নোম্বগী অনীওবা লৈত্রবদি মশানা শু-নোম্বগী হৈনবী লৈফম থোক্তে। মীনা হিংবদা চঙদ্রবা য়াদবা কয়া মায়োক্নবা ওম্নবগীদমক শু নোম্বগী হৈনবী লৈচং লৈব মথৌ তাই মসি লৈত্রবদি হিংবগী হৈনবী লৈচং লৈতবা তাবনি। তরামাপলশুবা চহি চানা লোইরমদাই ফাওবদ মনীঙ তম্বা লৈবাক অমবু তাকশেন্দুনা লৈরকখিবা থুম্নাই অমদ শু-নোম্বগী হৈনবী রাখল্লোন কদায় ফাওবা লৈরমগদগে হ য়বদুদি লমদম অসিগী পুরারীনা উংলি। অতুবু ওসিনা তুফক তুফাই ইচন চনবগুম তৌরিবসিনা করিগীনো হায়বসি খন্থমীম্নবা চঙই।

অখঙ অহৈশিংগী নৈনরোলদা পীরি — তোয়না শীজিম্নবদগী হৈনরকঈ। হৈনবাদগী লৈচং শাজৎ ওইবকহ। লৈচং শাজংতগী লমচং শেম্নকই। মীওতম্বা লৈবাক অমগী মীওই থুম্নাই অসিদা চেল্লম্নিব মতিং অতু খণ্ডুখকী ওইবা মপান্দগী শিংচিল্লকপা শেংদবা নুংশিংনা য়েবদগী ইতুক তুকথখিবগুম তৌরে। শু-নম্বগী হৈনবী লৈচং অমদি মীপাল তঙ্জানঙদবগী রাখল্লোন কয়াসি তপ্না তপনা নুংঙইনা মতম লেন্থোকপগী হৈনবী লৈচং শাজনো মহুৎ শিল্লক্লে। তরাগী চেন্তনা লেংখোং ফাই হায়বগুম্না পুম্নমক্কুগী মহৈনা ওসিদি থুম্নাই অসি চিঙাক ফিজেৎ ফিরোন্দা নত্তনা হিংবা অমসুং শিবা ফাওবা মীপাল তংনরে। মতিং লৈবা খুননাই অমা ওইনা হিংবা তারবদি

গু নোম্বদগী মতিং লৈবা তাই খুনাইগী মীপুম তিংনা নত্তমগী মমলখত্তমা মশা মশাগী থৌদাং অমত্তুং মথৌদা পুক্নিং থিংজিনবা নত্তনা গু নোম্বগী হৈনবী লীচং য়োকখৎপা য়ানা থোকনি ।

মীওইবনা হিংনবগীদমক গু নোম্বগী থবকশিং শুমৈ নোমৈ । থবক অমদি শিনফম্বু ইকায় খুম্নবা হায়বসি মীওইবা মশানা মশাবু তেংবাং জবনি হায়বা বাখল্লোনসি খুননাই অসিদা ইরৈ লৈতবগুম তৌই । মসিমক থবক্কী শিনফম ওস্থোকপা রাংনবগী মচাক্নি । লৈঙাক লোয়শঙদা থাগী চাং নাইনা তপব ফংবা থবক তৌবনা লেমনব অমদি ইকায় খুমনবা য়াবা ওইনা লৌনবগুম তৌরে । লৈঙাক লোয়শঙশিংদা শেঙ্গা থুমজাগী খুদোংচাবা লৈবা নৎত্রগা শেম্থোক লৈবা থবক তৌবশিংনা তাকপী তঙ্গাবগী শিনফমদা অহেনবা শেম্থোক লৈতনা ওজা ওইরিবশিংবু থৌশাদবগুম তৌনৈ । লৌউ শিংউবনা শিনফম ওইরবা লৌমীগী ফিদা খুননাই অসিদা থাবীদবা অহুনা লৌমীশিংনা য়ামনা তোননা হিংবগুম খননবনা ওইফম থোকই — শিনফম অসিদা শুবা নোম্বা ইকায়নরিবা । অচৌবা কৈথেলশিংদা ইনাবখুনবা দায়রবা কয়ানা অফবত্ত খল্লগা পুখিবগী হুন্দোক্লগা ফত্তবশিং শেংদোক খুন্দোক তুনা লমদম অসিগী ইকায় খুমনবা ভাক্লবা, মশাদা হঙ্গোই তুককংবগী রাখল চেন্দনা গুরিবশিং অহুবু হম্থনা য়েংবগুম তৌনৈ । মোংলবা নমথীবা মনন মহা চেল্লবা কৈথেলদা, শরককী মতাইদা মপান্দগী লাকপা কয়ানা চু অমদি হৈংরাগী মহী শুমহুনা য়োল্লি । থবক অহু তৌবা লমদমসিগী মীনদি ইকাইনৈ । তৌইগুম্বশুং পোৎথোক অহুবুদি থক চাবা ইকাইনদে । মপান্দগী লাকপা মীওই চা কয়া লমদম অসিদা শম কক্তুনা হিংনবা হোংনৈ, শেল নীংথিনা তনবা ওয়ী । শিনফম অসি অচোপপনি । লৌনৈ, খুননাই অসিগী মীপই শিং কনানা তৌনদে । মীগী মরক্ত অমাং অশেং অমদি অনেম

অয়াংগী খেননবা লৈরবদবা খুনম্নাই অসিদা চৎনবী অসিদা হেক থুংলবদগী লৌনগনবা শাথীরবা লায়নাদগী হেনবা শাথীবা চৎন-থৈরবী কয়াখা অচৌবা ল য়েংবদা হায়বা লায়না নাকল্লুনা খুন্নাই অসি শিবা চঙবা থঙদনা লৈরে। মালেম শিমনা মীয়ামগী লৈঙাক চৎনরক্রবা, মীগী থবক্তা খেননবা থমনরক্রবা, চাওখৎপগী লমজেন্দা অন্নবী মতীক থুমাঙ চাওশিনবরকপা মতম অসিদা থবক অমদি শিনকপদা অচোপ অরেম থায়দোকুনা ইকায় খুম্নীদবা হান্নবসি মীওইবা ইশানা ইশাবু হন্থনা য়েংজবনি। রাখল্লোন অসিনা লমদম অসিদা শেঙ্গা থুমজাগী থবকপু খুমাঙ চাওশিন্নবা অচৌবা মচাক ওইহল্লি। খুন্নাই অসি লাইরেন্না মগুন ঙাকপদা লফুং কাবগী ফিবমদা লৈরে। চোন্না লেম্বা অমদি ইকাই চঙ্গোইবগী রাখল থাদোকুনা থবক অমম্থংশিনকম্থু ইকাই খুন্নবগা লোয়নন শু-নোম্বনা য়ান্না, রানা চোপন হিংবদগীদি হেন্না অকবা ওইকম থে কই। মসিনা খুনম্নাইগী শেল থুমগী ফিবম কগৎহনবদা অচৌবা মতোং পীবা ঙমগনি।

হায়নৈ থকসি খাসি যাওদনা মীওইবা মশেল হিংমিন্নবা য়ান্না রানা থোকই। মথক থোংবগী য়াথং ঙাক্না চৎপহুনি থকসি খাসি। সার্ভীসশিংগীদি নমহুনা থকসি খাসি, ঙাক্লবগী চৎন পথাপশিং থম্মী। ইন্দবা কনানা মতীক চাবা চৈরাক ফংই।

সিভিল সার্ভীসশিংগীগী মাগী মাগী লোয়শঙগী অমম্থং পুন্নমককী ওইবা চৎন পথাপশিং লৈ। ইন্দবা কনাবু মতীক চাবা চৈরাক পীবগী পথাপ লৈ।

মীচম্শিংগীগু মসি ঙাক্না চৎনবগী খুন্নাই অগী চৎন-লোনচৎ লৈরে। থকসি খাসি ও কপগী চৎন হৈনবী রাংপা লৈবাক খুন্নাই, চাওখৎপগী থাক হন্থক্রি লৌনে। অহুবু পুন্নমকসি খুন্নাই অগী রাখল লোনগী মথা শোজিন। ফমা ফজবা চৎন-পথাপশিং চেদা অইবা

লৈছুনস্থ, মতুং ইনবিগদোম্বিবশিংনা খোংশা য়াঙ্কাবিদ্রবদি থকসি খাপিগী য়াহঙ্খোক করি ওইফম থোকপগে ? মশা মশাগী থোদাং অমস্থং মথৌ মশক মুম্মা থজবগা লোয়নমনা মতু পাওখোকপগী হৈন-চংনবী লৈরবতদা মপিগী থাক য়াংনা লৈফম থোকই। পীক্লবা ইমুঙ অমগী থকসি খাসিন চাউরবা খুন্নাই অমগী থকসি খাসি ওই। শাংলবা চহি কয়া ইংরেজ-শিংনা য়ালেম পুম্ববু খুতুম চন্দুনা পাল্লমবা অতু, খুন্নাইগী থকসি খাসি ঙাকপগী ফজবা চংম হৈনবী লৈবনা মরুওইবা মরমি।

ঙসি মণিপুরী নংত্রগা কংলৈ খুন্নাই অসিদা লৈরিবা থকসি খাসিগী ফিবম করি ওইরিবগে হায়বসি মীয়াম্না থরদং মমুৎ তানা খন্থনিন্নবফম থোকই। খুননাই অসিনা মশাগী চংন-লোনচং অমস্থং লোয়শঙশিংদা চংনগদবা চংন পথাপশিং কদায় ফাওবগী থাক য়োনা ইম্না মশাগী থোদাং য়াহুনা মথৌ পাওথোক্লিবগে হায়বসি নীংথিনা নৈনমীননবা মথৌ তাগনি। কালিতি এজুকেসন কমদমসিদা লৈতে লাউনারি। অতুমদি সিভিক এজুকেসন লৈফম থোক্তে সিভিক এজুকেসন লৈতবা মফমদা থকসি খাসি ঙাকপগী চংন-হৈনবী য়াংপা মহেক্লি। খুন্নাই অমগী হিরম খুদিংমক্কী চাওথং থোঙখাংদা চঙদবা হায়রবা মচাক অসি তঙাইফদনা য়োকখংপা মথৌ তাই।

## ৯. শেল-থুমগী ফিরম ফগৎহনবা :

লম অমগী চাওখৎ খোঙথাং মফমচুগী ওইরিবা শেল থুমগী ফিরমগী মখা পোল্লি হায়বসি মালেম শিননা লাউনরিবা ৱাফম্নি। মসিগী ফিরম লম অদুগী মহৌশাগী পোৎথোক অমদি ও নোম্বগী পোৎথোকশা নরুবা মরী লৈনৈ। মীওইবসি হৌরম খুদিংমক্তা মপুঙ ফাবা হায়বদুমক্তি ওইদবনিনা অমগা অমগা মপাল তাংনৈ। অমাং অপা লৌথোক লৌশিন তৌনৈ। থবক্‌সিনা লশোনবগী শেন্দোং তান্নফম ওই। পোৎথোক মরাঙ কায়না পীথোকপা নংগ্রগা য়োন্থোকপা ওয়ুগনা শেন্দোং নীংথিনা ফংবা, মথৌ তাবা পোং চে লৈশিনবনা হেল্লগনা শেন্দোং ৱাংনা ফংবা হৌনশানি। শেন্দোং নীংথিনা অমম্বুং লেপ্তুনা লাক্লগন শেল থুমগী ফিরম ফগৎলে। ৱাংনা লাক্লগনা চংথিবনা হেল্লগনা মসিগী ফিরম ফজ্রে। পীকথ্রবা ইমুঙ অমগা শেল থুমগী ফিরম ফগৎহনবা অবায়বা ওইদে। মরম অদুমক্তা কৈশ পুননাইগী ইমুঙ অয়াম্বনা লাইর অনং মায়োক্লবি। পীকথ্রবা ইমুঙ ইমুঙদা ওইরিবা ফিরম আসনদি অপুনবা খুননাইগী ফিরমদদ করি ওইফম থোকপগে? মফম মতমগা চানবা থবক থৌশিলশীং হাংদোক তোংজিন তৌবগী তঙায়ফদবা লৈরকপশিং ইমুঙগী মীপুম তিংনা খঙমীননবা অমদি মানা মানা ওম্বা থৌদাং লৌনচুনা তেংবাঙনবগা লোয়ননা পুকচেল তিংনা মথৌ পাঙথোক্লবগী মথৌ তাই। অদু নত্তনদি মিং উহশিল্লপা চৎপদা লুপা খাওজাও অমা কাওরুবগী লাইবক ঙাইবা ঙাবনি। পীক্লবদু চাওরবদু ষ্টেট্ট অমগী শেন থুমগী ফিরম ফগৎহনবা হায়বসি মশাগী ভোট পীদুনা মশাগী সরকার শেম্বগী হক লৈরবা মী খুদিংমক্তা থৌদাং য়াফম থোকই। অৱায়বা শেল থরনা শৌজিননফম থঙদনা

চাইথাম্বনদি থুম্নাই অসিগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎলকপগী মহুত্তা শেন্দোননা লেপ থুমজিল্লকপা হায়বসিদি মরেল্লি ।

হৌজিক ওইরিবা থুম্নাই অসিগী চৎনলোন লাক্ল মুম্নবা, শুদ-লোম্বদনা ফুংস্তাইবা পাম্বা, অরাবা শরুক য়ানিওদবা, ইশাগীত খবা, মতম মাঙহনবনা হালেংবা লৈতবা, মীগী মরালদ থিবা ইশাগী অশোয় বদি চুমথোক্লবা হোৎলদবা অকনবন অচুম্বা শকপা অসিনচিংবা ইরোম্নন্নিবা অসিদা কেন্দ্র সরকারনা লুপা কোটি কোটি শীরক্লবসু লোকোক শয়াম্নদা থুমগী থাদহল্লে। তুমহুমা অচুম তোকনি হায়বসিদি চহি লীশাং শিংনা মীয়াম্না মায়োক্লহল্লিবা কয়াসিদগী থগজিনবা মরে। শরু, ইমুঙ অমগী শেন থুমগী ফিবম ফগৎহনবা হায়বসি লাক্লিবা শেলনা চৎথিবদগী রা হনম্বা অসিনি ! অচুব লুহিবদি চৎতবদি য়াদবা লাক্লবদি লৈতবা, ফিবমসিবদি খুননাই অসিগী মশাগী য়াম্বা ইমুঙ-শিংনা হকথেংনন্নিবা অরবা। থুম্নাই অসিনা থ্মাইদগী চাউনা চাদিং তৌরিবসি নোংমগী ইমুঙ অমদা চঙদবা য়াদবা ওস্তাইফদবশিংদনি। নোংমদা লুপা কোটি কোটি চদিং তৌই। মসিগী মহুত্তদা চাদা মরিফুদগী তাদনা মপান্দা চৎথি। চৎখ্রবা শেলসিগী চাদা য়াংদৈথদং হন্দহনবা ওম্নবদি শেল থুমগী ফিবম থরদ ফগৎহনবা ওমক্ষম থোকই। মসিগী ফিবম ফগৎহনবা হায়হসি মীয়ামগী শেন্নোক লখো অংগুং মশাগী পোৎথোক মরাওকায়হনবা মথৌ তাই। হৌজিক ওইরিবা থবক থো-শিল কয়াসিনা মায়োক্লবা ওম্নক্রবনিনা অনৌবা থোওথাং লৌবা অমদ হোংদোক হোংজিন তৌবগী ওস্তাইফদবস্তু থুম্নাই অসিনা থওমীনলবা মথৌ তাই।

সরকারগী লোয়নওদা থবক তৌরিবশিং থাগী তলব মতম মতমগী হেক্সংদি। থ্মাইদগী মেস্থা থাক্ল থবক তৌরিবা অমনা নোংমদা লুপা চাম্রদগী তদনা কংই। ছুটিশিংগী থদেংচাবা ফংই। তৌইওয়সুং

মীশিঙ য়ান্নবা লৌমী, খুঙংগী লাইরবা শিনমীশিংনা নোংমদা পুঙ তরা থবক শুবদা লুপা য়াংখৈ/হুমফুদগী হেন্না খুৎশুমন ফংদে। অতুগী মথক্তা চহি চুন্না লেপ্তুনা শুকম নোমফম লৈতে। অপুনবা মীশিংগী চাদা অনি অতুমদমক ওইবা সরকারগী কর্মচারীশিংগী শেল-থুমগী ফিবম ফবনা লৈবক মীয়ামগী শেল থুমগী ফিবম ফরে হায়না লৌবদি চুম্লোই। লোয়নশঙগী মীওইশিংগুম্না য়াকৎ য়াতা নফম লৈতে। মখোয়গীমদমক কনানা যেংশিনবীগদৌরি খঙদে। থুম্নাই অসিনা লৌমী খুঙংগী লায়রবা শিনমীশিংবু হম্থনা য়েংনরকপগী চৎনবী, ইহোং হোংদ বগুম্না তৌরি। মসিমক, লমদম অসিগী মীয়াম্না চীঞ্জাক্ত শাথীমা মীপাল তাংলিবসিগী মরুওইবা মরম অমা ওইফম থোকই। মীয়ামগী পুকৈ ওইরিবা লৌবুক অমদি পুন্সি ওইরিবা লৌমী, অনিগী ফিবম ফংহনবনা লমদম অসিগী মীয়াম্না মাংহোন্নরিবা চিঙ্খবকী অরবা কোকহনবদা নত্তনা খুঙনাইগী শেল থুমগী ফিবম যগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ঙমফন থোকই নৎত্রগা থোক্তে হায়বসি খুননাই অসিনা মমুৎ তানা খনন নৈনফম থোকই ঙমফম হোৎনবদি তঙাইফদনা লৌউ শিংউবগী য়াওল অমা লৌনবা হোৎনফম থোকই।

লাইরিক লাইশু তৈবা তৈতবা অমম্পূং খুৎশা তৈবা তৈতবা মীওই লাখ কয়া হিংনবগী থনক থিরি। রেজিষ্টার তৌদবা লাখ কয়া অমম্ম লৈরি। চহি চন্দাকখিবা, মিঙবা কাইহুনা বাংখ থাঙ ওইহুনা ময়াইকাবদা লুপ্তুর্না শিবা ঙাইবা মশিঙ থীঙমদনা লৈরি। লৈরিবা লৈঙক লোয়নশঙ খরসিদা পুন্নমককী ফম থিন্দোকফম পীবা ঙমফম থোক্তে। অমরোম্মম্ম, তুংগী মীয়োলগীদি লাইরফনা ঙসিগী মীয়োল অসিনা হাকথেংনরবা অসি ফাওবা মায়োক্লনবা থৌশিল থৌরাং অমত্তা নে তানা পায়থংপা ঙমজ্রি, উজ্রি তানজ্রি। মসিগী মরুওইবা মরমসি খুন্নাই অসিগী য়াথল্লোন লৈতাদবা চয়াং খোইরাংনবন

ওইকম থোকই। অদুগা মসিমক, শেল থুমগী ফিবম চাদবদগীনি। মৌনৈ। মৈবাককী শেল থুমগী ফিবম ফগৎপা ভাইরগা খবক খৌশিল তৌগদ্রা নত্রগা শেল থুমগী ফিবম ফগৎপা ওয়রা থুজিল থৌরাং অমসুং থবক পৌশিল তৌগদ্রা খন্থনীভাই ওই। কনানা থুরাই অসিগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনফম থোকপগে খন্থমিন্নবা মথৌ তাই। ঐ হায়বা র বৈদি ময়েকসু য়ামদে, মীসু য়াদে। ময়েকসু থরা য়ামা, মীসু য়ামা 'ঐথোয়" হায়বা য়াবৈদি শিজিন্নদুনা মীয়ামগী শেল ঐ-ঐগী কুরিংথাক্ত চৌয়বা হোৎনবগী মতুং ঐথোয়গী পুক্কে চোয়নবা হোৎনমিন্নবা পুন্নমকী অকবা ওইকম থোকই।

## ১০ লৌউ-শিংউ য়াওল

চীঙ্গাক : থরাম্ন পানবশিংগী থরায়নি পুক্সিনি। হিংবদা য়াওদবা য়াত্রবা মচাকলিদা মীপাল ভোংবা, মীথা পোত্নবগী অচৌবা মচাক অমনি। মীপুম তিংনা খণ্ডনরবা থাফম্নি। চহি কয়াগী মমাঙ্ত কাওবদা থুমনাই অসি চীঙ্গাক্তা অদুক হাক্কা মীপাল ভাংলক্তে। লেম পান্থনা মপান্দা থাদোক্লম্বনি। অদুবু ঙসিদি তোঙান-তোঙানবা মরম কয়াদুমক্তা, তরাগী চৈগুনা লেংথোং ফাত্থনা মপুঙ ফানা ইমুঙ অমদা নোংমগী চঙদবা য়দবা মচ কশিং মীপাল ভাংলক্লে। নেস্নেল হায়রে নম্বর ৩৯ অমসুং ৫৩ অনিসিত্ত লাইফ লাইননি হায়নরি। নুমিৎ খরনিদং খিংবদা থুমনাই অসি হিংগমী থাজনদে। মশাগী পোৎ থোক ওইরিবা চেং অসী মতুনা মপন্দগী পুশিল্লকপা চাবা হৈনরক্ত্র বশু মশাগী পোৎথোক্না কোম্নরক্তবদগী হৈনদা হৈনদা হিংনবা অদুম্নাক চানরে। মসীদা য়েনশাং নাপী, হয়াম-চেং য়, থউ-থুম শেংন-ইরবা,

অকে অমৌগী পোৎলম অসিনচিংবা হেক হিংবদা চওশিবা মচাক মথুর মপান্দগী লাকপা ঙায়নৈ, লৌবা য়ারে। অচুনদি ঐখোয় মণিপুরী নংত্রগা কংলৈ থুময়াইগী হিংবা অমসুং শিরা হায়বসি মীপাল তাংজচুমা লৈরে হায়বা তাই। অপুনবা মীশিংগী চাদ। মরিফু হেৎনা লৌউ শিংউবনা শিনফম ওইরিবা লমদম অসি কমদৌনা অমুক হাক্ক চিঞ্জাক মীপাল তংলিবনো পুন্নমক্তা পুক্কিও লৈতানা থম্বৌবা চুমগনি। মতৌ করমা মশাগী অমদি মহৌশাগী ওইব। পোৎথোকশিংগী মচুৎ মপানগী পোৎলম কয়ামা শিন্দুনা অচৌব পোৎয়োমফম লৈথেল অমা লমদম অসি ওইরকখিবনো হঙ্গৎনা অমুক্কং য়েংনবা তঙাই ফরক্রে।

থুৎথাং য়োনবা কাঙবু শংনা য়োল্লিংবা মমলদা অয়েং অপন লৈতন য়োল্লিবা, অমুকসু ফংলবদি থপ্লচুনা মুন্ন-মুন্না লৈনরিবনি। থুঙ্গংগী লৌউ শিংউবগী থবক তৌরিব্রশিংসু অচুম্বক লৈদুনা শীজিননরি। মফম অসি লৌউ শংউবা লম ওইজরবস্থ পোৎথোক্কি লৈজে, ময়েক শেংলে।

চিঞ্জাক মীপাল তাংদবা, হিংবগী নীঙতম্বা শরুক অমনি। নেংমদ লশা কোটি কয়াগী মীপাল তাংশিবা লৌউ-শংউবগী পোৎ-থোক চিঞক য়ামপ্রবদা লমদম অসিগী মীয়ামগী শীজিননবা কোননবা মশাগী পোথোক ফাওনদ পুথোকপা ঙম্বা হেৎনফম থোকই। য়ালেমসিদা লৈরিবা মীওই থুননাইশিংগী মরক্ত চহি কয়া শংনা ঐখোয় অমুক শাথীনা হক্সবা, মীপাল তংবা রাথক্লেন অসিগী মখাদা হচুনা লৈখিগদগে? পৌমী থুঙ্গংগী, লায়রবা শিন্নাশং থক্তবা লৌউ শংউবগী থবক মায় পাকহনবা রানা থোকনি হায়বসিদি চহি কয়া শীশাং শিংনা মীয়ম্না হকথেংনরক্লিবা অসিনা তাক্লে। পূরারীগী লমায় ফাককংতুনা ইশা ইপুশিংনা চৎমন্নবা অমদি থল্লপা রাথক্লেন অংয়োমদা, ঙসি মীয়োলনা ওইরিবা অনিগী শেমন মাননবা করিক্লো

থিকম থোকই। নীঙতম্বা লৈবাক অমগী মীয়ামদা চেল্লম্বা মতীক ময়ায় মতৌ করম্না তায়োম্নখিত্নুমা ইশাগী থোদাং অমম্তুং ইথৌ থোশা বাশাদনা মীপালত তাংচুনা ফিংবগী হৈনবী লীচং লৈরকখিবনো নৈন-নীংঙাই ওই। বাখল্লোন অসিনা লেঙদনা হিংলিবমথৈ খুন্নাই অসিগী চাওখৎ থোঙখাঙ অপনবা অতুম্মক লৈখি'ন লৌনরি।

ঙসি'দি অথঙ অহৈশিংগী মশিং পংথাং য়াংপম্তু নংত্রে। মতৌ করম্না অমদি করি অশোয় অয়াংপা লৈবদগী লমদম অসিদা লৌউ শিংঈবগী থবক খুমাঙ চাওশিনবা ঙমজ্রিবনো, ময়ী লৈনবা লৈঙাক লোয়শঙশিং অমম্তুং মীয়াম পুন্না খম্ন নৈনমীম্নবা তঙ্গাই ফরক্রে। লোয়শঙ অমনা তৌনীঙবা হেক্ক তৌশিনবা, ওইজবা থিবা মীওচ খরনা মশাগী ওইজবা লৌনবা হোৎনরকপদা রাজনীতিগী ইথিন চঙশিন্দুনা থবক কাং খোং চাইহনবা, পায়খৎকদৌরিবা থবক অতুদা তুংদা পীরকপ য়াবা অকায় অতোই থিজিনবা য়াংপা শেন্দোংগী খনবদা থবকী অফব চাং য়োদবা অসিনচিংবা মরম কয়ামুক্কা অপন অরাক অনদি য়েথায় থঙ্গাই থোকহন্দুনা লৌউ শিংউরিবা লৌফমশিংদা ঈশং ফংবগী খুদোং চাবা য়াম্না য়াংলি। মসিনা মরম ওইদুনা নিংথৌগী মহৈ-মরোং, মক্তা ময়াং অমম্তুং মনা মশিঙ থাবগী অয়াবা কোকহনবা ঙমদনা লৈরি। মীয়ামগী পুক্কৈ অমম্তুং পূন্সি ওইরিবা লৌবুক অমদি লৌমীবু থোশা বাশাবীদবা, মথোয়গী বাকং ঙাইনা অমম্তুং মতম লেম্নবা ওইনা থবক থৌরম পায়খৎপদগী লৈবাক অমগী খ্বাইদগী মরুওইবা শিনফম অসি খুমাঙ চাওশিনবা ঙমদনবগী অচৌবা মরম অমনি লৌনরি।

নাকন অমদা, লমদম অসিগী লৌমী লায়রবা শিনমীশিং লাইরিক লাইশু হৈবা য়াংপনা খঙজীন হৈজিনবা য়াংলকপা, শু মোম্বগী হৈমবী য়াংলকপা, ইশগী ইথৌ থোশাদবা, ইশানা তৌবা য়াবা থবক ফাওবা সরকারনা তৌরকপা ঙাইনবা; শেন থুমগী ফিরম চাদবনা পুক্কিঙ থিংজিন

ঙমদবা, অপুনবগী লিংজেন রাংশা অসিঙম্বা মরম কয়ামুক্লগী শিনফম অসি থুমাঙ চাওশিনবদা অপনবা অমগু ওইহল্লি। অফবা চিঞ্জাক্না হকচাং ফহল্লী লোয়নবা অফবা য়াথল থলহল্লী থম ঙাওনরি। অদুবু লমদম অসিদদি অফবা চিঞ্জাক চাবা ইমুঙ মশীং থীবা য়ারি। থুমাই অসি হকচাং ফনা হিংহনা অমদি অফবা য়াথল খন্দুনা চাওথংলবা মীওই খুননাই মরকসিদা হিংমীনবা ঙম্লবগীদমক ইমুঙ খুদিং অফবা চৌঞ্জাক চাবা ঙম্বা হোৎনবা তাবনি। লায়রবনা মশীঙ য়াম্বা থুমনাই অসি মপান্দগী পুশিল্লকপা অফবা চৌঞ্জাক শীজিননবা অয়াম্বনা ঙম্দে শেম্লোক লৈতে, লায়রৈ। মরঙ কায়না অমম্লুং মমল ঙোংনা ফংহবা ঙম্বা লমদম অসিগী লৌউ-শিংবগী শিনফম চাওখৎহনবা পুম্নমক্না থৌদাং য়াকম থোকই। ঙোগীবু দি মীওইবা হায়বসি; লায়রবা কয়ানা চাবা ফংনদ্রিব চেং, কনানা য়ু শুদোকুনা অঙাওবগী নোংলৈ শিংহল্লি। কনা অমনা কামিগু মীওইবগী অনা লায়কম্লনবা হীদাক ওইনা শিজিন্নৈ। কনাঙমবদি শিনবা হীদাক শেমদোকই। থয়া অমম্না অনা লায়েংনবা হীদাক মশাগী মুংঙাইনবা শিজিন্নহনা থুনা শিদোকই। কয়া অমনা অঙাওবা লায়েংনবা হোৎনৈ। অদুবু ঙাওননবা হোৎনবগু অতুম ময়াওই।

তোইঙম্বগুং, অফ-ফত্তগী চাংয়েং কয়ানা মশীঙ খঙদ্রবা য়াওল পীরক্লুনা হিংলক্লিবা অফ ফত্ত খনবা ঙম্বা থরায় পানবা কাঙলুপ্নী। মরম অতুনা ফত্তবা হৈনবী কয়া থাদোকপদা অত্তুক হাক্লা অরুবা ওইফমনি থোক্লে। অদুবু থুমাই অতুগী চৎনলোন অমম্লুং য়াথল্লোনগী মথা পোনফমদি থোকই। মীওইবনা মশাগী য়াথলদা মমি ফজনা তারবা থবক অমা, মতু থবক ওন্থোকবগী অরেপপা য়াথল হেক লৈত্রিবমখৈ পাঙথোকপা ঙমদে। থুনাই অমগী চৎনলোন নৎক্রগা য়াথল্লোনগী অহোংবা অমা পুবকপা হায়বসি পুরক্লবগী মমি অমম্লুং অরেপপা য়াথল লৈত্রিবমখৈ য়ানা থোকনি হায়বসিদি ইথঙ খঙনবা য়াফম্নি। লমদম

অসিগী পাঙ্গল লৈরবা লুপশিংনা অমসুং ইমুঙ খুদিংদগী ইমা ইবেন-শিংনা শরুক য়াতুনা ময়াই কাবশিং শিজিন্নবা থিংনবা হোৎনরক্লি। ঙসি কাওবদা মপুঙ ফানা মায় পাকপা ঙমদ্রি। খুন্নাই অসিগী রাখল্লোন্দা ময়াই কাবা শিজিন্নবা তোক্লবগী রাখল মপুঙ ফানা মমি তাদ্রি। মতৌ অমুন্না লমদম অসিদা লৌউ-শিংউবগী তঙাইফদবা য়াওল অমা পুরকপ গুম্বগীদমক মসিগী রাখল্লোনগী মমি অমসুং থবক ওইনা পাঙথোক্লবগী অরেপপা রাখল অমা লৈতনদি লৈরক খুব্রক রা ওইনা অতুম মতে কনি মৈরা পায়বী, ইমা ইবেলশিংগী, মহৈরোইশিংগী, শায়রোয়শিংগী পাঙ্গল লৈরবা লুপশিং অতোপ-অতোপপা লুপ কয়া রুম শাগোল্লরিবা খুন্নাইনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা পঞ্চায়েৎ পরিষদ লৈরি। রাজনীতি ধর্ম নীতি, কাঙলুপ অসিনচিংবা পুন্নমক্কী থেন্নবা রাখল থন্নদনা পুন্নমক্কী ওইবা মিৎয়েং থম্মীন্নতুনা থোদাং লৌরবদি তঙাইফবা লৌউ শিংউ য়াওল পুরকপা ঙম্লোইদৌবগী মরম লৈতে। মসিনা হিংবগী নিঙ্কতম্বা পুরকপদা ইশানা ইশাবু অচৌবা তেংবাঙজবা ওইফম থোকই।

লৌউ শিংউ লোয়শঙনা চহি কয়া চুপনা লমদম অসিদা লৌউ শিংউবগী য়াওল অমা পুরক্তুনা চৌঙাক মরাঙ কায়হনবগা লোয়ননা খুঙ্গংগী শেন থুমগী ফিবম ফগৎহনবগী পান্দম থমতুনা হোৎনরক্লি। ঈথৈ লৌখোংগী লোয়শঙশিংনসু মখল মখাগী থোরাঙ মখাদ লৌউ-শিংউরিবা লৌবুকশিংদ ঈশিং মরাঙ কাহনা অমসুং কুমকাংদনা ফংহন-নবা লেপ্পনা হোৎনরক্লি। তৌইগুম্বসুং, ঙসি ফাওবদা পান্দম য়োনা মায় পাকপদি মীয়ামনা উদ্রি। মসিগী অশোয়বা মরম কয়া মুক ঙাঙন ইনরি। য়ামনা মরুওইবা মরম অমনা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মরী লৈনবা লোয়শঙশিং থুংশমনদবা অমদি লোয়শঙশিং অমসুং মীয়ামগী মরক্তা হোদোক্লতুনা খঙমিননবা রাংপা অসিনি। ঙসি ফাওবদা সরকার অমসুং লৌনী শিনমীশিংনা পায়খৎলক্লিবা থবক থোরাঙশিংনা লৈবাক

মীয়ামা হাকথেংনরিবা অরা অনংশিং কোকপা ওয়গী থাজবা অতুদি য়াম্না লাক্লগুম তৌরি। লোয়শঙনা অমা তৌ, মীয়ামনা অমা হায় তৌন বদগী পায়খৎলকখিবা থবক কয়া মমি তাদনা মাঙখ্রে। লম মচেৎ অমগী রাথোক্লা থবক থৌরাঙশিং; পায়খৎপা ঙমদনা লমমাখাঙদা মাঙখিবক নত্তনা শেল থুম কয়া মাঙহনখ্রে। সরকার থক্তনা নত্রগা লৌমী শিনমী থক্তনা য়াওল অসি পুরকপা ঙমক্ম থোক্রে হায়দসিদি চহি লীশাং শিংনা চৎথবক্লিবা থবক থৌওংশিংনা পীরক্লিবা মহৈ অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লে। মরম অসিনা থানবা য়াত্রবা মচাকশিং লম, মী, শেল অমগুং ঈশিংগী চুঙশিননবা থোঙজং অমগী মমি হেক লৈবগা য়াওল অসি মায় পাক্লবগী মরু হুল্লে লৌবা য়ারে।

চুঙশীনলবদা অচৌবা মচাক অমা ওইরিবা লমদম অসীগী লৌউ শীংউকম চাওরাক্লা অনি থোকনা য়েংবা য়াই। তম্পাককী লৌউ শিংউরিবা লম অমম্বুং চীঙগী লৌউ-শিংউরিবা অমদি লৌউ শিংউবা য়াবা লম। তম্পাকী পীক্লবা চহি কয়া লশাং শিংনা লৌউ শিংউ-রক্লিবা লৌবুকশিং লৈবাককী লৈহাও চমশিল্লকপদা নত্তনা নোংম নোংমগী লেপ্পা লৈতন পীকশিল্লক্লি। পোৎথোক হন্থরক্লবগী মচাক ওইহল্লি। ঈশিং ঈচাওগুম্না হেঙ্গৎলক্লিবা মীশিংগী লৈননবা য়ুম শাজিল্লকপা, ঈশিং খোং শেল্লকপা ভায়োককোন শেম্নগৎনরকপা, সরকারগী ক্যাটরশিং শাজিল্লকপা লম্বী শেমজিল্লকপ চেক্যকোন শেমগৎনরকপা, লোক্তাক পাৎকী ঈমায় রাংখৎলকপদগী অকোয়বগী লৌকমশিং শোকহল্লকপা, মরু কোক্লক্লিবা চীঙশাংশিংদগী লোকশিনা পুথরকপা মুংচাক লৈঙোইনা হাজিন্দুন মাঙহল্লকপা অসিংচিংবা মরমশিংনা লৌউ-শিংউকমগী পাক চাউবা হন্থরক্লংগী মরুওইবনি। থৌওংশিং অসিনা লেপ্তুনা অন্নুম চৎথরক্লবদি চহি খুরগী মতুংদদি তম্পাককী লৌফম শাথীনা হন্থরক্লগনি ঙ'স ম য়োকনরিবা চীঞ্জাককী অরবা অসিগী শরুক কয়া হেন্না

মায়োকনরবা য়াম্নি। খোঙকম য়েংদনা খোঙথাবা অশিংবা খোঙথাং নত্তে, মীয়ামগী খোঙ্গ্‌উনি।

মীওইবনা তুংগী মীরোনগী য়াইকনবগীদমক পুক্নি কংথোক্লরি। চারোন্ শুরোনগী য়াইফ থুনাই অমা ওইহৌনবনীদমক থৌশিল-থৌরাঙ তৌবা মীওইবগী তঙাইফত্রবা থৌদা নি লৌনরি। লৈতেম মান্নবা লৌউ শিংউবদা থুদোংচাগদনা মফমশিংদা ওফিস, কাটর অমসুং সিফাই শিংগীদমক লৈমবা য়ুম কৈ শান্তিবগী মচুৎত ইস্কাল ময়োলগা নকুনা লৈরিবা চীঙমায়শিংদা শাবনা হেন্না অফবা ওইকম থোকই। ওফিস অমসুং ক টরশিং শাবদা মফম য়াম্না কনগী মচুত্তা মফম থবদা মথোল মশীঙ য়াম্না শাবনা লম অমসুং শেল চঙবা হৃষ্টনগনি ইনা-লাউনপ্রে। তঙায়ফদনা, লম্বী অমসুং ঈশিং খোংশিং শেম শাবা তারবসু কু গ্ন। য়েংলগা লৌউ শিংউফম লম য়ারিবমথৈ মাঙহন্দনবা হোংনবা মথৌ তাই। ইস্কাল হাই লেভেল কেনেলশুম্না ঈথৈ লৌথোং শেমচুনা লম শাঙহনবতা নত্তনা চাথোক অমসুং শেল মাঙহনবগা লোয়ননা মহৌশাগী লৈজরবা ঈশিংখোং কয়া থুগায়ফুনা লৌমীশিংদা ঈশিংগী অরাবা হাকথেং নহনবা থবক থৌরাঙ লৈথাক মীয়াম লায়র তাম্নবনি থম্লরি। মাঙ তক্লবা মতুংসিদা, থবকসিগা মরী লৈননা থোক্লকপা অকায় অতোপ্প কয়াগী শরুক য়াবীনবা লৈত্তবদগী হাকথেনবা লৌমীশিংদা অরাবগী পোংলুম খোঙ্গৎপীরে। মরম অসিনা থবক শায়থৎত্রিঙৈদা য়াম্না কু থিজিন হুমজিনবা অমসুং তুংদা থোক্লকপা যাবা থৈখাই থিজাই য়েং শিলহৌবনা পুম্নমককী অফবা ওইগনি হায়বসি মীয়ামগী বাখল্লোন্নি।

শীকথুবা তম্পাকী লম থরা অসিথক্কদা লৌউ শিংউবগী থবক তৌবনা লমদম অসিগী মীয়ামগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনবা অমদি চিঙ্গাক মরাঙ কায়না পুথোকপা ঱ না থোককনি। তম্পাককী শরুক মাপাল চাউরিবা চীঙশাং পরেংশিং অসিগী ফিবম তঙায়ফদনা থম্নফম

থোকই। চীঙগী লমদা চহি চা কয়া চুপনা থবক অসি শিনফম ওইহনা লাক্লি। থুদোংচাবা মফমশিংদা পাম হাইজনা পাম্নৌ উনরক্লি অওম্বা চীঙগায় ওইকনা নোংগী ঈবিক্লা লৈহাও চেস্থিতুনা লৈহাও রাংলকই, চাথোক হন্বরকই। মরম অসিদগী পাম্নৌ লৌফম অমদা য়াম্লবদা চহি অহুমদগী হেন্না লৌফম ওইনদে। তোবনা মফম হোং হোংতুনা পাম হাইজন' লোফম লেপ্পনা উমং কোকথোক্লবগী অচৌবা মরম ওইবক্রে। অমাঙবা অসি খঙলকপদগী মবীলৈনবা লোয়শঙশিংন মচেং কয়া পীতুনা মফমচাবা মফমশিংদা তম্পাক লৌ শেম্নবগী থুদোং- চাবা পীর ক্ল। ঈথৈ লৌথোং শেম শাবা অমদি থুংশেমগী হার শীজিন নতুমা চাথোক লৈবা শিনফম অসি চাওখৎনবা হোৎমরক্লি। লৌপুনা পারি তরা কুন নত্তবা, মচেং থরগী ওইনা তোবনা ঈথৈ লৌথোং শেম শাবগী অরা মায়োক্লদবদি নত্তে। পুম্নমক অসিগী মথক্তা নীংথিনা লেল অমদি মতম চঙনা শেম শারবা লৌফম কয়া কাওলুপকী ঈরাঙনা মরম ওইহুমা শিং শিংতুনা লৈনবি।

মণিপুর লেন্দ রিফোর্মেসন এক্ট ১৯৬০ রাহস্লোক যাওদবগুম চময়বা এক্ত অসিগী মথাদা লমদম অসিগী মপু ওইরিবা চাঙবুরোয় ওস্নুরোয়; চাঙবুরোয়শিংনা লমদম অসিগী মফম অংদা থুন্দা লৈতাবা য়াহল্লি। তৌইগুম্বসুং তস্নুরোয়শিংনদি তম্পাক মচেং অসিখক্ত নত্রনা চাঙগী লমদা থুন্দা লৈতাবা তারগদি রিভিনিউ দিপার্টমেন্টকী লম অহুগা মরী লৈনবা দিপুটি কমীসনর অমগী অয়াবা লৌগদবনি হয়। পুমথিংমক থিংবা মত্রগপু অপনবা অমদি লৈরি। মসিমক্তসু, লৌউ- শিংউবগী লেংথোক নীংথিন পুথোকপা য়াবা তম্পাকক ওইনবা চীঙগী চাঙমায অমদি নাপোমশিনা মক্ত পূমকোক কোক্লা নোংজু নুংশা অমসু' রাকচিংগী উলেন খাঙলিবসিগী মকওইবা মরম অমা ওইবা য়াই' পাক চাউববা চীঙগী লম্না মক কাকহনতুনা অহুম্মক থম্লগা

পীকপ্রবা তম্পাক্কী লম মচেৎ অসিদা হীরম খুদিংমককী চাওখৎ থৌরাঙ পায়খৎপা লৈবাক মীয়ামা হাকথেংনরিবা অরা অনং কয়াসি মায়োক্তুম কোকহনবা য়ায়া রানা থোক্কনি পুম্নমক্কা খণ্ডনবা রাফম্মি । লমদম অসিগী চাওখৎ থোঙথাংদা অপনবা ওইরিবা চৎন পথাপশিং শেমদোক শেমজিন অমম্বুং হোংদোক হোংজিনগী তঙায়ফদবা কয়া মমুং তানা নৈনবগী মথৌ তাই ।

থবক অমম্বুং শিনফম অমদা মী হায়বসি রাৎপা য়াদবা মচাক অমনি । লমদমসিদা লৌউ শিংউবগী থবক অনৌবা নত্তে চহি চা কয়া লৌশাং শিংনা শিনথা ওইরকপদা নত্তনা অতোপপা শুফম নোমফম মরাং কায়দবনা শিনফম অসি তঙায়ফদনা তৌনৈ । অহুনা লৌমী শীনমীগী মশিং অরাৎপা লৈতে হায়বা য়াই । চহি কয়া তৌরকলবা শিনফম ওইরম্বনা মতৌ করম্না থবক অসি তৌগদগে খরগী মখৈদী খঙনরে । তৌইশুম্বম্বুং চাউখৎলকপগী মতু' ইন্না শিজিন্নরক্কিবা খুৎশু-খুদাই. নেংজু-মুংশা অমদি ঈশিং মুংশীৎকী ফিবম ফংলক্কবদগী পোক্লকপা মজিল মকা' অমম্বুং লৈবাককী মতুং ইন্না শীজিনগদবা হার অসিগুম্বগী মরমদা খঙজিন হৈজিনবগী অরাৎপা লৈতব'দ নত্তে । মসিগী মরুওইব মরম লাইরিক লাইশু হৈবা রাৎপা নত্তনা থিজীন-হৎমজিনবগী হৈনবী রাৎপা অসিনী । চাংথোক লৈনা শিনফম্ অসি পাক শন্না পায়খৎতুনা খুঙংগী শেনথু মগী ফিবম ফগৎহনবা ওন্নবা লৌউ-শিংউ লোয়্শঙনা চহি কয়া চুপ্পা থোওং থোশিল কয়া তৌহুনা লৌমী শিনমী শবু খঙহন চৈহন্নবা হোংনরক্নি । চাংয়েং তৌহুনা অকবা মমল অমদ চাথোক লৈবা মরু মরাং পুথোক্তুনা লৌমীশিংবু তেংবাংনবা লেপ্তুনা থোৎমরক্নি ঈথৈ লৌথোংগী মরমদগী অহু মঙাই । শিনফম অমম্বুং থবকসিগী দমক মীগী অরাৎপা লৈরকত্রে । রাৎশিবা হায়ববু তেংবাংনগদবা মশেলগী মরক্তা লৈনফম থোকপা মরী অহু করিনো খঙনা ফংৎহন্নবা তচুনি লৌনৈ ।

পোৎ চৈগী ঙমল অমদি থবকী থুংগুমন শেলনা ওইরনমিনা শেল হায়বসি চঙদবা য়াত্রবা মরুওইবা মচাক অমনি। চৌঙংতম অনীদা লৌকম শেন শাবা, লৌমী শিনমীশিংদা অনৌবা লৌউ শিংউগী মওং খঙহন্নবা হোৎনবা, অনৌবা থুংগু থুংলায় লৈথোক লৈশিন, মথল মথাগী মরু মরাঙ চাংয়েং তৌবা অপীকপা ঈথৈ লৌথোং শেন শাবা অসি নচিংবা তঙাইফদবা ওইকশিংগীদমক কেন্দ্র অমস্তুং রাজ্য সরকারনা শেনফম কয়া থাদত্তুনা পোৎথোক মরু ঙ কায়না পুথোক্লবা হোৎনরক্লি। তৌইগুম্বস্তুং শেনফমশিং অসিনা লাহৌরবা লৌমী শীনমীশিংগী মায়োক্ল-রিবা অরাবা অতুদি কোকপা ঙমদ্রি। শন্না ফিল্ড ত্রেক্তর, পরাধ তিলর, অমস্তুং থুংগু থুংলায়শিং লৈবদা শেলগী মতেং পীরি। অতুবু পীরিবা মতে' অতু শেগ পুথোক্তুনা থম্বা ঙম্বা মীদা পী। হৌজিক হৌজিকী হোৎনজবদা য়াজরিবশিংনদি লৌবা চম্লদ। অতোঙবদা লৈথোনবা ওইনা থোকই।

লৌমী, থুঙংগী লায়রবা শীনমীশিংনা হাকথেংনরিবা — লৌথোইবা, মরু মরাঙ হ র. তিসহাৎ হীদাক মসিগী মথক্তা নোংমগী চঙদব য়াদবা কয়াগী অরাবা অসি মতৌ করম্না কোকহনগদগে হায়বসি শিনফম অসি চাঙথংহন্নবগী মরুওইবা মরম অমা ওইফম থোকই। মরমশিং সিমক্লা নিংথমগী মরু মরাং মহৈ মরোং অমস্তুং পাক শন্না থাবদা মায়পুননা থৌদাং লৌবা ঙমহন্দ্রে লৈবাক মীয়ামগী পূককৈ অমদি পুন্সি ওইরিবা লৌবুক অমস্তুং লৌমী লাপথোক্লবা য়াত্রবা মচাক ঙাক্লি। লমদমসিগী লৌউ শিংউগী পোৎথোক মরাঙ কায়না পুথোকপা হায়বসি লৌমী শিনমীশিংগী শেন থুমগী ফিবমগা নক্লা মরী লৈনৈ। অচৌবা শেনফম নত্তা অপীকপা শেনফম, তঙাইফদনদি চঙদবা য়াদবা অসিথক মায়োক্লবগী অরাবা কোকহনবা ঙমদবদগী লৌমীশিংগী ফিবম ফগৎপা য়ানা থোকহল্লি। য়াম্না লায়না অপীকপা শেন্দোয়দা মতম চানা

শেম্থং ফংহুমবগী থৌশিল থৌরাঙ তৌবা তঙ্গায়ফদে। চেল্লি চোংলিব থরায় পানবশিংনা ঈশিং খাওদনা হিংবা ঙমদে। পাম্বীশিংসু হিংনবা গীদমক ঈশিং মথৌ তাই। মীয়ামগী পুককৈ ওইরিবা লৌবুককী ফিবম ফগৎহনবা হায়রবসিগী খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি ঈশিং চাং নাইন অমশুং কুমকাংদনা ফংহুমবনি। মসিগীদমক মরী লৈনবা লোয়শঙশিংম থবক থৌরাংশিং চহী কয়া চুপনা পায়খৎতুনা লাক্লি। অতুবু অশোয় অঙাম কয়ামুক্তা মরম ওইতুনা ঙসি ফাওবদদি মপুঙ ফানা মায়পাকপা ঙমল্লি। লৌউ শিংউবগী থবক্তা খুদ্রাই অসিনা থম্লিবা মিংয়েং আসনাদ অনৌবা লৌউ শিংউ য়াওল অমা পুরক্লবা হোৎনবদ য়ম্না রানা থোক কনি। মরম অসিনা, থোকখিবা অমসুং থেংনরক্লি। অশোয় অঙাম কয়াসিদগী মরী লৈনফম থোকপা লোয়শঙশিংনা মমুৎ তানা লৈনতুনা মায় পাক্লবা থোঙজং অমা চঙশিনবগী মতম থীনমল্লে সরকার অমদি মীয়াম অনিগী মরক্তা লৈনফম থোকপা মরী কুপনা থঙমীন্নতুনা তঙাই ফজরবা লৌউ শিংউ য়াওল পুরকপা খুদ্রাই অসিগী চেনফড্রেব খোদাংনী খঙমা মীপুম তিংনা শরুক য়ামিননফম থোকই।

## রাখল্লোল :

মীওশিংবা থোক্রুবা মতমদগী লমদমসিদা লৌউ শিংউবগী থবক শিনফম ওইনা তৌনরক্লি। মতমগী মতুংইননা অহোংনা কয়া অমসু লাকখিদবদি নত্তে। তৌবতবু মতুনা মপুঙ ফাবা য়াওল অমা ওইতুনা লৈবাক মীয়াম্না হাকথেংনরিবা অরা অনাদি কোকহনবা ঙম্মক্রি। মরম অসিনা থবক অমদি শিনফম অসি পায়খৎলক্লবা থৌরাঙগী অশোয়বা অমসুং মতমগা চুশিননদবা কয়াম্রুম লৈরী হংবসী মীয়ম্ন খন্না লৈনরীবা রফমনি। মসিগী খ্বাইদগী মরুওইবা মরম অমনা খুমনাই অসিগী রাখল্লোল্দা লমদম অসিদা তঙায়ফদনা লৌউ শিংউগী য়াওল অমা পুরক্তবা য়াহে হায়বগী চপ চাবা মমি ভাদবসিনি।

মসিমক্তা, তৌদবা য়াদবগী হৈ মনম নাইবগী মতুং মমানা শিন্দুনা লাইগী শোইদনবা হোৎনরকপদগী চঙদবা য়াদবা মচাকশিং মায় পাকপা ঙম্মকখিদবনি। মরম অসিনা অখণ্ড-অহৈ ঈরৈচাশিংনা মরিক চুম্না নৈনছুনা য়াওল অসিগী রাখল্লোন মীয়াম পুম্নমক খঙমীরগ লোয়মনা মথৌ মশক খঙনা থোদাং য়ামীরবদি নীংথিনা মায় পাকপা ঙমক্ষম থোকই।

পীকথ্রবা লম্দম অসিগী লায়রক্ষবা, মথৌ তাবা চিঙ্গাক ফাওবা নীংথিনা চানবগী থুদোংচাবা ফংদ্রবা শাম্নরোইশিংনা মতৌ করম্না মালেমগী শাম্নবুঙ কাহুনা মরদমস্তু মশক তাকপা ঙম্লকখিবনো হায়বা লমসোমদা, খোংলুরগদি ল-দম অসদা লেউ শিংউবগী অনৌবা য়াওল অমা পূরকহুমা থুম্নাই অসিনা হাকথেংনরিবা চীঙ্গাককী রাথোক খোক হনবদা অতুক হাক্না অরুবা ওইফম থোক্লে। লমদম অসিগী শাম্নরোইশিংনা মশানা মশাবু চেৎনা থাজজবগা লোয়মনা নীঙহননবা লৈতনা হোৎনবা, মখোয়মদা মীয়াম্না পীরকপা মুং পান অনিমককী মতেংপা মপুক্লিংদা হেননা হোৎ-নীংবগী পীরকপা ইথিন অসিগুম্বা মরম কয়ামুক্তা মখোয়গী থাক রাংখৎ-কপা ঙমহল্লি চাউর চাউবা ভারতকী ষ্টেট কয়াবু নমথহুনা লমদম অসিগী লৈমায়দা মঙাঙবা নেস্লেল গেমস চীঙ লেম্না পাঙথোক্লবা শেম শাথিবা ভারত্তা অমত্তা ওয়রবা মথলগী শাম্নবুঙ, লমদম অসিগী মীয়ামগী মুং পান অনীমকী অচোবা মতেংননি। মতুমক, অশেংবদি থুননাই অসদা শাননবুঙগী রাখল্লোন মাঙজোননা লৈরকপনা থবক থৌবম অতু মায় পাক্না অমস্তুং চীঙ লেম্না পাঙথোকপা ঙমহনবতা নত্তনা মাঙজীন থাবা শাননরোই কয় পূথোকপ ঙম্মকখিবনি লমদম অসির্গী মীয়ামগী ঈগী ঈচেন্দা অহল লমনশিংনা থুদোনবীরম্বা থৌনা, লিংজেল, উইল অসিনচিংবগী অরাংপা থোইদোক্লা লৈতে হায় বসিদি শাননবুঙনা ময়েক শেংনা উৎলক্লি।

অপুনবা হায়বসি পাঙ্গলনি । অপুনবগী লিংজেল য়াওদনা লৈবাক মীয়ামগী ওইবা থবক থৌরম পাঙথোকপদা মপুঙ ফাবা ৱারা থোকই হায়বসিদি মীপুম ভিংনা খওনরবা অচুম্বনি । লৌমী, খুঙ্গংগী লায়রবা শিনমীশিংগী অপুনবগী থৌনা, লিংজেল অমত্তুং উইন, য়াওদন লমদম অসিদা লৌউ শিংউবগী অনৌবা য়াওল পুরক্তুনা খুঙ্গংগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনবা ৱানা থোকরনি হায়বসি ওসি ফাওবদা চংথ রক্লিবা থৌওংশিংদগী পুম্নমক্না খওন-উনরে । মরী লৈন-লৈনবা মীওই কাঙলুপশিংগী তোঙান-তোঙানবা লুপশিং শেমদুনা শিনফম অতুগী মপাঙ্গল লৈনবা হোৎননরি । তৌইশুম্বত্তুং লমদম অসিগী খ্বাইদগী চাওব মরক্তু ওইরিবা লৌউ শিংউবগী শিনফম অসিগী লৌমী শিনমীশিংগী ওইনা মপাঙ্গল কনবা লুপ তাওলি, লৈত্রি । মরম অসিনা অরাং অপা শিংগী ৱাকৎ ৱাতানবদা পাঙ্গল য়াম্না শোল্লি । মসিমক্তনি, লুপা কোটি কোটি কোকথোংনখ্রবা ঈথৈ লৌখোংগী থবক থৌরাঙ কয়ানা মথৌ তৌদত্তুনা নীঙাইদনা তুমদুনা লৈথিদ্রদগী লৌবুক্তা ঈশিংগী অরা মাংখাক নরিবসি । শিনফম অসি চাওথংহনবা লৌমীশিংগী হক্তী । থৌদাং য়াফমত্তু থোকই । লোয়ননা লেঙফদ্রবা ইথৌনী থননা পুক্লাঙ থীং-জীনফমত্তু থোকই । মরম অসীনা শীনফম অসী মপুঙ ফানা চাওখৎহনবা ওম্নবগীদমক লৌমীশীংগী অপুনবগী পাঙ্গল মথৌ তাই । খুঙ্গং খুঙ্গংগী লুপ, অমত্তুং লুপশিংগী অপুনবা লুপ শেমদুনা পাঙ্গল লৈনা মায়রোং য়াম্বিননবগী ওঙায় ফদবত্তু থনন নৈন-নীননদুনা খওমীননবা মথৌ তাই ।

ওসি ফাওবদা খুননাই অসিদা লৌমী, খুঙ্গংগী শীনমীশিংগী মশক নাইবা, মতৌক চাবা কিদা অমফাওবা লৈত্রী হায়বা য়াই । অসীগুম্বা ফীদা অমা কনবা হায়বসী লৌমীশীংগী হক্তী, মথৌমনি । অতুম্ব লায়রব.া মরম ওইদুনা লৈত লায়রা মায়োকনরিক্তৈ, অচোম্বা

শীনফম্মী খম্মহনা মীয়াম থোকপা ইকায়নরীতে, অমদী মাঙজীন থানা চেন্ন চোংহনা হোংনবীনবগী অরাংপনা অমগা অমগা থম্ম নৈনমীন বগী খুদোংচাবা লৌবা ইউম শম্মদবগী তঙ্গায় ফদবা অমদী ফংফম থোকপা কয়াগী হক ইশানা মংতুনা থম্লক্লি। লমদম অসীগী লৌমী শীনমীশিংগী ওইরককদবা অশোনবশিং মাঙজ্জোমনা উম্মনা লময়ানবা অহল ইবুংঙো ছিজম ইরাংবাংনা য়াকাইরোল' থাঙ্গোল অহু থাংউ ময়া থোনা হে লৌউবা' অসীনচীংবা ঈপৈ কয়া শক্তুনা, খুঙংশীংদা কোয়না চংতুনা লৌমী শীনমীশীংবু মীকপ খোকহনবা ছোদোকপী রমখ্রবনি। নীংশিং থোরম পাঙথোকপতনদ তোমথিম্রবা লময়ানবা অসিগী মফমদা উংফম থোকপা ইকায় থুম্নবা অহু মপুঙ ফাগনি থ'ঙ্গদে। খুমাঙ য়ানবীবম্লবা থবকফী লমদা পুক্লিং হকচাং য়াওনা থোদাং লৌবনা মপুঙ ফাবা ঈকায়থুম্লবা ওইফম থেকই।

লিম্না চিত্রুইংদা জুগী চৈনা খঙলমদ্রবগু ওসিদি চৈনা ফংলবনীমা ইশানা মংতুনা থমচরিবা হক কনবা ওম্নবগীদমক লুপশিং শেমহনা ইশানা ইশাবু তেংবাঙজনবগী থোদাং লৌনবা তঙয় ফত্রে। নহুনা হায়গী মতৌঙম্মা পাঙল শোম্ম চৈৎসিংদি চংদম অসি লৌউ শিংউবগী অনৌবা য়াওল অমা পুরক্তুনা লৌমী শিনমীশিংগী ফিবম ফগৎহনবা অমদী মীয়াম্মা চীঙ্গাকী চাকথোংনরিবা অরাবা কোকহনবা রানা থোককনি। লৌমী শিনমী থকুনা য়াওল অসি পুরকপা ওমফম থোক্কে চারবসিংস্থ মীয়ামা খঙন উনহুনা কৈরবা য়াফম্নি। শিনফম অসিগা মরী লৈনরিবা লোয়শঙশিংনস্থ পুবচেল তিংনা ইশা ইশাগী তৌফম থোকপ হৌথোনি খগ্না কনাগী রাকং ঙাইনদনা মথৌ তাবা থবক থোরম শিং পাঙথোকফম থোকই। লৌমী শিনমীশিংবু মতৌ করমনা মতেং পীগদগে হায়বা রাথম্লোন থম্বগা লোয়নমা থুম্নাই অসিগী মীয়ামনগু পুক্লিঙ থোগৎপীহনা অঙম মতেঙ পীবিবা নায় পাক্লবগী অচোবা লপ্পী

অমা ওইগনি। খুদ্মাই অসিগী অপুনবা ব্রাথন্নোন্দা নীংথিনা মমি তাক্ল-বতদা লমদম অসিদা লৌউ-শিংউবগী অনৌবা য়াওল অমা পুরক্কনা মীয়ামনা চীঙাককী মায়োক্ননিবা অরাবা কোকহনবতা নত্তনা থুম্মাইগী শেল থুমগী ফিবম ফগৎহনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবা ওমগনি।

## ফার্মর্স ফাইনানসিয়েল ইউনিট

লৌউ শিংউবগী য়াওল অমা পূরকপা হায়বসি লৌবুককী ফিবম ফগৎহনবা. চীঙংতম অনীমক্তা মরূ মরাও; উহৈ ব্রাহৈ অমদি মনা মশীঙ থাবা য়াবা লম পাকথোক চাউথোকহনবা অমগুং লৌমী শীনমী শিংগী শেন থুমগী ফিবম ফগৎহনবা মথৌ তাই। লৌমী খুঙংগী লায়রবা শিনমীশিংনা মতম মতমগী মথৌ তারিবা বেঙ্কশিংদগী লৌবদস্থু খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্নবা অপীকপা শেনফম, মতমচানা, য়ামনা লায়না অপীকপা শেন্দোয়দা ফংহনননা মনীঙতমন থবক্তা মায় পনশিনব ওমহনগনি। মরমদি অাসন লৌউ শিংউবগী শিনফম অমম্মুং পোং থোককা মরী লৈনরিবা লোয়শঙশিং –এগ্রিকলচর, সেরিকলচর, হোর্টিকলচর, ফিসরিজ, ভেটমরি এন্দ এনিমেল হজবেন্দ্রী. রিভ্যানিউ লোয়শঙশিং অমস্মুং লৌমী শিনমীশিংগী মীহুৎশিং অপুনবগী ওইবা ইউনিট অমা সিংবনা শিনফম অসিগী তঙায়ফদবা হীবং শংদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ওমফম থোকই। লোয়ননা খুৎশমননা থবক তৌমীন্নবগী হেননা খুদোংচাবা পীবা ওমগনি।

## শেয়্মেপ-শেনফম

লৌমীশিংদা পীবা য়াবা লোয়শঙশিংগী শেনফম লৈজে ।

মীয়ামগী তেংবাং : মশাগী শেস্থোক রাংপা লমদম অমা ওইবন্নিনা লায়রবা ষ্টেট ওইরি । অদুনা মীয়ামগী তেংবাঙ হায়বসিদি সরকারগী নংত্রগা লন্নাই মীয়ামগী ওইবা থৌরম পাঙথোকপা, শাম্নবুঙ শেমগৎপা, মশক নাইবা নীঙশিং শঙলেন অমস্তুং শক্তম শাবদা পীদুনা মপুঙ ফাবা ঙমহল্লক্রি । লমদম অসিগী মীপুম থুদিংমকী ওইবা চাঙ্গাক্ত মীপাল তাংদনবা থৌশিল-থৌরাঙ অমা পায়খৎপদা অদুক হাক্লা পুক্লিঙ হল্লকম থোক্লে । লোউ শিংউ য়াওল অমা পুরকপা তঙায়কত্রে থনবু থননরবদি মায়পাক্লা পাঙথোকপা ঙম্মোইদৌবগী মরমন্মু লৈতে । ইশানা ইশাবু তেংবাঙজবনি ।

মণিপুর ষ্টেট অসিগী ওইনা 'লোউ শিংউ য়াওল হুমিং' অমা লেপ্তুনা থৌরম পাঙথোকপগা লোয়ননা মীয়মগী মতেং লৌবা ।

থবক্কী থাককী মতুংইননা মমল লেপ্পা ষ্টাম্পশিং লোয়শঙশিংদা থাগী তঙ্গব লৌবদা শীজিননহনবা ।

হরাঙ-কুম্মৈগী তিকেংশিংদা চানবা মমলগী স্তাম্প শীজিননহনবা ।

রেজিস্টার, দকুমন্ত অমস্তুং কোর্টকী মবী লৈনবা থবকশিংদা চানবা মমলগী স্টাম্প শীজিননহনবা ।

য়াওল অসিগী মিংদা লোত্তরি পাঙথোকপা ।

নীঙথা তম্লবা লৈবাক অমগী, মশাগী সরকার শেমজনবগী হক ফংলবা মীয়াম্না মীপালত তাংহনা গিবা ডাইনা হিংবগী মতৌ করি ওইফম থোকপগে থম্মনীঙাই ওই । মীয়ামগী পুককৈ ওইরিব লৌবুক্তা নোংজু জুংশা থিরুদনা মনীঙতম্লা তু নোম্লিবা মীয়ামগী পুন্সি ওইরিবা লৌমী অদুগা শিনফম অসিবু করিনী হন্থনা য়েংনবগী মথৌ তাবগে ? লৌমীনি

হায়বদা ইকায়বা পোকপগী রথল্লোন অসিমক পাঙ্গল পোল্লিবা অসিগী মরুওইবা মরম অমা ওইফম থোকই। ঐখোয় পুন্নমক্লা শিন্নকমসিবু ইকায় খুম্নজুনা লৌমী শিনমীশিংগী ফিবম ফগৎহনবদা লৈবাক মীয়ামনা মাংলোল্লকপিবা অল্লা-অনং কন্না কোকহনবা ওমগনি মরম অসিনা ঐখোয় লৌমীশিং থুংশমনজুনা মপঙ্গল কনবা লুপ অমা থম্বস্তি তম্ভায়ফদ বশিং থনন নৈনমীননবগী তাঙ্গা লৌনবা চুমগনি। সরকারগী অয়াব য়াওদনা শিল্লাঙবা য়াদবা কয়া অমম্ব লৈরি। লৌমীশিংগী হক তেংবাঙগীদমক সরকারগী অয়াবা তানবনচিংদ। অপুনবগী পাঙ্গল লৈত্তনদি ওইথোকপা ল্লানা থোকক'ন হায়বসিদি ওইল্লিবা ফিবম অসিনা উৎতুমা লৈরে। ইরৈচা থুদিংমক্লা কল্লিগুম্বগী খেননবা লৈনদন থুংশম্মীননজুনা লৌউ শিংউ য়াওগ অমা পুরক্লবা অমদি ইশাবু ইশানা তেংবাঙজবা ওমনবা অচেৎপা রাখল্লোন থাম্মল্লসি।

লোইরে।

অইবগী ফোংগ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। খোঙথাং -১- ১৯৯৫

২। অতুম্বা মৈগী চীং - ১৯৯৭

৩। খোঙথাং -২- ১৯৯৭

৪। য়েন্নিংথাগী চিঙশাং -২০০০

অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। খোঙথাং -১- ১৯৯৫

২। অতুম্বা মৈগী চীং - ১৯৯৭

৩। খোঙথাং -২- ১৯৯৭

৪। য়েন্নিংথাগী চিঙশাং -২০০০